ꯊꯕꯛꯀꯤ ꯃꯍꯩ

# থবক্কী মহৈ

**(A book of 18 short stories)**






নাওরোইবম পুনসি

ꯊꯕꯛꯀꯤ ꯃꯍꯩ

# থবক্কী মহৈ

**(A book of 18 short stories)**



অইবা:-

নাওরোইবম পুনসি




# থবক্কী মহৈ

অকোংবা : এন. সুবদনি ।

অহানবা কোংবা : সেপ্টেম্বর, ২০১১ ইং ।

কোপী মশীং : ৬০০ ।

মমল : লুপা ১১

কংফম : ইরাবত ভাবন,
বি:টি:রোড ।



নম্ফম :বি:এম:প্রেস, লম্লোং বজার, ইম্ফাল ইষ্ট ।

# কচ্চবা

"থবক্কী মহৈ" কৌবা
হারেং পাইখিরিক মচা অসি
কচ্চরি নচানা
ইমাগী খুয়া খাদা।

কচ্চরিবাঃ-
তোল্লবা ননাই,
নাওরোইবম পুনসি

# অইবগী ৱারোল

ঐখোয় মীওইবনা মরুপ মপাং হেক উনবদা ঐগী ঐগী ইমুং মনুংগী লৈত-লায়রগী ৱারি খর শান্নরগা মীগী ইমুংগী ৱারি পুথোক্লুনা লিনৈ। কনাগী ইমুংদা মতৈ-মনাও খংন-চৈনবা, কনাগী ইমুংদা ভুৎ থাজিল্লগে হায়বগী, কনা অমনা মশাগীতা খনবগী, কনা অমনা মশাগীসু মীগীসু খনবগী, মী খর মীগী মাংহনবতা খনবগী, মী খরনা ৱাদনা নুংঙায়বা পাম্বগী অসিনচিংবা ময়ামসি উরগা ঐনা ৱারি মচা খর ইজে। য়াম্না ৱাখল তৌরগা ইবদি হৈজদে। অনৌবা ইবা তমখৎলক্লিবনি, মতুংদা সিদগী খর হেন্না ফগৎনা ইবা ঙম্লকখিগনি খঞ্জে। লাইরিক অসিদগী ৱারেং মতেক অমত্তং ওইরবসু পাবিরবদি ঐহাক পোকপগী মহৈ য়াম্লে খঞ্জগনি।

অদোমগীঃ-

তোম্লবা ননাই,

লাওরোইবম পুনসি

# ইয়ম লমায়

# হুইংগা হৌদোংগা চান্নবা

ইমুং অমত্তা লৈরিবগী হুই অমগা হৌদোং অমগা মখোয় অনি লোয়নদি চিন্না পাংথোকনদুনা থংনরম্বী।

হৌদোংনা হংই- হুই নংনা ঐবু নুংঙাইজবী তাম্নরিবসি করিগীনো? নংনা ঐ তাবরবদা নপাকনসু বায়ে, খুরাকসু চায়ে। নংনা হেক তাম্নরিবখৈ খুবাক চাগনি। নংসু মপান্দা নংগী নখৈ তৌ। ঐনা ইমুংদা ঐগী ইখৈ তৌজগে। ঐখোয় অনি থংনগুমসি।

হুই- নংনা যুম থাদোক্লুনা কোয়বদুনা কোয়দনবা তৌবনি।

হৌদোং- নংসু কোয়রিদুদি হুই অমা উবদা থর খোঙশিন্নরগা মাগা হেক হেক চংমিন্নরিদুদি।

কৌগী কোত্তা উচি লুপ্পদা উচি কংগ্রে। লৈশন্দা লাংখোঙদা উচি অমত্ত ওইরবসু কংব্রা য়েংউগে।

হুই- হোয়েন ঐখোয়গী চাক পীজবদা নং য়াউনিংব্রা?

হৌদোং- হৌদোং ঐখোয়গী চাক নিংথি মুংঙায় পীজদে। নংগীদি পুক্কম অমমম অয়ুক নুমিদাংদা পিজে।

কোং অসি নংনা য়েংবা হৈবসু নত্তেদো। হৌজিক্তি উচিশিং কদায় কদায়দা লৈথিবনো থংদে। ঐনা চংখোক্লরগা যায় হেক্তা লৈরমগনি মখোয়না চাবগী। অমরোমদা ঐখোয়দি চাক চারগা পুক থনবা পামদে। উচি হায়বসি অহাঙবা জিবনি। ঈশ্বরনা ঐখোয়বু উচি হাংনবা থারকপনি।

হুই- হৌদোং নখোয়সে পুকচেল কয়া শেংদে। নখোয়দা য়োংগী অং, লমহুইগী অং য়াওরি। নখোয় চাক থাকমদা ইতেমনা চাক থায় অদুবু নংদি উচি চাবকদগী চাক লামদনা চায়ে। অদুনা শাউদুনা থাকবনি। হুই ঐখোয়দি চাক য়াম্না চানবা শনাক তৌনে। ইতেমা, তাদা অঙাংশিংনা তৌ হায়বা থবক পুন্নমক ঐনা তৌই। অদুনা হুই ঐখোয়বু মখোয়না য়াম্না নুংশি।

হৌদোং- নঙোন্দা নুংশিবদগী ঐজেন্দনা হেক্কো নুংশিকন থোকপনি। হুই নংনা তৌবা থবক ঐনা তৌবা ঙমদে, ঐনা তৌবা ঙম্বা থবক নংনা ঙমদে। মীওইবগী মাঙনবতা [illegible] ঐ, [illegible], গেহ অসিনচিংবা মহৈ-মরোংশিং চাথোকপা চথায়বা অদুদগী মমল য়াম্লবা শেংন ইম্লবা ঙি-রোজ টিকথংপা অদুদগী হেন্দোকুনা মমল য়াম্লবা সনা, লুপা, মণি-মুক্তা শিক্লাং পরেং, খুদোপনচিংবা হবা ঙম্বা উটিসু ঐখোয়না হাত্তুনা চাথোক্লিবনি। নখোয়না ঙম্বা নঙ্ঙেনে।

হুই- হৌদোং, মীওইবগী অচা অথক মাংহনবা হায়বসি ঐখোয়গীসু মাংহনবনি। মখোয়বু নখোয়না কিহন্দুনা নত্রগা হাত্তুনা চাথোকপা ঙম্বগীদমক্তদি ঐখোয় নখোয়বু থাগৎলি। অদুবু নখোয়দি মীওইবগীদমক থবায় থাদোকপা ঙমদে। হুই ঐখোয়দি মপুগীদমক মৈনুংদা চোংশিন্দুনা কয়া শিত্রবনি। হুই কযা নোংমৈ গুলিনা পান্দুনা শিত্রবনি। তাইবং মীনা [illegible] লম্বীদা চংপা কিবদগী ঐখোয়বু হুন্না চংহনবনি। তমথি তমথিবা শা তানবদসু ঐখোয়না মাঙ থায়গা চংলিবনি। উরক-বারক্তা থনম্বা পোং-চৈ ঐখোয়না য়ুমদা পুবিরকই। পুবা ঙমদবা পোং ওইরগা ইতৈমাদা তাদাদা ভাক্লে। ঈশিংদা তাবা অঙাং ঐখোয়না মফি চিক্তুনা লৈরায়দা চিংথংলগা কংকাল য়ৌরকপনি। হুই ঐখোয় ফুংবোল শঙ্করদা থৌনা লৈবনি। সার্কসতসু মশা লৈতবনি। পোং হবা ল্যাকপদা তাদগা ইতৈমগদা তাকপনি। ঐ লৈতবা কান্দা পোং হত্রবদি মাবু য়ান্ত্রিবা ফাউবা থিবা ঙম্মী। কনাগুম্বা থরনা হুইবু পোং হয়ানবদা শিজিন্নে। শন্না হায়রবদা হৌজিক্কী মতমদা হুই ঐখোয়সি য়াম্না দরকার ওইরক্লে। নহানবাইদি য়ুম শঙনবা মী থম্লরম্মী। হৌজিক্তি মীগী মহুত্তা হুই ঐখোয় থম্মরে। মীদি পুকচেল শেংনা থবক তৌদে অদুগা তাবসু য়াম্না শিযু হায়। মরম অসিদগী মীগী মহুত্তা হুই ঐখোয় ওইনা থম্মবনি। মী লোয়নদুনা লম্বী সড়ক্তা চংমিন্নদে শরুকপুদি হুই লোয়নবনা ফবে থম্মরে।

তাইবং মীনা উচিবু হাংপা ঙমদে। য়াম্না বাংনা লাং থক্লগা নক্লগা হ চাহনগা ১-২, ৫-১০ হাংবনি। য়েং-ওই, খা-থাংবা উচিগী উচি ঙাক্তা ঙাইরবদি মীনা তৌবা ঙমদে। লিনবু গরুড়গী মচিক্নাক তাইবক্তম উচি অসি হৌদোংগী চিক্লকনি। উচিনা মক্তা চংশিন্তেনা হৌদোং ঐ মখাদা লৈবা ডরবদি উচি অদু মখক্তা তাক্লকনি। মসি ঐখোয়গী চাউরবা ওয়াখল। উচি ২-৩ না মী অমবা মতম অমতদা চিক্লবদি অমনবা লাইহৌ তৌনে নংক্রগা শি। উচিনা অমবা য়াদবা পোংসু চিকথায়। মসি মখোয়গী ময়া শাংবা হেনগত্তনবনি হায়। মরম অদুনা হেনগংলবদি অচাপোং চাবা য়াদদুনা শি হায়।

উচিনি তাইবং মীগী মরোল শক্তি হায়নে। অদুনা তাইবং মীনা মাবু চৈবা কিনে। মাবু চৈরবদি চৈরিবা মী অদুগী মপোং-মচে চিকথায়বী হায়। অসিগুম্বা অন্ধবিশ্বাসপু থাজবা মীসু লৈতবা নত্তে। ফিরোল য়োনবা দুকানশিংদা উচিনা চাননবা নুমিদাংদা চেং, হবাই থাদোকপি।

পৃথীবিগী করচিন কোয়া পুম্নমক্তা উচি হায়বা জিবা অসি লৈ। হৌদোং ঐখোয়সু পৃথীবিগী মফম অয়াম্বদা লৈ। ঐখোয় অমমমনা নোংমদা উচি অসি অনি-অনিগী চাংদা চাজরিবনি। লিনগা মকুগা মখোয় অনিসু উচিবু য়াম্না পাম্না চাজবনি। অদুবু মখোয়দি ঐখোয় লৈবাক্তা কয়া লৈত্রে। অমুক চাবা হাওবা উচি অসি নখোয়না কাবা ঙমদবগী চাজদ্রবনিদো।

উচি অমত্তা কোত্তগী যৌ শংপাই অমা চহি অমদা চাবা ওন্মী, উচি ২০ (কুন) না চহি অমদা যৌবোং ১৩ (তরা) চাথোকপা অসি কোত্তা যৌ য়াম্না হাম্না মপুনা থংবা ঙমদে। মখোয় য়ুমথোং খুদিংগী হৌদোং ঐখোয় লোম্নবিরবদি অমুক য়াম্বা যৌ মাংলিবা অসি মাংলোয়দবনি। মখোয় তাইবং মীগী অকাউবা, চেকশিন্দবা মতম মরক মরক্তা লাকই। ওা য়াইরম্নগা, ওা শেন্নগা, ওারুবাক মথুম হাংদোক্লগা মীগা বারি শান্নখিবা মতমদা ঐখোয়না ওা অমমগা লাকুনা চারবদি চেংপনা, থাবৈনা, য়োংশবীনা লংলক্তুনা ঐখোয়বু হাংকে তৌই। থাবে, চেংপনা পান্দুনা কয়া অমসু শিখ্রবনি। য়ুমগী ইতৌমনসু অশাবা য়োংশবী পায়দুনা ঐখোয় হাংকে তৌবদা মৈনা শাথি শাথিনা

পোকপা য়াওগ্রবনি। অসিগুম্বা জিবশিংসু তানি ডাওইশা তোমলগী ওসি ওসি পৃথীবিগী খল কায়রিবনি। উচি লৈরকসু লৈরকসু বাইল্ড লাইফ প্রোটেকশনগী মখাদা হৌদোং হাংগসু অখিংবা তৈ খৎনবা য়ী জমা নৈ। অসুম্বা হৌদোং হাত্তোকপিখিবদগী য়ুম কুনমুক্কী কোং ঐ ইখল্লনা য়েংশিল্লি। অদুননি ঐনা কোংয়াদা লৈরিঙেদা বায় লৈহৌদ্রগা ঐনা হঙ্ক্লকপা কান্দা কোত্তা বায়গী বায় ঙাক্তা ঙায়রম্মা। মদু উবদা ঐদি শাউনিংঙি। ঐবু উশিত্তবনি খল্লি। মখোয় অসিনা ঐ লাকপদা মনম ফংবদগী লোংখিদুনা থোরকপা কিদুনা থোরক্তবা নুমিৎসু য়াওরিবনি। ঐসু নোংমদি উচি লুম্বদগী চরা হেনগদবা খিত্তা ঙায়, অদুবু ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদুনি উচিদগী হেন্না হাওবা ঙামু অমা ইতৈমনা কাউদুনা চিংথরম্লে।

হন্দক চহি ১০ মুক সিদা তমেংলোং ডিস্ট্রিক্তা বা মপাল শাবদগী মদুগী মহে অদু উচিশিংনা য়াম্না হাওনা চায়। বাগী মপাল মহে চাবদা উচি লাবা পুন্নমক উচি অমোমশিংগা মতম পুন্নমত্তা তিন্নখৎলক্লে। মসিগী মরমদি 'বাগী মপাল মহেদা ষ্টেরোইদ মরাং কায়না ফংবননি' তাকয়না হায়রি। বা মপাল চাবদা উচি অমনা থা অমদা মচা ৫০-১০০ পোকই। মতম খরগী মমাংদা ওষ্ট্রেলিয়াদা থেবগী থেবা ঙাক্তা ঙায়রম্বগুম উচিগী উচি ঙাক্তা ঙায়দুনা বাখোংদগী লৌবুক্তা হায়থরক্লুনা কৌ, চেং, গেহু, চুজাক, মাইরেন্নচিংবা অফং অফংবা লোয়না চাথোক্লি। মনিপুর সরকারনা মফম অদুগী প্রজাশিংগী চাবা বাত্তনবা চেংচাক পুশিল্লি।

কাং মচা, কাং মরুম ঙাকথোক্লবা ঙা মচা মখল অমা পাত্তা থাদবগুম হৌদোং ঐখোয় লাক্ষ অমরোম মফম অদুদা থাদোকপিরগা সরকারনা মতিক চানা বাইল্ড লাইফ প্রোটেক্সন পিরবদি বা মপাল শাজরবসু উচি অমত্তা হিংলোই।

চহি খরগী মমাংদা খবরদা য়াওখিবা থেংনখি- বঙ্গাদেশতদি লুহোঙগদবা নুপানা উচি ১০০, অদুগা কন্যানা ৫০ হিংনা নত্রগা শিনা ফাদ্রিমখৈ লুহোংবা য়াদে। অদুগা অসিমসু থেংনখি- উচি খর হিংনা ফারগা, মথুন অদু য়েত্তুম্না ফোংলগা থাদোকখিবদা মখোয়না থেংন থেংনবা উচি খুদিং পংচিত্তা চিকখায়গনি। মখোয়না চিকখিবা উচিশিং অদু লোয়না শিগনি হায।

হোয়, মদুসু ওইরম্না মাইং। অদুবু মায়দগী করদি হৌরোংবু মুনা চাম্না তৌবিবা, হৌদোং মশিং হেনগৎহনবনা কমলি খল্লি।

হই নঙোন্দা ঐ ঙসিদি মরি অমা লিখিগে- হৌদোং ঐখোয়না কাময়সে কয়াম কাপ্পে হায়রবদো মরি অসিদগী খংগনি-

মাগীনি হায়রবা মমা-মপা, মচিন-মনাও অমত্তা লৈজদ্রবা হবায় টিঙতোন কৌবা হোটেল বোই অমনা, হোটেল মেনেজরনা হেক হেক ফুবিবদগী শাউদুনা নোংমা অহিংদা মাগী হৌদোং পুরগা চেল্লম্মী। মাইল খরা চেল্লবা মতুংদা চৰ্চকী কাংশি খিংলকপা তারম্মী। মহাক্না মহৌশাদগী কাংশিগী মখোল খিংবা তারক্তি। অদুবু ঙসিগী কাংশি মখোল অসুম্নদি মাগী মনাকোংদা তাখিদ্রি। মহাক্না সড়কী মতাইদা অশেংবা কাংশিগী মখোল তানবা লেপ্লম্মী। কাংশিগী মখোল খিংবা অসুম্না তারি-

হবায়টিঙতোন হল্লকও চংখিনু,
নহাক লন্দনগী মেয়োর অহল্লক ওইগদবা মীনি।
চংখিনু, হল্লকও হবায়টিঙতোন।

মহাক চমম্মনরম্মী। চৰ্চকী কাংশিনা হায়রিবসি কনাদনো। অহিংগী অথেংবদা চংলিবদি হবায়চিঙতোন ইতোমতনি। অদুনদি ঐবু ওইবা তারে। ঐবু চংকনু খিংলি। ঐ মাঙলোমদা খোঙ থাংবা থোকত্রে। ঐ চংলরোই। ঐ হোটেলদা অমুক হঞ্জিল্লগে। অসি খন্দুনা হোটেলগী মী হৌগৎনদ্রিঙেদা মাগী ফমুঙদা অমুক থুংলম্মী।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা, জহাজ অমগী মপু ওইবা, নুপী অঙাং লৈত্রবা ভদ্রলোক অমা নোংমা হোটেল অদুদা লাক্লগা হোটেল মেনেজর নুপী অদুদা 'ইবেম্মা নহাককী হোটেল অসিদা হোটেল বোই কয়া লৈবগে হংলম্মী।

মেনেজর নুপী অদুনা 'জেন্টলমেন অঙাং ২১ লৈ' খুল্লম্মী। ভদ্রলোক অদুনা 'ইবেম্মা নংগী অঙাং ২১ অদুদগী ঐ অমা য়োকচরগে নং করি খল্লি' হায়রকখি। নুপী মেনেজর অদুনা ভদ্রলোক অদুদা য়েংলগা 'জেন্টলমেন মদুদা ঐগী অতোঙবা নত্তনা অমাঙবদি ওইদে। ঐগী অঙাংশিং অসিদগী

পাম্বীবা অঙাং য়াওরম্রবদি মহাক অমসু ঐগী ম্নাইরক ফন্না ওইগনি। হৌজিক মতৌ করম্না অদোম্না ঐগী সিদগী অপাম্বা অঙাং খনবিগদগে' হায়রকখি।

"ইবেম্মা মখোয়শিং অসি পুংখায়মুক্তং থবক লেপহন্নগা পরেং লেপহন্নবিবা য়াগম্রা?

মেনেজর অদুনা হোটেল বোই পুম্নমক কৌথোক্লগা পরেং শানা লেপহনখ্রে। মখোয় অদুদা মশক মতৌ ফজবা কয়া য়াওরি, নোয় নোয় লাওবা য়েংবদা নুংশিবা কয়া, কয়া অমনা মশা তনাপ তনাপ্না, কয়া অমনা মশা পাবা ঈ থাংদবা অঙাংসু য়াউরি।

ভদ্রলোক অদুনা অঙাং মশক ফজবা নোয় নোয় লাওবা ময়াম অদুগী মরক্তগী অমা খন্দ্রগা মরেপ বাংবা, মশক ফজদবা ঈ থাংদবা অঙাং অমা খল্লম্মী। অঙাং অসিনি, হৢবায়টিঙতোন কৌবা চর্চকী কাংসি মখোন তাবদা চেনবা য়াখিদবা অদো।

মদু উবদা মেনেজর অদুনা ভদ্রলোক অদুদা হায়রম্মী- জেন্টলমেন্না খনবিরিবা অঙাং অদু অঙাং পুম্নমক্তগী খ্বায়দগী ফত্তবা, খ্বায়দগী পঙবা অঙাংনি। মহাক নত্তবা অতোপ্পা অঙাং অমা খনবিয়ু। মাগী চানবা শরুক পিবদা মদুগী তংখায় অমদি হৌদোংদা হেক হেক পিজে। ঐন্না মাগী চাক হৌদোংদা পিজদনবা খজিক্তংমক হাপ্পি। অদুদসু অদুম্মক হৌদোংগা মাগা তংখায় তংখায় য়েন্নে। মহাক চামন্দবদগী ময়াং কংলে। ঐনসু মাগী মতৌদুদা নুংশিদদুনা হেক হেক ফুবি। অদুবু মহাক থবক্তি ময়ামগা মান্ননা অদুম শুই।

ৱা অদু তাবদা ভদ্রলোক অদু খিক্তং নোক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী- অদুমক্তি ঐনা পাম্বা

অসি হায়রগা নুপী অদুদগী বিদায় লৌরগা অঙাং অদুগা লোয়ননা চৎলগে তৌবদা অঙাং অদুনা মঙোন্দা 'সার ঐগী হৌদোং অমুক্তা লৌথোকচকগে' হায়রম্মী।

ভদ্রলোক অদুনা লৌথোক্লনবা ইঙ্গিৎ তৌবদা অঙাং অদুনা হৌদোং পন্নগা হোটেল অদুদগী থোকমিন্নরকখি।

মমুম হেক লৌবগা ভদ্রলোক অদুনা শগোল গাড়িদগী কুমথহল্লম্মী। মীনায় কয়ামরুম্মা শগোলগাড়িগী মনাক্তা লাক্লগা মবুংঙো কুমথনবা ফাল থারম্মী। মখোয় অমা অনিনা গাড়িদগী পোং-চৈ লৌথরম্মী।

মবুংঙোগী য়াথং মতুং ইন্না মীনায়শিংনা হবায়টিঙতোন অমসুং মাগী হৌদোংবু ঈশিং অশাবনা ঈরুজথোকপিরম্মী। মীনায় অমনা মহাজন্না হায়বগী মতুংইন্না কি ভুবা মী অমা পুরক্লম্মী, অমনা অচা-অথক লৈরুই।

মথংগী নুমিত্তা ফিরোল ফজবা শেং ইল্লে। চাক অহাওবা চারে, তোঙানবা কা অমদা লাইরিক কয়ামরুম নিপা অনিনা থম্লরে। কা অদুদা চংলক্লবা নিপা অমনা মঙোন্দা হায়ররে। হান্নিনা কা অদুদা ওজা অমনা মাবু ঙায়রদুনা লৈরবনি।

মহাক্কী মবুদ্ধি অদুক্কী মতিক ফরম্মী। মঙোন্দা তাকপগা খংবা, কাউদবা ওইবম্মী। য়ুমদা তুইসন তৌদুনা, লাইরিক পাবনা মাগী মথৌ ওইরম্মী। মাগী পাপানা চংথোকপ্রিপ্রিঙৈ মমাংদা মঙোন্দা শিন্নরম্ম থবক অমত্তা শোয়রমদে।

মহাক হৌজিকসু মাগী হৌদোংগা লোয়ননা চাক অদুম্মক চামিন্নরি। মতম থজিকি মনুংদা মহাক হিরম খুদিংদা মতিক চাবা মী ওইরম্মী।

লল্লোন পোংনা জহাজগী মপোৎ ফারম্মী। ভদ্রলোক অদুনা জহাজদা য়াওরিবা পোংশিং অসি য়োল্লুরগা মদুগী শেলনা ইংলন্ডা লৈবা প্রজাশিংনা পামগদবা পোং-চৈ তিক্লকপনা মাগী মহৌশাদগী ওইরকপা শিনফমনি। ভদ্রলোক মশামক জহাজ অদুদা চংকদৌরি। চংলমদাইদা মানা মচাদা ব্রা খব হায়রম্মী, ব্রা হায়বা লোইরগা হবায়টিঙতোন্না মপাদা 'থবক চংপসিদা হৌদোং অসি পুবিখো' হায়রম্মী। মদু মপানা য়ারমদে। হবায়টিঙতোন্না মপাদা অমুক হন্না পুবিনবা হায়জরম্মী। মতম অদুদা মপানা 'হৌদোং অসি ঐঙোন্দদি খুরৌ থাংনবনি' অদুল্লু হৌদোং পুবিদ্রবদি ইচা অসি মথব্রায় নুংঙায়রোইদৌরে' ফদুনা য়াম্না তন্না হবায়টিঙতোনগী মখুত্তগী হৌদোং লৌবগা চংননবা জহাজ থারম্মী।

(১)

মহাক্কী জহাজ অদুনা সমুদ্রগী ইথং ব্রিটিশ কোলোনি থরদা থুংলম্মী। জহাজগী পোং কয়ামরুম য়োম্থোকয়্রে। কয়ামরুম অমনা পোংকা পোংকা শিন্নরকখি। অদুদগী জহাজ মপোং কাননবা সমুদ্রগী ইথং অমদা অমুক থুংলম্মী। মফম অদুগী ট্রাইবেলশিংনা হয়াও হয়াও তৌদুনা মখোয়গী মকোক ওইবা নিপা অদুগা উন্নরম্মী। মকোক (ট্রাইবেল লুচিংবা) অদুনা "নংনা পাম্বা পোং-চৈ ঐখোয় পিগে, মরুপ শান্নসি, মতুংদসু নংনা লাকপদা ইথং অসিদসু হেক হেক য়ৌবিরকউ। মরুপ শান্নবা ওইনা ঙসি অহানবা নুমিৎসিদা চাক চরা অমত্তং চামিন্নসি" হায়রম্মী।

ভদ্রলোক অদুনা হয়াওনা য়ারম্মী।

মখোয় ট্রাইবেল মকোক থরগা ভদ্রলোক অদুগা  শগায় মথক্তা চাক চামিন্ননবা কারম্মী। মহে মহে মাগী মাগী লাইশোন তিনশোন তৌরবা তুংদা চাক হক্কে তৌবদা কদায়দগীনো উচিগী উচি ঙাক্তা লাক্কুনা শগায় কানবা হোৎনরকখি। মতমদুদা ভদ্রলোক্কী তম্পাক্তা লৈবা হৌদোং অদুনা খুংলৈ থুনা চোংথরগা উচি অনি নমগ্রে। অদুদগী মিকুপ অনিগী মনুংদা উচি অমত্তা মশক উখিদ্রে। মদু উবদা ট্রাইবেল পুন্নমক অঙকপা ওইরম্মী।

ট্রাইবেলশিংনা অমত্তা ওইনা জেন্টলমেন অদুদা মসি ঐখোয়দা পিরম্মু, মসিগী মমিং করি কৌই। মসি উচিগী হিংচাবনি, লাইনি। ঐখোয়বু উচিদগী কনবিনবা নং মফম অসিদা লাকপনি। মসিগী মমল করি পিয়ুগে? নংনা অপাম্বতা হায়য়ু' হায়রম্মী।

ভদ্রলোক অদুনা ট্রাইবেলশিংদা য়াম্না নোম্লুক্না হায়রম্মী- মসি ঐগী অমতা ঙায়জবা ইচাগী হৌদোংনি। মানা য়াম্না লুনা তৌজে। মসি থনল্লগা ঐ য়ুমদা করম্না হনগনি? ইচানা হঙলক্লগা করি খুমগনি? মসিদি লৌবিগনু অঙাংগী মপোংনি। মথংদা ঐ হৌদোং য়াম্না পুজরক্কে। নখোয়সু ঐনা পাম্বা পোংশিং অদু য়াম্না থম্বীরম্মু।

ট্রাইবেলশিংনা মানা ঙাংলিবা অদু অবিরমদে। ট্রাইবেল লুচিংবা অদুনা হায়রম্মী- উচিশিংনা তোয়না লান্দারক্কুনা ঐখোয়গী চেং, চাক, গেহু,

উহে-ব্রাহে অদুদগী হেন্দোকুনা মী, শা, উচেক করা চিকথংতুনা যাংহল্লি। ঐখোয়না শগায় শায়গা লৈক্লিবা, শগায় থক্তা চাক চারিবা অসি চাক চারিঙেদা মখোয়না লান্দারকপদগী খরগী মখে ঙাকথোকচনবা তৌবনি। করিগুম্বা ঐখোয়না শগায়থক্তা লৈরিঙেদা মখোয় মরি মরি কাখৎলকপা য়াওরি। অদুবু মদু মরি মরি কাকৎলকপনিনা ঐখোয়না থাংনা মথং মথং হাংলি। উচেক শঙ্গু অমনা মথং মথং হৌনদুনা পায়রগা পাং অমদা ঙায়হাক চাক্তারল্লগা পুল্লপ অমুক পায়বিবগুম উচিশিংসু ঙায়হাক চাক্তারল্লগা মশিং থিঙমদনা মখোয়শিং অদু মাইকৈ অমদা চংখি।

ঐখোয়বু মখোয়না চাক ঈশিং পিজদনা নুমিৎ চুপ্পা অমা শগায় মথক্তা থম্মী। মরমদি মখাদা মখোয় ময়াম লৈশল্লবনা চাক ঈশিং থোং থাকপা য়াদ্রে। চরা হেনখিবা কয়ানি। হৌজিকসু নংগী নমাংমক্তদা উচিনা তৌরিদুনি। উচিনা হৌজিক ঐখোয়গী ইথক্তা লান্দারকপা অদুদা ঐখোয় লাইবক ফবদগী অশোক অনা অমত্তা য়াওহৌদ্রে অদুগা চাক ইনশাংসু অমত্তা চাবা ঙমখিদ্রে। মসিদা নংনা ঐখোয়দা হৌদোং পিরোই হায়বদি নং য়াম্না হৌন খঙদবা মী ওইদ্রা? মরুপ মপাং শিরগা হরাওবা মী, নংগী লৈবাক্তা উচিনা লান্দাদবগী চাউথোকচরিব্রা? ঐখোয়সু মীনি খংউ। নংগী লৈবাক্তা হৈদোং য়াম্না লৈ হাযবিবি। মদু অমা ফারগা নচাদা পিয়ু। নংনা মথং মফম অসিদা লাকপদসু হৌদোং য়াম্না পোরকউ হৌজিকসু মসি পিরমদবা য়াদবনি। পিরমদ্রবদি নহাক, নহাক মরুপ নৎত্রে।

ট্রাইবেল চিফটেন অদুগী ব্রা তাবদা ভদ্রলোক অদুনা করি নুংগী হায়জরুবনো খনগ্রে। মহাক্না খল্লম্মী- 'উচিনা লৈবাক পুম্মাং মাঙহনবা সিদি ঙসি থেংনরিসি ঙায়রি। ঐসু ঙসিদা খঙই হৌদোংগী মগুন। উচি লিশিং লিশিংবু মিকুপ অমদা মানা মাংহনবা। হৌদোং অসি থনল্লগা ইচানা নুংঙাইররোই। হুম! নুংঙায়গনি, করিসু হায়রোই, মা ঐঙোন্দা শাওরোই। অসিগুম্বা অসি থোকপা য়ায় খনবদগী মানা ঐঙোন্দা হৌদোং অসি নমদুনা

পিরকপনি। ঐগী ইচাদো লাইনি। হৌদোং অসুক দরকার লৈবা লমসিদা ঐনা হৌদোং থনমদ্রবদি মখোয়না ঐবু শোয়দনা হাপ্পনি। অদুদি হৌদোং থনন্নগা মসিগী মমল ওইনা সনা, লুপা খল্লা পুগ্রগে। অসি কন্দুনা মানা ট্রাইবেল চিফটেন্দা হায়জরম্মী- ফরে নিংথৌ, ঐগী ইচা কপচসনু। নংগী লমদা হৌদোং হায়বসি য়াম্না কান্নবা জিবনি। মসি লৌহৌরো অদুগা নুংঙায়না তুন্না চাবা য়াররনি।

ট্রাইবেলশিংনা য়াম্না হরাওনা খোন য়ৈবা, জগোয় শাবা তৌরগা হৌদোং অদু লৌহৌরম্মী। মখোয়না মঙোন্দা সনা, লুপা, দাইমন্দ্র অহুম অসিনা পিক থনবা ঙাবোং খাউ অমা হৌদোংগী মমল ওইনা পিরকখি।

অদুনা হুই, ঐগী ৱারিসে নং মুন্না তায়কো? হৌদোং হায়বা ঐখোয়দগী মীওইবগীদমক্তা হেন্না কান্নবা তৌবা করম্বা যুমশা অমমুক লৈরিবগে?

হুই- হেরা হৌদোং, নং অসিনা হেক হায়শাবা অমা! নখোয়দগী ঐখোয়না য়াম্না হেন্না কান্নবা জাৎনি। ঙসায় ঐনা নঙোন্দা মত্তেক খরদি হায়ব্রেন্দনা, হায়গদবা য়াম্না লৈরিজাৎনি। অদুবু মদু কোন্না তৌসি। নংগী ৱারিদো লোয়দনা তোকখ্রে। নংনা চর্চকী কাংশিগী ঈশে শকখি। ঈশে অদুদা থ্রাইচ লোর্ড অফ লন্দন হায়খি। করম তৌবনো হরায়টিঙতোন্দো, মতুংদা মানা করি তৌরকপ্রবগে?

হৌদোং- ও! অদু ওইরে, হৌদোং ঐখোয়গী তৌওম্বা অদুফাওবদংগী ৱারি লিখিবনি। নংনা মখা লিবিয়ু হায়রগা ৱারি য়াম্না তেনশিন্না লিরগে।

জহাজ অদুনা আটলান্তিক মহাসাগরদা লাক্লগা ব্রিটেন্দা থুংলবগা মচানুপা হরায়টিঙতোন্না মপাবু শোয়দ ঙামদনা থুংলবগীদমক থাগৎলম্মী।হরায়চিঙতোন্না মপাগী মকশিনবা মাইথোঙ উবদা 'করি নুংঙায়তবা লৈবগে পাপা, মাইথোঙ মকশিন্না উই হায়রম্মী।

"ঐ নঙোন্দা য়াম্না নুংঙায়তবা থবক অমা তৌখ্রে"।

"ঐঙোন্দা করি নুংঙায়তবা তৌখ্রবগে পাপা?

"নংগী হৌদোং অদু ঐনা ট্রাইবেলশিংনা পিখোক্লব্রে"।

"মখোয়না হৌদোংগী কায়বা নৈত্রা"?

"যরে, ঐখোয় লোক্তা কমসি, ঐ মনুগী বারি তৌগে"।

মখোয় অনি লোক্তা কম্মিরম্মী। অদুগা বারি তৌরম্মী।

ট্রাইবেলশিংনা ঐবু চাক কৌহি। চাক চারমদারদা উচিগী উচি গুক্তা লাকুনা ঐখোয় অমা লাক্লবা হেংনরিঙে চৈরক্তা হৌদোংনা ঐগী ভম্পাক্তগী চোংখত্লগা মখোক্ত খুয়াং অমিনা উচি অনি নমব্রে। ট্রাইবেল মুগী, নুপা, অঙাংশিংনা করাগা লাউবগা তৌনরম্মী। মিকুপ অনি অহমগী মতুংদা উচিশিংদি অমত্তা উখিদ্রে। লোয়নমক মথবায় হিংনবা চেন্নব্রে। খুনগী ট্রাইবেল ৫-৬ উচি অমমম অনিনা চিক্লম্মী। ঐনা জহাজদগী কাষ্ট এডকী হিদাক লৌহন্নরগা মখোয়দা তৌরম্মী। ট্রাইবেলশিংনা উচিশিং মশক উখিদ্রবদা কপ্প-লাওনবসু তোকব্রে। মতমদুদা ট্রাইবেল মকোকশিং অদুনা অমত্তা ওইনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী- নংগী শা মচা অসিনা ঐখোয়বু উচিনা চিকপিরমব্রে, হাংপিরমব্রে অদুগা ঐখোয়গী চাক ইনশাং, উহৈ-বাহৈশিংসু অমত্তা চাখিদ্রে। নংগী শা মচা অসিনা উচি লাক্লী পুন্নমক মাইথিবা পিবা ওন্মী। অসা! মহাক অসি লাইনি হায়রম্মী।

মতৌ অসুম্না উচিশিংনা মরক মরক্তা লান্দারকপদগী ঙাকথোকচবা ওন্নবা মখোয়না শগায় মথক্তা চাক চায়, তুম্বা, হিন্নসু শগায় মথক্তনি। উচিনা লান্দারকপগা মখোয়না শাগী মচি খোঙদুনা মীঙোন্দা পাউ পি। অসুম্ন া পাউ পিরক্লবদি শগায়দা কাখংলি। নুমিং অদুমকসু চাক চাননবা ঐখোয় শগায় মথক্তা কারগা লৈরবনি। মখাদগী মখোয় খরনা মথক্তা চাক পিরকপা মতম অদুদা মোইন্কুংগুম্বা অহৌবা খোঞ্জেল অবগা উচিশিং য়ৌরকখি। নহাক্কী হৌদোং অদু য়াওরমদ্রবদি হন্দক ঐগী জহাজগী খোঙচং অদুদা ঐদি রেং বাইট কিবরনা শিত্রগনি।

ট্রাইবেলশিংদা অমুক কায়বা হৌদোং অসি পিরমদ্রবদি মখোয়না ঐবু হাংখিবা য়াই। ঐনা যরে ইচাগী অশাওবা পুন্নমক ঐ কাথরগে হায়দুনা হৌদোং

য়ারোই। মিং তাঙবার ঐলোয়না পুনা চখ্রি অদুগ্যি সড়কসু লাপ্লোকমিন্নহ্রি। হুই ঐখোয়দি মমিং তাঙবা অদদু শেরক, চংমিন্নক থারকপনিনা সড়ককী মতামদা নুংঙ্কিগী কপ্পাম্নক মুমা চখ্রিয়ে। অদুনা গাড়িনা তাদাগা ঐগা সড়ক মতামদা লেপ্লগা ক্রোস তৌহৌনবা খুং তিংগ্লেকপদতা গাড়িশিং ওয়হান্তি চপ চপ লেপ্লিবনি।

হুই ঐখোয়সে ডুশিত্তবগদি তৌগনু, অতে শাগা শুকমান মান্নদবনি, তম্নীরিবমখে য়াবনি। মীনব হেক খঙলিবা, মী অদুনা হুই অদুদা মমুৎ তানা তুম্নীবদা হৈজ্রনিংঙাই, ওম্রদনিংঙাই লৈতে। মীওইবগী ব্রেনগী হৈ-শিংবা, ব্রেনগী মথৌ লৈব্র অসি মীগী হেক মথংদা ঐখোয় লৈবনি। অদুনা মীনা ঐখোয়বু মখোয়গী মহুত্তা সেটেলাইটতা থাগৎলি। হৌজিক থাদা পুনবা থৌরাং তৌরি।

হুই ঐখোয় হুরানবগী য়েক্রুবনি, বিচারপতিনি। অনাবশিংগী নর্সনি, ডাক্তরনি। মিংতাঙবগী মমিংনি। না তাথবগী অনৌবা নাকোংনি। লম্মাংনরবা মীগী লম্বী তাকপিবনি। মাংখ্রবা পোৎ পুথোরকপনি। অঙাউবগী চান্নরবা মরুপনি। মীওইবগী সিফাইনি। শাদানবগী শা ত্তানরিবনি। হুই ঐখোয়সে মীরোল ঙাংদবা, ঙাংবা থোক্তবা, মীনা ঙাংবদি লোয়না খঙবা শানি। পাউ পিথোক-পিশিন তৌবা, অচাপোৎ লৌথোক লৌশিন তৌবা, ডুহে-থাহে মখোক চিক্তুনা পুরক্লগা চানিংবা মীদা পিজবা জিবনি।

লৈবাক লৈবাকশিংদা হুইগী মগুন অসুম অসুম খংনরকপদগী মপু লৈতবা সহড়গী লম্নীশিংদা লৈবা হুইশিং লোয়না ফারগা শিজিন্নগদৌরি। হুই হান্নবসে অসুক্কী মতিক কান্নরম্লে হায়রি মীশিংনা।

হৌজিক্কী মতমদা অঙাং মুল কাবা কুপ্না হুইনা থিদোক থিজিন তৌবিরে। মমা-মপাগী মখুৎ পায়দ্রবদি চংপা কিরম্না অঙাং অদু মমা-মপা য়াওদ্রবসু ঐখোয়না মাগী মমিং মনা শিংহন্দুনা চংহল্লি। মনা তাদবা মীবু

# ওইরোয় হায়রবমক্তদা

চন্দ্রগা শখিগা চহি ১৫মুক যুম পানমিন্নরকপবু মমিত্তা মচা অমত্তা উবা ফংলমদে। মখোয় অনিমক মীওোন্দা কায়জদবা, মীগা চিন্দা পাওদানদুনা খংনা-চৈনবা ওাংনবা পান্নমদে। মাগী মাগী তৌগদবা মথৌ তৌদ্রিঙেদা অয়ুক ওন্না ইরুজরগা ঈশ্বরবু থবায় য়াওনা নুমিৎ খুদিংগী খুরুমজরম্মী।

মীনা হায়বা লাইফম তিনফম পুন্নমন্তা শেল চংনা মতম মাঙনা হেক হেক খুরুমখি। অদুবু ওসি ফাওবা অরেম্বা তারি। মীশিংনা হৌজিক ডাক্তরদা য়েংউ হায়বিরে। ডাক্তরদা চংলে। ডাক্তরনা হায়বা লোয়না তৌরে, লোয়না য়েংলে। নুমিৎ ৫নি লৈরগা ডাক্তরনা নুপাগী স্পার্ম খর থাংলে অদুগা নুপীগী ফোলোপিয়ান টিযুব ফুল্লে ওপরেসন মচা অমা তৌথোকসি অরুবা নত্তে। ইচম চম্না মরিন তেংথোকপখক্তনি হায়রে। ওপরেসন মতুংদা নুপীরোমদা য়েংলগদি অওাং পোক্কনি হায়বা ওম্মী অদুগা নুপারোমদা অশোনবা খর লৈবনা অওাং পোক্কনি হায়বা চপ চানা হায়বা ওমদে হায়রকখি।

ওপরেসন তৌরগা অওাং শোয়দনা পোক্কদবা লৈরবদি ওপরেসন তৌথোকসি। মদুদা ঐ করিমত্তা অকিবা লৈতে। অদুদা ডাক্তরনা পোক্কনি হায়বা চপ চানা হায়বা ওমদবনিনা ঐ নওোন্দা য়া অমা হৌদোক্নে। ঐগী ইনাও নুপী বিমোলাদো মমান্নবিশিংগুম ইরাং তৌবা হৈতদুনা মীনা লৈশাবী অরিবী হায়বিরে। ঐদি মাবু পাঞ্জি য়েংলগা অফবা নুমিৎ অমদা য়ুমদা হেক্তা পুশিল্লক্লগে খনবনি। নহাক্না করি খল্লিবা?

"হায় শখি, নং অদুগুম্না থবক পামগনু। নংনা থাকচবা লাংদা নশা থুজগনি। নং অমা ঐগী নুপী ওইহরি। ননাও বিমোলাসু মনিং তমজসনু। মাগা নুংশিনবা, মালা পাম্বা নুপাদা লৈজসনু। মা ঐগীদা লাক্লগা মরায়বক্ত

থিবা ওইহনগনু। মা ঐগীদা লাক্লগা অঙাং শোয়দনা পোক্লনি কনানা হায়বগে? মা লাক্লগা অঙাং পোকত্রবদি কমদৌবা তারি? অতোপ্পা নুপী অমমুক লৌগদ্রা? নুপী অহুম লোল্লগা মচা অমত্তা পোক্তবা য়াওরি। মোইরাংগী চিংখুবা যুবরাজগী নুপী ১১ লৈরম্মী। মখোয় ১১গী মনুংদা নুপী অমত্তনা মজা ইবেম্মা থোইবী পোকখি। অতে নুপীশিং অদু মচা অমত্তা লৈখিদবনি। ডাক্তরনা হায়রকখিবদায় ঐওোন্দা অকায়বা অমা লৈ হায়না। অদুমক্লা অচুম্বা ওইরবদি ঐগী নুপী ১০০ লৈরবসু ইচা পোক্লোয়। নং থাজদবা তৌগনু। মোগোল নিংথৌরেল ঔরঙ্গজেবকী মহারাণী ময়াম মচা অমত্তা পোকখিদে। মরম অদুদগী ভারত্তা মাগী মতুংদা মোগোল লৈখিদ্রে"।

ইচা অমা মিত্তা উনিংলুবগী মরুম্বা মরুপ্পী থম্লদুনা থাং শংনরি। যুম্লোন্নবা কয়া নুংশিনদদুনা লৈ।

তুরোনবগী শুমাঙদা তিংথৌ পাম্বী ওইনা হৌনিংদে হায়নরিবদুনি। য়েংউ ভৈগোহোয়গী ইমুংদা তৌরিসে। নোংমগী চাক পুখম অমা অনি হেক হেক মাংঙিবনি। ভৈগো ঙাউরেদনা হৌজিক ইনশাং হাউবা ইমুংদা চাক চাদ্রে। ইনশাং হাউত্তবা ইমুংদা চাক চারে। চাকচা তোকপগা পুখমদা মখুং হামজিল্লে অদুগা চাক পুখম মনাক্তা কুন্দুনা লৈবা হৌদোংদা ফদি ওইরবোয় নিংদুনা পায়রুবদা মমিত্তা হৌদোংনা খোংপদগী ঙৌদোং লৈরেদনা। হৌজিক মা করি শারে ?

শখি অমসু হায়গে,

মমা মপানা সনাগী কৈরাক থাবিরম্বা, মরল মথুম্মা পিক থন্না লৈরম্বা, কনাগী লৌদগী, ইংখোলদগী ময়াম অদু মাইবা মাইবীনা লৌবিগ্রে। অহম্না হায়-অতোপ্পীনা পোংশেম তৌশিল্লে। অতোপ্পীনা হায়-অহম্না পোংশেম তৌশিল্লে। নুপী অতোপ্পীনা হায়বা য়ানবা চংকদ্রা, অহম্না হায়বা য়ানবা চংকদ্রা? অফিস কাবদা খোঙউপ তোংবা কাওদুনা চপল তোংলে। ফুরিং কুদাম হুকচিন্দ্রে। মরক মরক্তা মশম হাত্তনা অফিস কারে।

হন্দক অতোম্বীগী মোন মখাদা পাকংগী ফোটো অমা লৈরম্মী। অহন্না থম্বা নত্রবদি কনানা থম্নগনি হায়রি? নুপী অহনগী বেগতা নিপা অমগী ফোটো য়াওরম্মী। অতোম্বীনা হাপচিনবা নত্তনদি কনানা ওইনি হায়দুনা মশম ফোয়নবদা ডাক্তর য়ৌনৈ। ডাক্তরনা হায়রি 'শমগী মরু ফুকখিবনা অমুক শম হৌররোয়'। নুপী অতোম্বীদো কপ কপ্লুনা 'নোংবানগী মচন তোরো ওল্লে শাওজরি'। নুপা নখোয়দা পুবিরকপদি ঐবু তোরো ওন্নবা ওইরেক্নো হায়রি।

শখি তাউ ব্বারি অমা তৌগে - কেবিসনা লৌবা তাদা তোমাজগী ব্বারিনি। মচা পোক্তে হায়দুনা কেবিসনানা মনাওনুপী তোম্বীসনা পুশিল্লকই। চহি অমরোম লৈরগা কেবিসনা মচানুপা অমা পোক্লে। অদুদগীদি মানা লৌরক্না মনাওনুপী তোম্বীসনা তাম্বোক্লবা হোংনরম্মী। অদুনা মখোয় অনি ক্বাক্বা শাইরোংগা ওইনরম্মী। অদুম ওইনমক তোম্বীসনা মচেগা খংন-খংনদুনা লৈবা পামদবদগী মপামদা হনখি।

তাউ শখি, নুপী অমবু লৌরগা ঐনা ওম্মী খন্দুন থোক হেক্কা তাম্বোকপসে ফত্তে। চাউবনা চাউবীমচা লৌদুনা চহি ২০-৩০গুক য়ুম্বানমিন্নববু মচা অমত্তা মমিত্তা উদ্রদুনা চাউবনা চাউবীমচাদা চংখিনব্বা অদুগা অতোপ্পা নুপী অমা থিরগে হায়রম্মী। উপায় লৈত্রদুনা চাউবীমচনা চেনারৈ কৌবী মনম পোল্লপ তৌবী লৈশাবী অরিবী অমাময়ুমদা পুরক্লম্মী। খর লৈরগা মচানুপা অমা পোক্লে। অমুকসু অনিশুবা মচানুপা অমমুক পোক্লক্লে। চহি অহুমগী মনুংদা থংন থংননা মচা অনি পোক্লকপদুনা মখোয় ঙমখৈ নায়দনা হরাউরম্মী। অদুবু ওম্বোকপনি চাউবীমচাদি মবুক শেংদ্রবা নুপী ওইবনিনা চাউবদা ওইদ পাদবা ব্বা ময়াম হায়জিন্দুনা চেনারৈ চংখিনবা তৌরম্মী। চেনারৈ মচেগী চত্রিন্দা খাঙবা ঙমদদুনা অঙাং পুরগা চেনগে তৌবদা অঙাং মুনবিহৌথি। চাউবগা চাউবীমচাগা নোক্ল নোক্লা লৈহৌরে।

শখি তাউ, মসিনা ব্বারি অমনি। মাম্মা কোন্দুম্না ইনে ইবেনীগা পান্নদুনা চহি ১৫ লৈমিন্নববু মচা অমত্তা পোক্লমদে। ইনে ইবেনীনা লৈশাবী

অরিবী অমা 'কোয়লগি ফিনুং মাপী অতোপ্পা ওইনবা মৌজরই। মাম্মা কোম্দুম্মা মতম খর ইলে ইবেনীদা শাউরম্মী। অদুবু থা খরগী মতুংথনি ইনেতোন তোনসনাগী ওইরম্মে। চহি ওল্লকপদা মচা নুপা ফজবা অমা পোক্লে। অদুগী অসুম অসুম ইবেনীবু কাউথোরক্লে।

নোংমা ইবেনীনা মাম্মা কোম্দুমদা হায়রম্মী। 'ঐ চংখিবনা ফরব্রা'? কোম্দুম্মা খুমখি- 'নং চংকে চংলু, মমা শাগেরা শাউ'।

অমমুক লিগে শখি, অফিসার বিরেন্না চহি তরা য়োম সনায়বাইগা খুব্রামববু মচা অমত্তা পোক্লমদে। মচা পোক্তে হায়দুনা মীগী মচা পুশিল্লকনি খনবদগী মনাওনুপী সনাথোইহ লৌশিল্লুরে। অদুদসু ফনা কুইনা মচা পোক্লমদ্রে।

মরক মরক্তা বিরেন বাবু থবক চিল্লি হায়দুনা ময়ুমদা নুমিদাং হৣিল্লকত্রে। বিরেনগী মতৌ অদু সনাথোইদি খংলম্মী। মহাক মপামদা হনখিরম্মী। সনাথোইনা ময়ুমদা হনগ্রবদা বিরেন্না কোয়জবা নুপী অদু পুশিল্লক্লম্মী। অদুবু চহি ৫-৬ হেল্লবসু অতোপ্পা অদু মীরোনবগী মমী তল্লমদে।

সনাথোইনা মতম খর মপামদা লৈরল্লগা অতোপ্পা নিপা অমদা ময়ুম পাল্লম্মী। ওল্লকপা চহিদা সনাথোইহ মচা অমা ফংজখি। হৌজিক মতে মনাও মচানুপা অনিগা নুপী অমগা নুংঙায়না পাল্লি।

বিরেন বাবুনা নুপী ৩ শুরবসু মচা পোক্লমদে। মঙোন্দা চহি ৬ লৈরুরবা সনাথোইনা অতোপ্পা নিপা অমদা লৈবদা মচা অহুম পোক্নুনা নুংঙায়না লৈগ্রে।

নুপী লোল্লগা ঙাউবা ঙাউদবা হায়বদুনা নুপাদা লৈরে।

ঐ স্পার্ম খর ব্রাংলি হায়রি। অদুনা ১০০দা ৯০দি অঙাং পোক্রোই। নহাক অমদি নহাক্কুম্বা নুপীশিং ফোলোপিয়ান টিয়ুব (Follopion tube) ফুল্লিমখৈ অঙাং ওইরোয়। সিফিলিস মহিক চেনবা নুপা নুপী ১০০দা ৫০ অঙাং পোক্রোয়। অসিগুম্বা ব্রারি কয়া চন্দ্রনা শখিদা লিরম্মী।

চন্দ্রনা ফনা ঙাংদুনসু শখিনা করিমত্তা তাবিবা লৈখিদ্রে, বিমোলাবু শখিনা অতোপ্পা ওইনা পুশিল্লক্লে।

-ঃ(০)ঃ-

# লালোগী নুংশিহেবা

রামোগা লালোগা মমা মপা অমগী মচাশিং ওইরম্মী। মমা মপানা করিবা অদুগা মচা অহম্না করিগী ওইজনামদা থিরিবনো? অদুগা মনাউ লালোনা করিগী মমা মপাগুম ওইজনাম থিদবা মী ওইরিবনো? ওইজনাম থিবদা চোপ্প চোপ্পবা মী য়াম্না লৈবা থেংনে। মখোয় লোয়নমক নুংঙাইবা ওইদে। মীগীসু ফনবা তৌবা মাগীসু বাদনবা তৌবনা পুন্সিদা ইংনা তপ্না হিংবা হায়বদু ওইদুনা লৈগল্লি।

মচা অহল রামো স্কুল কাউ হায়রুবতদা মঙোন্দা য়াম্না থিনা ফুবগুম কপ্লম্মী। মসিগুম্বা অসি কয়ারক থোক্লুবা তুংদদি মাবু কনানসু স্কুল কাউ হায়বিরমদে। রামোগী মপাগী পুং অদু পুথোক্লুনা নুংতিগী য়ৈবা শান্নরম্মী। মতমগী মতুং ইন্না রামো পাখং ফারক্লুনা নুপী অমগা লুহোঙলম্মী। হেক লুহোঙবগা মাবু মমা মপানা লৌ লৌরাক অমা পিদুনা তোঙান পিজরম্মী। রামো মশক ফজবা পুং য়ৈবা নিপা অমা ওইরকখি। শেল খর পায়খৎলকপদগী হৌনা শেন্দোয় চাবা য়াম্না পাল্লম্মী। মাগী শেন্দোয় চাউমনবসিনা মীশিংনা মঙোন্দগী শেল কয়া পুনরমদে। শেল পুরমদায়দা শেন্দোয় খর তাবিয়ু হায়রুবদসু 'ঙম্মগা লৌ, ঙমদ্রগা তোকউ ' হায়বিরকখি। অদুবু অখু-অকায়গী লাকপা, লাপ্না চৎনদবনা মঙোন্দগী শেল পুবসু মশিং য়াল্লম্মী। শেল পায়রকপগী হৌনশা ওইরমাল্লে, বাঙাং-শাঙাং ব্যাবহার য়াউদবা, মী উশিত্তবা মানবা কয়া মরক মরক্তা মীঙোন্দা হায়দোকপিখি। মাগী মচা অনি পোক্লম্মী। রামোনা মচা অনিমক লাইরিক হৈহন্নিংলম্মী। মখোয় অনিমক মীরমদা থমদুনা লাইরিক তমহল্লম্মী।

অমরোমদা রামোগী নুপী রজনীদি য়াম্না মবুক তপ্নি, ইংগ্তি। মপুরোইবগী বাঙাং-শাঙাং মানা তাবদা য়াম্না বারম্মী। মপুরোইবা রামোনা ঙাংবদা শাউদুনা চংপ্রবা মী কয়া মানা শাউবিদনবা হায়জরুই। মাবু মী পুন্নমক্লা নুংশিরম্মী।

মনাও নুপা লালো লাইরিক হৈ, মাগী নুপীগা পুন্নশ ফুস অমত্তগী ওজা ওইমিন্নরম্মী। অঙাং নুপা অনি পোক্লগা মমা নৌনা তাইবংপান থাদোকখি। লালোনা মচা অনিবু নুংতিগী লাইরিক পানবগী মতম, শান্নবগী মতম, ইংখোল শুনবগী মতম তাকপিরম্মী। মচাশিংনা পাখং ফারবা ফাউবা মানা মচাশিংবু মরুপকী মতৌগুম লোয়নরম্মী। স্কুল, কোলেজ তম্নরবসু হেক লোয়বগা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী। মরম অসিদগী মাগী মচাশিংনা মশা ফবা, লাইরিক হৈবা ওইরকখি। মপাগা মরুপ ওইদুনা লৈরবনিনা মমান্নবশিংগা তিন্নরমদে। মরম অসিদগী মমান্নবশিংনা নিশা চাদুনা মাংলবসু লালোগী মচাশিংদি ফরম্মী।

লালোগী মচাশিংদি লাইরিক হেক তম্বদগী মবুদ্ধি মরৌশিং লৈবদুদা এল, পি, স্কুলগী হেডপন্দিট ইবোহলনা অঙাং অনিগী মরক মরক্তা মফি মরোল লৈবিরম্মী। মপা ইবুংঙো লালোনা লুনা তৌবদগীদি ওজা ইবোহলনা লুনা তৌবনা হেনখ্রে। নোংমা পন্দিট ইবোহলনা লালোদা - 'নংগী নচা অমদি ঐ য়োকচরগে ইবুংঙো' হায়রম্মী লালোনা নোক্তমক নোক্লম্মী পাউখুমদি পিখিদে। খর লৈরগা অমুক্তসু 'অঙাং অমদি ঐ য়োকচরগে' হায়না হায়বদা লালোনা 'ওজা অঙাং য়াউবিদত্রা' হংলম্মী। মদুদা পন্দিট ইবোহলনা অশুম্না খুন্নকখি-'ইবুংঙো লালো ঐগী ইচানুপা ৪ লৈ অদুগা নুপী অনিনি। মখোয় লোয়নমক লাইরিক ফত্তে। ডাক্তর তম্বা য়াবা ইচা য়াউদে। নংগী নচা ঐনা য়োক্লগা ডাক্তর তমহনগে তৌবনি'।

'ওজা ওহোকপনি! ঐগী ইতৌসি! অঙাং অনিসিগী মমা লৈখিদ্রে, অঙাং অনিসিগী মতৌ য়েংদুনা লৈখিদ্রবী অদুগী অবাবা মৈচাক খরগী মখোদি কাওথোকচবা ওন্নি। করিগুম্বা অঙাং অনিসিগী মরক্তা অমা চংগ্রবদি অঙাং অমনা মপাং কায়নবগী নুংঙায়তবা লৈরনি। মরক মরক্তা য়ারি শাদুনা লৈমিন্নবা ফংদ্রবনিনা অঙাং অমদি তুফক তুফায় চনগদৌরি। ঐনা অমা কায়নবগী নুংঙায়তবা মরক্তা অমসু অমুক কায়নরবদি ঐহাক য়াম্না অবাবা

ওইরনি। ওজাগী পুকচেন ঐ খংঙ্লে। ঐগী ইচাবু ডাক্তর তম্লীনবা ওজাগী নাক্তা থম্লীরগে হায়বসি ঐগী য়াম্না লাইব্বক ফবনি। অবাবা অমগী মথংদা অবাবা অমা লৈতনবা ঐগীদা শুম লৈজরসনু। অদুগা ওজাবুনা মখোয়বু ডাক্তর তম্বা য়ানবা হোৎনবিগদৌরি। মখোয় শোয়দনা ডাক্তর তমহল্লগনি। মহে তম্বদা শেল লৈতবা থোক্লবসু ওজাগী মতেং লৌজগে। ইচাশিংগা ঐগা তোঙান্না লৈনবদি অকায়বা লৈরে। অসি হায়বগী ওজানা ঐবু ঙাকপিয়ু’।

মকোক থোঙবা ওইরকপগী অঙাংশিং অদু সরকারনা, ক্লবনা, এসোসিএসন্না অদুগা কম্পানিগী ভদ্রলক কয়ানা চহি খুদিংগী শেলগী মনা অমসুং সার্টিফিকেট ফংলম্মী।

মপানদি অমা ডাক্তর ওইরগা অমনা ইঞ্জিনিয়ার ওইহল্লিংঙি। অদুবু মচাশিংনা য়াবমদ্রে। মচাশিংনা হায়রম্মী-‘বাবা ঐখোয় মীগী মরল য়াম্না তোনশিল্লে। মী পুম্নমকপু অবাবা কোক্লবা পান্বেদি ডাক্তর ওইবা শিনফম অসিনা ওইগনি। ইঞ্জিনিয়ার ওইরগা নুংঙায় য়াইফরক্তুনা ঐখোয়দা মতেং পাংবিবা, নুংশিবিখিবা মীশিংগী মথক্তসু ঐখোয়না নুংশিবা মশক খংদবা, তৌবিমল খংদবা ওইরকপা য়াই। অদুনা ঐখোয় অনিমক ডাক্তর তম্লগনি। মীনা ঐখোয়বু নুংশিবিরিবা অসিদগী হেন্না নুংশিনবা পান্বেদি ডাক্তর ওইবনি। হৌজিক্কী মতমদা ঐখোয়না ডাক্তরবু য়াম্না ফগৎনা উরিবসি, মসিদগী হেন্না ফগৎনবা হেন্না থিংজন-খোৎচনবা পাম্মী’। অসি হায়দুনা মচা অনিমক ডাক্তর তম্লম্মী।

রামোগী মচানুপা অনিমক মনিপুরদা লাইহিক তম্লবদি সঙ্গ ফত্তবদগী মাংবা তারে খন্দুনা মীরমদা তমহনশ্লবনি। মখোয়না লম অদুদা ঙাউশিন্নবা পাম্বা নহারোলশিংগা সঙ্গ ওইনরম্মী। স্কুল তম্বদা, কলেজ তম্বদা ক্লাস য়াউদবা মশিং য়ামশিল্লক্লম্মী। নিশা চাবা কুংশিল্লক্লম্মী। চহি খরগী মতুংদা মখোয় কলেজ কাবা হৈনরমদে। মনিপুরদগী, মিজোরামদগী, ত্রিপুরাদগী মহে তমজবা লাকপা মীশিংগী মীং চনফম থিবিবা, লৈফম থিবিবা ওইরকখি। মযুমদনা শেল হেন্না থারক্লবা মপাদা চিঠি ইরকখি। ওক্তবা ময়াম শুনশিল্লগা নোর্থ-ইষ্টকী অঙাংশিংবু মাংহনবা হৌরকপদগী ষ্টেট খরগী অথোরিটিনা অঙাং খর ফাবদা মখোয় অনি য়াউরম্মী। পুলিসনা মমা মপাদা

মচা ওক্তবা খর অমুক হন্না তৌহনগনু হায়রগা শিন্নখি। অহল মতৌ মনাওনা (লম অদুদা লৈবা) রামোগা মাগী নুপী রজনীগা শায়গা রামোগী মচা অনি পুলিসতগী লৌথোকখি। মীশিংনা 'মমা মপানা নোংমতা মচাশিং করি তৌরিবগে য়েংশিন্দ্রবা অদুনা করি ফরমগদবনো? ঐখোয়গী থুমদা লৈমিন্নবা ইচা ফাউবা উনা উনা ফত্তবা কালসিদা' হায়নরম্মী। অদুবু অসিগুম্বা পাউ ফত্তবা অসি রামোগী ইমুংদা হায়বিনবা লৈরমদে।

মতম খর লৈরগা লালোগা মমাগা ম্যালেরিয়ানা নারম্মী। অহল মতমগা ওইশিল্লকপগা লালোগী মমাদি অদুম ইফ ফগৎলমদ্রে।

লালোগী মচা অতোম্বনা এম:বি:বি:এস: লোয়দুনা ময়ুমদা থোরক্লবা থৌরাং তৌরিঙেদা ময়াম্বসু মাষ্টর লোয়দুনা ময়ুমদা লাকপগী লম্বীদা মনাউগীদা চংলম্মী। মখোয় অনি মনিপুর থোরকমিন্নরম্মী। মখোয়না ডিমাপুরদগী হৱাগাড়িনা ইম্ফাল য়ৌরক্লম্মী। গাড়িদগী কুমথরগা মখোঙনা ময়ুমদা চৎপগী লম্বীদা মীশিংনা মখোয়দা লুনা তৌবিদুনা, 'নপাগা নবোক্কা নাবগী পাউ তাদুনা লাক্লিব্রা' হংলকখি। মখোয়না মীশিংবু ইনে, মাম্মা, খুরা, তাদা কৌদুনা হরাউ হরাউ খুন্নলগা ময়ুম য়ৌশিল্লম্মী।

মখোয় থোরকপা উবদা লৈকাইগী মীশিংনা মমাগা মবোক্কা নাবা ফরগনি হরাওরম্মী। থুনমক মখোয়না মবোক্কা মপাগা হৱাগাড়ি রায়দুনা ডাক্তরদা পুখৎলম্মী।

মপাদি নোংম নোংমগী ফগৎলম্মী। মবোক্তি নোংম নোংমগী শোক্করকপা উবদা মপা লালোনা মমাদা হায়রম্মী - 'ইমা নশু অনি উরগা ইমাগী অনাবা ফগনি হায়বদায়। খুৎ নোয়বিরিবসিনা নশু অহন্নি, অদুগা থোঙ নোয়বিরিবসিনা নশু অতোম্বনে'। অহল অদুনা মখোয় অনিগী মখুৎ চিংশিল্লগা মখজায়দা নালহল্লম্মী। অদুম ওইনমক মহাক তাইবংপান থাদোকখ্রে।

মমা লৈতবগী নুংঙায়তবনা অনাবা লালোদদি অমুক্কা হেন্না অৱাবা অনাবা ওইরম্মী। মপাগী মতৌ অদুদা মচাশিংনা মহাকপু খুঙ্কোজ কাগুনা

লৈহক্রম্মী। লৈকাইগী মীশিংনা চিক্ল-চায়না ওমনবমখে অনিমা হংবা লাক্লিঙে চৈরক্তা অরাপ-অয়াম্বা লজ্ঞী মীশিংসু পাউ তাক্কগী হংবা লাক্লরম্মী।

অমুক্তা মমা লৈতবগী অয়াম্বা কোঙদোকপা য়ামো য়াউরমদে। নুমিৎ অদুদা মীগী শোয়াংকী পুং মৈবা ভেগ কংপদা য়ামো য়াউবা মীশিংনা উনরম্মী। মীশিংনা মমাগী অয়াবা কোংদোক্লবদা মানা শোয়াং চত্তুনা লৈথোকই হায়নরম্মী। মচিনখিবা অমা-অনিনা হায়বদি 'মুম মাংলিঙে মনুংদা কর্ম্মগা মরি লৈনবা থবক অমত্তা তৌবা য়াদে। কনাগুম্বনা হায়খিবদা মানা অসুম্মা খুমখিবা লৈখি। করিগুম্বদসু মী অমা-অনিদা মানা চাউথোক্লা হায়খিবা য়াওখি - 'হয়েং শিনি, ঙসি শিনি খংদবা মীওইপোক্লি। মসিদা অমাং-অশেং লৈতে। শিনি খংদবদগী বার্ত্তন লৌশিল্লুবনি।

নুমিৎ অসিগী নুংথিল্দা, শোয়াত্তগী হেক হল্লকপগা য়ামোনা মনাউ লালোগী মনাক্তা চংশিল্লগা 'নপা খর নুংঙাইয়রক্রা' হংলম্মী। লালোনা খর ফরে হায়না খুল্লগা ময়াম্বা য়ামোদা 'য়াম্লুং ইমাদো চহি অমা অনিদংগা হিংলগা মগুগী মতৌ য়েংজনিংখিবনি। অদুবু চংশ্রে। ইচাশিং অসিনা শোয়াংকী করিমতা থৌরাং তৌবা হৈক্রোয়দৌরে। য়াম্লুংনা ইচাশিং অসিদা থৌদাবিদুনা অরাংফম ফম্লবা মী, পুং মৈবা, ইশৈ শকপা মীশিং কৌহনবিদুনা অশিন অরাং তৌহনবিয়ু।

য়া অদু তাবদা রামো হরাউরম্মী। মানা হায়রম্মী - 'হোয় ইমাগী শোয়াং অদু ঐনা শেল লোয়না পুথোক্কুন শোল্লগে। ইমাগী লৌফম অদু নং ঐঙোল্দা পিদবা য়ারোই। ঐনা হায়রিবা য়া অসি নং লৈরিঙেদা অয়াবা পিরমগদবনি। নংসু কৈদৌঙে শিগদগে খংদে। নংনা কোক হেক শিদোকখিবদা নচাশিংনা অয়েংপা পিরক্কনি।

য়া অদু তাবদা অশোনবা ফম্নুংদা লোংনা হিপ্তুনা লৈবা লালোনা অশাওবদগী মশা থক থক নিক্রম্মী অদুগা হায়রম্মী - 'য়াম্লুং লৌ অসিদি ঐনা ইমা ইপা কোনবগী ফংজবা লৌফম্নি। য়াম্লুংদা ঐ শেল পুথোকপিয়ু হায়জদে। চুম্লা অঙাংশিং পাউখোন শিবগী অরাংফম ওইহবিয়ু হায়জবনি'।

,রামোনা লালোগী বা তাবদা মনাক্তোন চনুমুক লাউরকলা মক্তিং মময় তংশং তাংজদনা - 'নোংমতা নাম শোন্দবা নংবু করম্না হিংগদগে? মীশিংনো নোংমতা কাংদনা লাই নিংঙ্ডি, লাই সেবা ত্তৈই, নংনা নোংমতা থবক শঙ্গদে হায়দুনা লাই নিংদে। নংসু হায়বিগে হন্দক শোয়দনা চংগ্রগদবনি। নংগী কর্ম্মসু ঐনা শোয়দনা শোনবা তাবনিনে। নশা অদু শরুগী শরু ঙাক্তা ঙাম্নয়ে। কম্নাম কুইনা লৈথিগনি' হায়রম্মী।

" লাইগী বায়েলগী মতুংইন্নদি য়াম্নুংনা হান্না পোকপনিনা য়াম্নুংনা হান্না শিকম থোকই "। লালোনা হায়রম্মী।

লালোগী বা মথা তারক্লিঙৈঙ্গা রামোনা 'করি হায়বা ঐনা হান্না শিকম থোকই হায়বা' অসি হায়রগা রামোনা পুংদি য়াওদনা পুং চোলোম পুংথায়মুক তৌরম্মী। ঐনা করম্না নঙোন্দগী হান্না শিদৌরিবা, ঐদি নুমিৎ খুদিং, ইমুং কয়াদা নাম হেক হেক শোল্লি। নংনা খংইদুনি। নোংমতা ঈশ্বরনা ঐবু কোক ফাওবা চিকহন্দবনি। ইশা অসি পাখংগুম কল্লি।

লালো - য়াম্নুং তোকপিরো, ইচাশিং অসিনা ঙম্বা মওংদা শোরাং শোলহল্লরগে।

'মীয়াম অসিনা ঐখোয়বু নোক্লগদবগী ঙায়দুনা লৈনরি। নংগী থবকসে ভাবক য়ামদৌরি'। "নংগী কৈদা অসিনা মীবু করম্না পেলহনগনি, হায়বিগে তাজৌ ঐদি শোরাং য়াওরোই"। অসি হায়রল্লগা রামো চংল্লে।

লালোনা মচাশিং কৌশিল্লগা হায়রম্মী - 'শোরাং শোনবা তারবদি নখোয় অনি থবক নোঙ্গদা থাবায় অমা অহিং তুল্লরোই, নমাম্নবশিংগা থবক তৌমিন্নগদবসু মাগী মাগী মমা মপা, মপু মবেন লোয়না শিল্লে। মখোয়না লৈথিদবা মতমদুদা নখোয়দি মহে তমদুনা মীরমদা লৈ। মখোয় মখোয়গী কর্ম্ম য়াউখিবা নত্তে। অদুনা মরুপ মপাংশিং কৌদুনা থবক তৌমিন্নগনু। শোরাং (শ্রাদ্ধ) হায়বসিদি ভেগ কংপা অদুদা লোয়রবনি। পুং য়েবা, ঈশে

শকপা তৌবদুনা সঙ্কির্ত্তন তৌবনি। অমরোমনা মসু কুম্মেনি। পুম্নমক তোক্নগা ভেগ-তমক কংলগা লোয়শিন্নবা শিন্নু। অচৌ অশাংশিং শিবদা, চহি খুদিংগী হিংলিবা অচৌ অশাংশিংনা, লৈখিন্নবশিংগী মফমদা লৈ-সু কংলি। নখোয়সু অখোক, ইপু, ইপা ইমাম্নু চহি খুদিং মখোয়গী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কংপা ওন্না ওইজৌ'।

'কবোক অদু বোড়া অনি লৈমু, মী য়াম্না লাকপিগনি। চানবা য়াংপদি শাউনবনি। ময়মদি চাবনা থবায়নি, পাঙ্গলনি। ঈশৈদি তাদ্রবসু য়াবনি। শোরাং শোনবদা ঈশৈ তাবা মী মশিং য়ামদে। করিগীনো - ঈশৈদুগী অর্থ খংদবা। অদুগুম্বা খংদবা পোং অমত্তা ঐখোয় শুমাংদা তৌগুমসি'।

রামোনা মনাউনুপা লালোগা নিংওায় শংদানবগী মথংগী নুমিংকী অয়ুক্তা মহাক হৌগংলকখিদ্রে। তুম্বদগী হৌগংলক্রবা অদুদা লৈকাইগী মী পুম্নমক অওকপা ওইনরম্মী। শোরাং য়েথোকদ্রা, শোরাং পুল্লপ শোনগদ্রা হায়বগী মতাংদা অহল-লমনশিং কুপ্না নৈনরবা মতুংদা শোরাং অদুম কায়দনা শোনবা য়াই লেপ্লখি। ওজা পুংয়েবা রামোনা হান্না শিবা নত্তে। মমা ইবেম্মা বৈষ্ণবীনা হান্না শিবনি।

রামো তুমখিবদগী হৌগংলকত্রে তাবদা লৈশাবী-পাখওশিংনা য়াউনাও য়ৌরকপদা হৱাউবগুম হৱাউনখি। মঙোন্দগী শেল লৌবগী শাক্তি প্ৰমদে। পোং-চৈ, মাল-চাং থম্বসু তৌনদে। হনুবী ২-৩ গা হনুবা ২-৩গা মাগী শেল শিংবা লাক্নম্মী। অদুসু শেলশিং অদু মচা মচানি। অচৌবশিংদি অমত্তা শিংলদ্রে। হোওবা, চাউবা, তুপ্না, কন্যানা শেল লৌখি হায়বা চে অমত্তা থেংনরমদ্রে। লৈশাবী-পাখওশিংনা শেল পুখিবা শিংলরোই খন্না হৱাওজরম্মী

মাগী মচানুপা অনিদা টেলিগ্রাম তৌদুনা খংহনগ্রে। মখোয়সু হৌজিক ফাউবা লাক্ত্রে।

ডাক্তর মচিন-মনাও অনিমক পাবুংহল লৈতবা নুমিত্তগী য়াম্না য়াজরক্লবনি। মখায়গীদমক্তদি কা, হে খরা শীংগ্রে। কবোক বোড়া অনিসু শীংগ্রে। লৈকাইগী লৈশাবী মচা অনি অহয়া চা লোনবা অদুনা লোয়রে

হায়বা য়েরবনি। পুন্নুংহনলগী য়াৎনুপা অনি মখোয়না অঙাং ওইরিবিহেনগী চৈনা মীরেবাজন লাইরিক তমহনখিবনি। চহি ৭-৮ অসি মখোয় মশক উনখ্রি। মপা লৈতবগী পাউ মখোয়না টেলিগ্রাম তৌদুনা খংহনখ্রবনি। অদুবু মখোয় মশক উখ্রি। মপামবী হেক ময়াম্ব মখোয়গীনা পাবুংহনগী শোয়াংবনি। মখোয়না থবক নোম্বিদনা কনানা নোম্বিশনি। পুং রৈবা, ঈশৈ শকপা, মখোয়না নত্তুনা কনানা হায়বিরুগনি। বার্ত্তনদা মী মমিং ইশিনবা, বার্ত্তন তৌবা চংপা, নুংখিল খুদিং দবা তাবগী লাইহিরক তৌবা, মান্দব খনবা পুন্নমক মখোয় অনিগী মথক্তা তারম্মী।

ডাক্তর অনিসিবু পোকপা মপানা মচা অনিবু বাহন্নিংদদনা মমা লৈতবগী দবাগী লাইহিরক তৌহন্দে। ঈশৈ য়াওনা শোয়াং শোনখিদে।

মবোক লৈতবগী শোয়াং শোনবা মতুং নোংমা কাল্লগা পাবুংহনগী শোয়াং হয়েংবনি। থবক খরা কোয়গদবোহি নিংলম্মী। অদুবু অরাংফম ফম্বা মখোয় মঙা অসিনা শুরু শুরু নৈবদা চাক চাবা শংলমদে। শোয়াং লোয়খ্রে। অরাংফম ফম্বা অমনা অঙাং ডাক্তর-অনিদা হয়েং উসব য়াওবিয়ু হায়না অহল চনিরোমদা খুরুমহল্লম্মী। মপোকঙেদগী খুরুম-খানম্বা তৌরক্লিবা অঙাং অনি শয়েং পাম্বোম নারম্মী। মফেগন মথিবোং থোক্লা নারম্মী। খম থেংনা বাবগী শ্বর হোল্লম্মী। উসব নুমিত্তদি মখোয় মশা পুম্বা থিন্দোক্লুনা অকনবা লাইহৌ তৌরম্মী।

রামোগী নুপী সহধর্ম্মিনিনি। মহাক্তি পেম্হোকপা ওম্বীনি। মপুরোইবনা বা কমজাউ হয়া ওাংবদা শাউরবা মী কয়া মাগী নুংশিবা বাহে অমা অনিনা হেক হেক থেমজিল্লম্মী। মবুক ফবা, ইং তম্লা, শাউগনদবা ওইবদগী রামোগী নুপী ওইবা ওম্বনি। মপুরোইবা লৈতবগী নুংঙায়তবা মরক্তা মচা অনিনা মপাগা উনদবা অদুগা শ্রাদ্ধ লোয়রবা ফাউবা মশক উবা ফংলবসি করিগীনো? মখোয়দা টেলিগ্রাম তৌনি চংখিবা অদু কনানো? টেলিগ্রাম অদু ইঙ্গ অনিদুনা লৌহৎখ্রা? মখোয়দা মপা শিরে খংহনখ্রবা, চুম্বা মপা

নারে হায়রখিবদগী থওইদদুনা লৈথোকপ্রা? মথোয় অতোপ্পা লম অমদা চৎখ্রব্রা? টেলিগ্রাম তৌরকই খংখ্রিবরা?

লৈকাইগী মীশিংনা হায়নরম্মী - অাইরীক হৈতেবা পংডিকো। বামোগী শেল মী লিশিং কয়াদা পুথোকখি। শেনয়াম অদুগী শেন্দোয় থাদা লিশিং লিশিং লাকই। মদুগী শেল অদু মানা মী খরদা পিখি। শেল শান্নবা মীনিলা শেল লাকই, শেল চৎখি। লাইরিক লাইসু হৈহৌদবনিনা খতা (বোয়) থমদুনা কনা কনাদা লুপা কয়া কয়া থমখিবা, কনা কনানা শেন্দোয় কয়া কাবা, অমত্তা ইপ্শিনবা লৈতবনিনা মা শিবদা মাগী শেলসু লোয়না শিখ্রে। লৌ য়োল্লগা শোরাং শোল্লিনে। অঙকপা নংত্রসে।

মীশিংনা অসিমসু হায়নরম্মী- য়ামোগী নুপী সখিদি কিরোই লোইরগা মৌপ্পাশিংগী মনাক্তা লৈখ্রনি’।

য়াকন অসি মীনা শুম ঙাংনরকপদগী লালোগী মনাকোংদা চংলম্মী। লালোনা নাবা পুংকা ফরগা নোংমা নুমিৎ অমা মতৈমনা ইসুক শুকথনা লৈবা উবদা মতৈমদা খুরুম্লগা হায়রম্মী - ‘ইতৈমা, করিগী নপামদা চৎকদগে? মীনা কৎতনা ঙাংননি। ঐগী ইচা অনিসিদগী অমা ইতৈমনা কোনবিয়ু। নৌপ্পাশিংগী নুপীনা ইতৈমবু নুংশিনা য়েংবিরোই। নুপীনা মপামদা শিহৈদে’। লালোগী অশেংবা য়াফম অদু হায়জবদা সখিনা য়াবিরম্মী।

অনুম্মা ইমুং অনিনা অমত্তা ওইনা নুংঙায়না পানখি।

-:(০):-

# অফবদি মাংদে

বুদ্ধি কৌবা অহল অমা লৈরম্মী। মাগী মচানিশা নরেন্দ্র কৌবা অমা লৈরম্মী। মমা লৈখিদ্রবা তুংদা নরেন্দ্রনা ইমুংগী চাক ইশিং খোংবা- থাকপা অয়ুক লোয়শিল্লগা চেক্কী য়ুম শাবগী য়ুগালি ওইবা হেক হেক চংলম্মী। নুমিদাংদা চাক চারগা পুং ১০ ফাওবা লাইব্রেরিক হেক হেক পারম্মী। মহাক স্কুলদি কাবা মতম লৈতদুনা কারমদে। অদুবু পরিক্ষাদদি চহি খুদিংগী য়াওহল্লম্মী। মহাক খাম্নগা মান্নবা স্কুল কাদ্রবসু মখুৎ ফজনা ব্রাহংগী পাউখুম চহি খুদিংগী অমত্তা চিথদনা পিবা ওল্লম্মী। নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা থবক শুদুনতা লৈবা লাইব্রেরিক পানবগী মতম লৈজদবা মানা করম্না ব্রাহংশিং অদুগী পাউখুম পিরিবনো?

চেক শুবা, উ শাবা, অমা অম্নগী য়ুগালি ওইরবসু মহাক মতম লৈবা খিবিত্তা থবক লৈবা ওইরমদে। মরম অদুনা মহাক্তা থবক মচা অমা তৌশিনগে খন্দুনা মেট্রিক পাস তৌবদগী এক্সচেঞ্জ অফিসতা মিং চল্লম্মী। চহি অমদা ইন্টরভিয়ু ৩-৪ রক য়াওখি। থবক্তি খল্লকখিদে। মতমনা লেপ্পা লৈতনা চংলকপনা মহাক বিঃএঃ লোয়রম্মী। মাগী মার্ক উবদা ওজাশিং তুমিন তুমিন লৈনরম্মী। মাগী মবুদ্ধি মতা অমনি হায়নরম্মী।

অমুকসু ইন্টরভিয়ু অমদা মহাক য়াওরম্মী। থবক অদুগী মী অমা লৌগদবদা কন্দিদেট ২০০ ওইরম্মী। মহাক্কী মতাং খোঙনা মঙোন্দা অরু-অরুবা ব্রাহং কয়া হংলম্মী। অদুবু মানা লোয়না খুল্লম্মী। মহাক অফিসতগী খোরক্লগা খোঙাল্লোমদা চংপা হৌরম্মী। মতম অদুদা অফিসকী পিয়োন্না মঙোন্দা তান্নরক্লগা হায়রম্মী- ইবুংঙো নহাক থবক অসিদা খলহল্লগে। অদুবু নং ঐঙোন্দা লুপা লিশিং ১০দংদি পিয়ু।

নরেন্দ্রনা য়াম্না নোঙ্ক্রম শিয়োন অকুন হায়রম্মী- তাইব্রুংগী ঐগী শেল লৈজদে। ঐ নুপা মিশিং অমগী মপুসু ওইদে।

নরেন্দ্রনা মখুমদা হায়রম্মী। অদুগা অহল ওইরবা মশামা মকম অদু তল্লম্মী।

ইবুংঙো তোক-ও, সরকারগী থবক্তী আশা থাদোকউ। লৈবাক কম্নাইবদি মহে- মশিং হৈবা মীবু ওইহনগদবনি। অমবা হায়বসি মাংহল্লোয়নবনি। মঙোন্দা গ্যান পুম্নমক লৈরিবনি। পুম্নমক্কী মা তাম্নকসু ওইগদবনি। ইপা মারি অমা লিগে- রোমগী নিংথৌনা গ্রীস জয় তৌবদা য়াম্না হরাউরম্মী। মহাক্না মকম অদু হেক য়ৌবগা হায়রম্মী- 'লাম্নীশা মখোয় কনা কনা আর্কমিদিসপু থংবগে, থংলবদি মাবু মাদুনা মকম অসিদা পুরকউ'। লাম্নী কয়ামরম্না নিংথৌগী মনা মথুম পাম্বদগী আর্কমিদিসপু কোয়থি থিরম্মী। লাম্নী অমনা সমুদ্র মপান্দা ঈশিং কংথিবগী লৈতেম মান্নবা লৈঙোয়থক্তা অক্ক তৌদুনা লৈবা নুপা অমা উরম্মী। লাম্নী অদুনা নুপা অদুদা হংলম্মী- নং কনানো? অক্ক তৌবা নুপা অদুনা খুল্লম্মী- 'ঐ আর্কমিদিসনি', লাম্নী অদুনা য়াম্না হরাওনা আর্কমিদিসতা নিংথৌ য়াথংনি চৎসি হায়রম্মী। মতমদুদা মানা লৈঙোয় মথক্তা অক্ক তৌরিবসি লোয়রগা চৎসি হায়রম্মী। 'নংগী অক্ক লোয়বা ঙায়বা ঙম্নরোই' হায়রগা লাম্নীদুনা মাবু চৈনা থোমদুনা হাঙোক্লে অদুগা মরেংবান্দা থোংগত্তুনা পুরগা নিংথৌগী মনাক্তা থাদরম্মী। নিংথৌনা মঙোন্দা হায়রম্মী- 'অসুক তৌঙম্বা, গ্যান লৈবা নুপা অসি নংনা করিগী হাংলি? মাগী হৈ-শিংবনা মরম ওইদুনা পৃথীবিগী লৈবাক কয়ানা গ্রীস মাইথিবা পিবা ঙমদ্রিবনি।

আর্কমিদিসকী থবায় য়াওদ্রবা হকচাংদি ইম্পেবরদা করি কান্নরি? মহাক্না আর্কিমিদিস হাংপা লাম্নী অদু পাং তিংদুনা হাংলম্মী।

লৈমাক অমগী মীহুৎপু শেল য়াম্না পিবা ঙম্বদা ওইহল্লবদগী লৈবাক মাংলি। ফত্তবা উনা মখোঙ ওইবদগী য়ুম্না তেকপঙ্গম্বলি। পৃথীবিদা শেঙ্গা-থুমজানা হাকমন্দুনা লৈবাক কয়া মাংগ্রে। লৈবাক অমা শেঙ্গা থুমজা কল্লবদি

খুদা, নিশাদা জুল্লনি, অফ কন্ত মযম্ম থংলরোই। লৈবাক অদু ওতত্বী কয়াগী মকোন ওইরক্কনি। অঙাং পুম্নমক লমজা শান্ন ওইরনি। মসি লৈবাক অমা মাংলফনাইগী খুদম্নি।

বিষুবু কাদুনা জেলদা থমজিল্লগা মাগী মহুত্তা অবাসপু জেলদগী থাদোকপগুম্বনি। বিষুদি মরাল লৈতে, নিংথৌ শান্ন হায়রবতনি। অদুগা অবাসতি মীহাৎপা, তৌওম্বা মীনি। অচুম্বা তৌজবা বিষুবু কাদুনা লাক্ক বিরগা কত্তবা অবাসপু থাদোকপা হায়রবসি লৈবাক অসিগী ওমঙ্গলগী খুদম্নি । অফকবু মাংলবা তৌবা অদুগা কত্তববু য়োকখৎলবদি লৈবাক মাংবা তাবনি। অফবা নুপী লৌদনুনা কত্তবা নুপী লৌদুনা লায়না চৎলকপা শান্নরে।

হৌজিক অফিস পুম্নমক লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈতবা ঙাক্তা ঙায়দনা অফিস কাবা কিনরে হায়রি। লাইরিক লাইশু হৈতবা নিংথৌনা লৈবাক ঙাকপা মতমদা মীগী ধর্ম্ম লৌশিল্লদুনা অবাবা ওইলরি। লাইশু হৈতবা ময়াম অসিনা খুৎলিংদুনা পানবদগী (কালিশা) বিষ্ণুপ্রিয়ানা ঐখোয়গী লম্বু মখোয়গী লম্নি হায়রক্লে। মসি পুম্নমক ঐখোয়গী অশোনবা উবদগীনি।

নুমিৎ কয়ানি মতুংদা নোংমা মপানা নরেন্দ্রদা হায়রম্মী - ইবুংঙো ইপা য়া হায়গে। হায়নিংবদি কুইয়রবনি অফবা ওইগদ্রা ওইরোইদ্রা খন্দুনা লৈক্করে। অদুবু ইপানা নবুদ্ধি খংলে। নংনা তৌবা থবক শোয়দনা মাই পাক্কনি। নহাক অয়ুক নুংথিলদা হজিরা চৎলুরগা নুমিদাংদা অঙাং ৩-৪ লাইরিক তম্বীয়ু। ঐ অঙাং থিরুগে। অঙাং ৩-৪ অদু নংনা হৈনবা তাকপিয়ু। মখোয়না হৈবা উবদা অঙাং য়ামখৎলক্কনি। অঙাং অদুনা লাইরিক তম্বগী নুংঙাইবা, পড়া ফাবগী নুংঙাইবা খংলগা লাইরিক হৈগদবনি। লাইরিক হৈরগা শংসার মশক খংগদবনি।

ইবুংঙো ইপানা নংগী মরমদা অক্ক হোৎলে। ঐখোয়গী লায়রবগী নতন অদু লোয়রক্লে। নুংঙায়বগী মতম অদু লাক্লে। অঙাং লাইরিক তাকপিবদা নহাক্কী কোক শিজিন্নৌ। অচৌ অশাংলা মশক খংগনি। নংগী নচা নসু মীনা লুনা তৌবিরনি। অয়ুক নুংথিল, নুমিদাং নঙোন্দা অশঙবা লৈররোয়।

নরেন্দ্রগী মপানা অঙাং নুমিদাংদা লাইরিক তম্বীনবা মমা মপা খরদা হায়বা চৎলম্মী। মখোয়শিংনা হরাউ হরাউ য়াহৌই। মখোয়না হায়হৌরি - নরেন্দ্রনা অঙাং লাইরিক তাকপিবা শোয়দনা অফবা ওইগনি। লাক্লিবা তাং ১দগী অঙাং থারক্কে হায়হৌরি।

নরেন্দ্রনা তম্বীবা অঙাংশিং মিত্রংগী মতৌগুম য়াম্না থুনা লাইরিক হৈরম্মী। অহানবা চহিদা ক্লাস টেন মরিখক তম্বীখি। মখোয় হায় স্কুল লিভিং একজামদা ফাষ্ট ডিভিজন্দা লোয়নমক য়াউরকখি। পাউ অদু ক্লাস টেন তম্বা ছাত্রশিং লাম্নেনা য়াম্না থুনা শন্দোকলম্মী। ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী অঙাং ৩০ রোম্না নরেন্দ্রগী য়ুমদা মমা মপানা পুরক্নুনা মিং চন্নম্মী।

ওসিদি নরেন্দ্র মপা মচা নুংঙায়রে। হৰিরা চৎপদা শেল নিংথি নুংঙায়না পিরক্তবা, চাবা মপুক থনখিদবা পুম্নমক কাউস্রে।

চহি অনিরোম লৈরগা কা অহুমগী শঙ অমা শাদুনা নুংঙায়না অঙাং লাইরিক তম্বীরম্মী। শেল থোকত্রবদি নুপী থিরোয় হায়রম্বা নরেন্দ্রসু গোর্ভনমেন্ট স্কুলদা ওজা ওইবী লাংলেনগা লুহোঙলম্মী।

মতমগী মতুং ইন্না নরেন্দ্রগী মপা বুদ্ধি অহনগী মতম ওইশিল্লক্নুন মমঙ মখুৎনা লাম্বা ফংলম্নে। নোংমদি মানা মচানুপা নরেন্দ্রদা হায়রম্মী। 'নংনা ওসি মীশিংদা চৎলিবা লমচৎ ব্যাবহার অসি থাদোকনু। নুপীশিংবু নমামক্লি খন্না লোয়নৌ। নংগী ছাত্রশিং অদুগা নংগী নচাশিংসু মরুপনি খন্না লোয়নরিমখে নহাক নুংঙায়গনি অমসুং মী পুম্নমক্লা নহাকপু ব্যাবহার তৌগনি'।

নরেন্দ্রনা মতম অদুদা মপাবু য়াম্না শোন্না উরম্মী। মহাক্লা মপাদা নারব্রা, হকচাং ঙমদব্রা হংলম্মী। নরেন্দ্রনা মপাবু মহৌশাগা ইমান মান্নদবা ওইনা উরম্মী। মরম অদুনা মানা থুনমক ফি শেৎচিল্লগা মপাবু পল্লগা গাড়িদা হাপকৎতুনা হোসপিটালদা পুগে তৌরম্মী। মতম অদুদা অহল ওইরবা মপা অনাবা অদুনা ঐ লায়েংগনু ইবুংঙো, ঐ শিবা মতম ওইরে। লায়েংদুনা ঐবু অরাবা পিরনু। ঐবু নখোয়না হিদাক তৌদুনা থল্লগা ঐসু রারনি নখোয়সু রারনি। ইপাগী নরেন, ঐগী থরায়না মপান থোকত্রিঙৈদা নখোয় মী অমা অনিদি শিল্লোন শিঙিন তৌদুনা লৈনৌ। ঐনা ঈঙ্গিৎ তৌরকপা য়েংউ। ইপা রারে, ইপা চৎলগে। নখোয় নুংঙায়না পাম্লু' হায়রম্লগা তাইবংপান থাদোকখি।

-:(০):-

# ফত্তবনা ফত্তবা ফংবা

রাখাপুর খুঙ্গংদা রজনী কৌবী থবক শুনিঙদবী লৈশাবী অমা লৈরম্মী। মহাক ভুবনেশ্বর মহাদেববুদি মপুক্লিং চঙনা নিংজরম্মী। নোংমা রজনীনা মখুৎ লোন্নরদুনা মমিৎ উইশিল্লগা মহাদেববু হন্ন হন্ন শোল্লিঙেদা ভুবনেশ্বর মহাদেবনা 'করি পাম্বগে' হংলম্মী।

রজনীনা মহাদেবগী মশক অদু উবদা ইথক থক্কৎলম্মী। মহাক্না মহাদেবদগী নিজগদবা পুম্বসু পুমকাও কাউথোকপ্রে। রজনীনা অসুম্না তিংঙক মাইঙক্লদুনা লৈরিঙেদা- 'হায় অপঙবী নংনা হায়নিঙবা লোয়না হায়জহৌরো, নিজহৌরো ঐ থেংপ্লেনে' হায়রকখি।

রজনীনা খোঞ্জেল তনিক তনিক্না 'প্রভু ননায় ঐ ইপুরোইবগী মপান চাজগে' হায়জরম্মী।

ভুবনেশ্বর মহাদেবনা ব্বাখল ইতৌ তৌদনা 'নংনা নিংবা থুংজরো' তাকপিখি। রজনীনা হায়নিংঙম্বদি 'প্রভু ননায় ঐ লৈশাবীনি', শেল থোকপা অফবা পাখং অমত্তা পিবিয়ু অসিনি। মহাক্না নিজখিবা বড় অদু মহাদেবনা খঙবিরমগদ্রা ভাব তারম্লোয়দ্রা খনবদা য়াম্না ব্বাজরম্মী।

মানা অমুকসু খম্বরকখি- 'লাইনবু করিগী খংদদগে। লাইদি পুম্নমক খংবনি। হৌজিক ঐনা ইপুরোইবগী মপান চারগদবনিনা ঐবু শেল পায়বা নিপা অমনা শোয়দনা লৌবা লাক্লনি'।

রজনীদি ভুবনেশ্বর মহাদেবগী লাইশঙদা নুংতিগী লাই খুরুম্বা চৎচৈ। অদুবু ভুবনেশ্বর মহাদেব উনরবা মতুং চহি অহুম শুরবসু শেল পায়বা পাখং অমত্তনা মাবু পাম্না য়েংবিরমদে।

রজনীনা ভুবনেশ্বর মহাদেবগী মমাংদা মপি চদুম চদুম শিম্বরদুনা মখুৎ অনি লোম্নরগা হায়জরম্মী - প্রভু ননায় ঐঙোন্দা 'নপুরোইবগী মপান চাউ' হায়বিপ্রে। ননায় লৈশাবী ঐনা ইকায় ইকি থাদোক্নুনা শুরগা চাজরি।

লাম্নরবা পাখং কয়ানা ঐগীদমক লেপ্লিরি। ননায় ঐনা লায়রবা অন্নাবা অসি পামজন্দুনা প্রভুগী মতেং নিজবনি। পিনবিয়ু হে প্রভু! প্রভু ইপুরোইবা য়াউদনা ঐ করম্না ইপুরোইবগী মপান চাজ্জগদগে?

প্রভু মহাদেবনা শয়ঙ ওইনা চোংথোরক্লে অদুগা হায়রকখি-

"নখোয় তাইবং মীসে নবুক য়াম্না ফত্তে। ব্রা ঙাংবদা মকোক লোৎশিল্লগা ঙাংঙি" প্রভুনা নোক্লগা হায়রম্মী "কনা অমনা 'ইচা পিয়ু' হায়না বড় নি। মানা পাম্বা বড় অদু পিরে। অদুগদি মপুরোইবা লৈতবী নুপী ওইরমদুনা ঐ কয়া ব্রাখি। মাগী নিপা অমা থিখিদনা।

প্রভুনা মখা তারম্মী 'মমিৎ তাংলবা নিপা অমসু বড় নিবনেনা চুম্না নিদবা 'ঐগী ইমিত্তা ঐগী ইচনা সনা, লুপা, মণি- মুক্তা ময়াম পায়দুনা শাম্নবা অদু ঐ উবা ফংজগে' হায়রে। ঐসু 'নংনা নিংবা থুংজরো' হায়দোকপ্রে। অদুদগী কোম্না অমুক কয়া ব্রানরে। মমিৎ তাংবা ফহল্লগা নুপী খোঙশেকপী অমা লৌহল্লে। খোঙশেকপিদুসু লৈশারিঙে ঐবু য়ুম পালহল্লু, ঐবু লুহোঙনবা শিনবিয়ু' হায়না বড় নিবসিনা, মদু তাম্দুম ফনা চানরে খন্দুনা মখোয় লৌন- লৈনহল্লগা লোটরি অমা ফাউহন্দনা অদুগা ইরোইননা মচা অমা পোক্তনা ঐ ব্রা থোকহৌদেদনা।

প্রভুনা মখা শমথরম্মী 'মানা ঐ মিৎ তাংবদগী নুপী থিবা ফংজদে। ইচা ইসু পোকহনবিদুনা নুংঙায় য়াইফনা পালহনবিয়ু হায়রবদি থবক্তো ইকোম কোম্মেদনা। অদু নত্তবা'।

প্রভুনা মখা লিথরম্মী - ' মনেমবোক্লা মগু অমত্তা পিবিয়ু হায়না ঐঙোন্দা বড় কন্না নিরম্মী। করিনোনে মচাগা মমৌগনা নিগদবা বড়বু মমা মনেম্বোক্লা নিরিসিবো? খল্লুবদা ঐসু নুংঙায়রক্লে । ইনায়শিংনা ঐবু ব্রারৌখি তারে খনবদগী ঐনা মৌ অদুগী মমংদা চৎলগা হংলম্মী' - 'ইবেম্মা ননেম্বোক্লা ইসু অমত্তা পিবিয়ু হায়না ঐঙোন্দগী বড় নিরিবা করিগীনো? থম্বাল লৈনাদগী হেন্না থোংলবা মচিনবান অদুনা খুল্লকখি- প্রভু ননায় ঐগী নুপাগা ঐগা ফমুং পুন্দে, তুমিন্নদে। প্রভুনা চানবীদুনা মমাগী মনিং থুংনবা ঐগী নুপাদা মমঙদা অমুক্তা হায়বীয়ু'।

"ইহে! অদুরা চুম্মীনে, মানা হায়রিসে! মনেম্বোক্তি মসি খঙদবনিদা। অসি খন্দুনা ঐনা নুপা অদুগী মমঙদা হায়বদগী মচা নুপা অমা ফংজপ্রে। অদুম তৌদুনা ঐ চোপখিদেদনা।

মহাদেবনা য়ারি অময়ুক চথরম্মী- 'অমুকখক মহারাণী কুন্তিগা গন্ধারীগা মখোয় অনি ঐগী মাঙদা ঐনা লাংপা মহাদেব নংনা লাংপা য়ারোই' হায়নদুনা মশম ফোইনরম্মী। ঐনা 'নবানিমক অদুম নিঙমিয়ৌ' হায়বসু য়াদে। লাই ঐবু মখোয় অনিনা নিঙবা, লিশিংনা নিঙবা করিসু অকায়বা লৈতে। ঐবু মীশিংনা কিবদগী, মী খংনহনবা মহাদেবনি হায়খিনি খনবদগী, লৈহাও শাত্তবা য়াকচিং থাদা লৈহাও লিশিং অমা কংপা ওস্না নুপীদুনা ঐবু লাংচবা ওইরো হায়রে। মচা মঙা পোকপী সঙ্গ লৈবী কুন্তী মচা আর্জ্জুন্না স্বর্গদগী য়াগী তেন্না লৌহল্লুবা সনাগী লৈহাও লিশিং অমা কংলবদগী হৌজিক কুন্তীনা ঐবু নিংদুনা লৈরে। গন্ধারী হায়বী কান্নদবা মচা ১০০ পোকপী, মমিং তাঙদনা তাংবা শাবী অদুনা য়াহৌ থেঙনা হৌরগা থাতু সনামক্লা লৈহাও লিশিং অমা শারগা ঐঙোন্দা কংপা লাকখি। মতমদুদা অশেংবা লৈহাওনা মহাদেব ঐগী ইরেপ থুম্না লৈরম্বদু উবদা গন্ধারীনা মচা ১০০ শাপ তৌদুনা কপ্ল-কপ্না চেনখি। অমুক হল্লকখিদ্রে।

হান্নদি মহাদেব উবদা রজনী পাখংলম্বনি। হৌজিক্তি মহাক প্রভুগী মমাংদা য়া তপ্না ইংনা হায়বা ওন্লে। "প্রভু শেল থোক্লবদি হিংবা ওমদে। প্রভুনা ঐঙোন্দা বড়দি পিবিগ্নে। 'নিপা মপান চাজরো' হায়না। ঐদি নহানমখৈ অফবা নুপা অমা ফংলনি। 'য়াগী মপান্না ঐ হিংলনি' খন্দুনা নুংঙায়জরি। 'ননায় তোল্লবীগী নিজবা অসিদং পিনবিয়ু'। ভুবনেশ্বর মহাদেব অদু রজনীগী য়া তাবদা খজিক্তং য়ারৌরগা হায়রকখি- বড় পিগ্রবনিনা হন্দোকপদি তৌনদে। ঐ শোয়দনা পিগনি। অদুবু নং নশাদু পাখংনা পান্নবা, কল্লক্লবা থবক নংনা তৌজগদবনি। নং নংনা তৌবনা নং নংনা ফংজবনি। লৈনম চেনবা নামিবা নুংশিংনা থেংবদা ঙাউদবা খোইবু পাখং লৈব্রা, লাই হরাওবদা হেক হেক শকই 'ময়ায় লৈকাই থম্বাল শাংলে, খোইমুনা ইন্লে খোইরাবা' হায়না।

ঋায়রমবন্দ বজারদা লৈশাবী-পাখং কুক কুক ইন্নরিবসি লৈশাবীশিং অসিগী খোইমু পাখং থিবনি। অমরোমদা মাগা চনবা খোইমুনা লৈশাবী

খিনবনা অয়ান্নবনি। থাবল চোংবদা লৈশাবীশিংনা শেল পামুম্ত্রিবা অসি পামজবা নিপা খন্নবনি। বারুনী মহাদেব খুরুম্বা, ইঙৌয়োক মহাদেব, কোংমরু মহাদেব খুরুম্বা চৎনরিবা পুম্নমক নুপা নহানা উননবনি। নংদি ইচৎ চখোক্তে হায়রি। নারক্তা শাংপা লৈরাংগুম তৌগনু। খুৎশেমগা প্রকৃতিগা পুন্না শেম্মিন্নবা লৈরাংগুম লৈবা য়াদ্রা?

মহাদেবগী য়াফম অদুদা ইকায়- নুংশি য়ান্ননা 'ঐনা নিজরিবা বড় অসিদি প্রভুদদি করিসু নত্তে। প্রভুগী ননায় যমরাজমক্তসু সাবিত্রীগী মপুরোইবা সত্যবানগী থৱায় হাপ্লিদুনা, সত্যবান মপাগী মমিৎ তাংবা ফহ্ন দুনা, মপা ইবুংঙোগী লৈবাক হঞ্জিলহন্দুনা, লল থুম কয়াগী মপু ওইদুনা সাবিত্রীবু মচা ১০০ পোকহনবা ওমহন্দুনা নুংঙায়না পালহনখি। ননায় ঐগীদি অদুক লুবা নত্তে, মীওইবগী মপোক্তা পোক্তুনা হৌজিক হৌজিক পাখং ওইরিবা শেল পায়বা নিপা অমা পিবিয়ু হায়জবতনি'।

শোমদনা নহানমক্কী মপোক্তা ইবুংঙো কৃষ্ণগী চান্নখোইবী রাধাগী মপুরোইবা ওইখিবা আয়ন্না হন্দক্কী মপোক্তা কল্লেস কৌদুনা অবতার তৌরক্লবা মরল- মথুম লৈবা অমনা প্রভু ভুবনেশ্বরমক্তদা লৈশাবী অমা ফংজনবা নুমিৎ খুদিংগী বড় নিজরম্মী।

ভুবনেশ্বর মহাদেবনা নপুংশক অদুনা নিরক্কদবা বড় অদু খংবদগী পিননবা লৈতদুনা অশেংবা মুর্ত্তি ওইনা চোংথোক্তুনা মনায় অদুদা হংবিদ্রি।

নুমিৎ খরনি লৈরগা ভুবনেশ্বর মহাদেবগী লাইশঙদা কল্লেস মপুংশক অদুনা মমিত্ত পিগী ইরা চেল্লদুনা প্রভু মহাদেবদা ওনশিল্লগা - 'প্রভু ননায়বু অসুম্না সুম লৈহনবিরগদ্রনে, লৈবাক মাঙহনগে ঙস্বা, মাঙহল্লোয ঙস্বা প্রভু ঐনা নংবু নুংতিগী সন্দেস কত্তুনা নিংজরকপা মতম কুইরে। ননায়বু চানবিয়ুগবা! ননায়গী নিংজবা থুংজরবদি সনা, লুপা, মণিমুক্তা হকপা ফজরবা লাইশঙ অমা কৎচগে হায়রম্মী।

মিকুপ অদুদা মহাদেবনা শয়ঙ মুর্ত্তি ওইনা চোংথোরক্তুনা হায়রম্মী- নং ঐঙোন্দগী করি প্পাম্বগে?

কল্লেসনা মথুং লোল্লরগা মকোক নোল্লদুনা মহাদেবদা হায়জরম্মী-ননায় ঐ ইথক্তা যাম্না বানা লৈজে। প্রভুনা চানবিদুনা ঐগী নুপী অমত্তদি পিনবিয়ু।

প্রভু - ইবুংঙো কল্লেস ঐনা নঙোন্দা নুপী অমা পিরবদি নং শোইদনমক মণিমুক্তা য়াউবা লাইশঙ অমা শাগদবনিকো। শাস্রবদি লাইথুং থুংগনি খংজৌ।

কল্লেস - প্রভু ননায় ঐ শোয়জরোয়।

ভুবনেশ্বর মহাদেবনা কল্লেস কৌবা পাখং অদুবু নুংশিবিরদুনা হায়বিরকখি - চংলু রাধাপুর খুঙ্গংদা ঐগী লাইশঙ অমা লৈবনি। মদুদা হয়েং অয়ুক কুন্দো পরেং অমা পুরগা ভুবনেশ্বর ঐগী লাইশঙদা নুপী ময়াম লাই ঐবু খুরম্বা লাক্কনি। মমিত্তগী মপি চদুম চদুম শিন্থবী লৈশাবী উরবদি নংনা মঙোন্দা হংঙু - ইবেম্মগী মিং করি কৌবগে হায়না। মহাক অদুনা রজনী কৌই খুম্নক্লবদি কুন্দো পরেং অদু পুথোক্লগা ইবেম্মবু মহাদেবনা ঐঙোন্দা পিবিরে। কুন্দো পরেংসু পুজরক্লে, হুকচরগে হায়রগা হুকচিল্লু - অসি হায়রল্লগা ভুবনেশ্বর মহাদেব মাঙথোকখ্রে।

-ঃ(০)ঃ-

# কুম পুবা

কুম পুবা কৌবা অহল অমা লৈরম্মী। অহল অসিনা মশাগী চহি ৪০ শুবদা লায়রবনা মরম ওইদুনা মচা অনি লায়েংনবা শেল লৈতদুনা শিখি। অদুগী মতুং চহি অনিরোম লৈরগা মাগী নুপীগা, মচানুপা চহি ১৭ শুরবা অমগা লৈজবা শেল পায়রগা হোসপিটালদা পুখৎলম্মী। অনাবশিং য়েংলগা ডাক্তরনা কুম পুবদা য়াম্না থিনা চৈবিরকখি - লায়েংবা য়াবা মতমদা পুরক্তদুনা শিরমদাইদা করিগী পুরকইনো? ডাক্তরনা অনাবদা গ্লুকোজ য়ান্দুনা হিদাক কাপ্পম্মী। অদুবু অরেম্বা তাখি। থবায় য়াউদ্রবা নুপীগা মচাগগী হকচাং অদু হোসপিটাল মনাক্কী পোৎলোয়ফমদা পোৎলোয়রগা মশা ঙাক্তা হল্লকখি।

নিঙবা কায়রবা কুম পুবনা 'লায়রবা' হায়বা অনাবা অসি মঙোন্দগী ইহান হান্না তাঙ্খোক্কে অদুগী মতুংদা হোসপিটাল অমা শাদুনা খুঙ্গংগী লায়রবা অতোনবশিং অসিগী খরদা ওইরবসু কান্ননবা তৌরমগে খনখি।

হান্নদি নুপী অমসুং অঙাংশিং য়াউনা মামা পুশিল্লকপা শেলনা চামিন্নরম্মী, হৌজিক মখোয় লৈত্রবা তুংদা অফবা চিঙ্গাক চাদুনা মাবু থাক্ল, থাক্ল অনশিল্লকপা শেল তুংশিল্লম্মী। চহি মরিরোম লৈরগা মহাক্না লৌ পরি অনি লৈশিল্লম্মী। অমুক লৌ পরি মরিগা লৈশিন্দুনা লৌ পরি তরক্কী মপু ওইরম্মী। চহি ৫০ মুক শুরবা অহল অসি নুপীগা লোয়ননা য়ুম্বানমিন্নবা পাল্লমদ্রে। মহাক্না হেক হেক উখি, মীওইবগী থৌনা পাঙ্গল অসি চহি ৬০ ফাউবতমক লৈ। মহাক্না হিংগদবসি চহি ১০ মুক্তা ঙায়রে। হৌজিক মানা নিংজবা লায়রবা হায়বদো মঙোন্দগী তাঙ্খোকপা ঙল্লে অদুগা খুঙ্গংগী অন্ধবিস্বাসনা থল্লবা মীশিংগীদমক হোসপিটাল শাবিবা ঙমদ্রি।

মহাক্কী কোৎতগী চহি খুদিংগী ফৌ শংপায় ৪৬০ রোম হেক হেক তায়খোকখি। চহি খুদিংগী রুরেল বেঙ্কতা লুপা লিশিং ৫০-৬০ হেক হেক থল্লম্মী। চহি খরগী তুংদা রুরেল বেঙ্ককী মী অমনা লম শাবিদুনা শেলশিং

অদু পোস্ট অফিসতা ফিক্স ডিপোজিট তৌরম্মী। মহাক্কী মগাঙ্গল হক্লম্মী। মরম অদুনা লৌ পরি মরিদি মীঙোন্দা শান্দোকল্লগা লৌ পরি অনিতমক মানা উরম্মী।

অহল কুম পুবগী ইংখোল চাউরম্মী মনা মশিং মরাং কায়না মাগী ইংখোলদা ফংলম্মী। মাদি চাক চাবা ঙাক্লা হিংবা নত্তে, মনা মশিং থোংলগা চারগসু নুংঙায়না হিংবা য়ায় খংজরম্মী। মহাক শা, ঙা চাদে, মোরোক থুম- খাওসু চারমদে। মীশিংনা মাবু শেল পায়বা অরিকপা হায়না খংনরম্মী।

কুম খুদিংগী ওক্টোবর থাদা মানা ফৌ হেক হেক তায়থোকখি। মহাক মশাগী চহি ৬৯ শুরকপদা মশা পুমথিন থিন্দোক্তুনা শিরগদবগুম নাদুনা হোসপিটালদা লৈবদগী ফৌবোং ৫০০ মুক ওক্টোবর থাদা তায়থোক্লমদে। মহাক্কী অনাবা নোংম নোংমগী ফরক্লম্মী।

মথংগী চহিদা কুমগী নোং লাকখিদ্রে। নুংশাগী মৈশানা প্রোক প্রোক চাক্লম্মী। অকনবা য়ুহার হারম্মী। মীশিংনা মাগী মাগী কোংকি ফৌ লৈনরক্লবদুদা বানরম্মী। মথং চহিদসু নোং লাক্লমদে। মীশিংনা চানিংঙায় লৈরক্লদুনা অফং অফংবা উহে- বাহে লফুনচিংবা চানরম্মী। মী কয়ামরুম্মা উমঙ- বামঙদা উনা- শিংনা চাদুনা ইফুৎকী ঈশিং থক্তুনা লৈনরম্মী। শা যন কয়া শিরম্মী অদুদগী মী কয়া দোম দোম তুদুনা শিনরম্মী। অদু ফাউবদা কুম পুবা অহন্না মাগী ফৌ তায়রমদে।

পাং- তুরেল কয়া লৈক্রক চংলম্মী। অশি অনাশিংগী নমথিবগী মনম্মা অবাবা অমা ওইনরম্মী। অসি য়ৌনা বানখ্রবা মতুং চহি মরি লৈরগা কুমগী নোং লাক্লে। অতিয়াদা অমুবা নোংনা মরোল থানা কুপ্তুনা পৃথিবী অসি পুমমম মমশিল্লে মতম অদুদা অহিংবা মীশিংনা অমুক কপ্পা অমুক নোকপা তৌরম্মী। মখোয়না কুমগী নোং লাকপগী হরাউদুনা নোক্লম্মী। অনিসুবা মীকুপ্তা মখোয়গী লৌবুক্তা থানবা ফৌ, চুজাক অসিনচিংবা অমত্তা

লৈত্রে, লোয়নমক চাথোকপ্রে। হৌজিক নোংদি লাক্লে মথংগী চহিদা করি চানি? খনবগী ব্বারম্মী।

কুম পুবা অহন্না য়ুমথোঙ খুদিংদা চত্তুনা হায়রম্মী - "নখোয় মথং চহিগী করিমত্তা ব্বাগনু"। নখোয় নখোয়গী লবুক্তা থানবা মহৈ মরোং, ফৌ ঐগী কোংতা লৈ। নখোয়না প্রধানগা মেম্বরগা পুরক্তুনা নংগী নংগী লৌবুক্কী ফৌ লৌরো লাউ।

খুলগী হিংহৌবা মীশিংনা প্রধানগী য়ুমদা, খরনা মেম্বরগী য়ুমদা চৎনরম্মী। অদুবু ওন্থোকপনি, মখোয়গী ইংখোলদা শা- ষন শিবা থেংনরম্মী। মখোয়শিংসু অমত্ত থেংনরমদে। মখোয়শিং অদু উমঙ- ব্বামঙদা চেন্দুনা হিংলিব্রা করিমত্তা খংনরমদে।

মীশিংনা খুলগী য়াইতোং ফমদোংবা য়াউদনা কুম পুবনা মখোয়দা ফৌ শিন্নরক্লোই হায়বা খংবদগী হৌজিক মখোয়গী মরক্তগী প্রধানগা মেম্বরগা খনবা তারম্মী। মী কয়ানা প্রধান মেম্বর ওইনিংঙম্মী। ভোট তৌনগনি হায়দুনা কেন্দিদেটশিংনা শেল পুথোক্তুনা য়েনবা হৌনরম্মী। অদুবু মদু খুলগী অহলশিংনা পান্নমদে। শেল পায়বা অদুমক্তি ওইরগা লাইরিক হৈতবা মীনা ভোট কাপ্পগা প্রজা ঐখোয় য়াম্মা ব্বায় হায়রম্মী। মখোয় অহল মঙানা অসুম্না লেপ্পরম্মী। মদুদি প্রধান ওইনিংবা অদুগা মেম্বর ওইনিংবশিং অমমম ওইনা অফিসকী কা অমদা কৌশিল্লগা অহল মঙানা ব্বাহং অমমম হংবদা খ্বায়দগী ফজনা খুম্বা ঙম্বদা প্রধান ওইহন্নবা মথংদা খুলগী মমাং মনিং খা- ব্বাংগী মেম্বর কেন্দিদেটসু খ্বায়দগী ফজনা খুম্বা ঙম্বদা ওইহনসি হায়নরম্মী। ব্বাফম অদুমক য়ানরম্মী। মহৌশাদি প্রধানে লেপ্পদা, মেম্বর লেপ্পদা শেল য়াম্মা তিংলম্মী। চহি ১০গী অঙাংদগী চহি ৭০ সুবা ফাউবা য়ু পিথকপা, দ্রগ পিজবা, মানা মানা পাম্বা তৌবিদুনা ভোট লৌনরম্মী। হৌজিক অহলশিংনা অনৌবা পোলিসি অমা হোংদোরকপসি মীশিংদা নিশাগী মহাও মাংলক্লগনি অদুগা থবকসু ফজনা পায়খৎলক্লগনি খন্নরম্মী।

প্রধানগা মেম্বরগা খল্লবনিনা হৌজিক্তি লুচিংবশিংনা পুন্না কুম পুবা অহলগী য়ুমদা চৎলম্মী। খুলগী খুনমীশিংনা পুল্লপ হৌদুনা লাকপা উবদা কুম পুবা অহলনা হয়াউরম্মী। মহাক্না প্রধানদা শো শিন্নরম্মী। প্রধান্না খুনমীশিংদা অহানবদা লৌ পরি অনি লৈবশিংদা ফৌ পিননবা মেম্বরশিংদা হায়রম্মী। লৌ লৈজদবা মী ফৌ পাম্বদগী চোংথোরকখি। লৌ পরি অনিদগী হেন্না উবা লৌমী খুঙ্গাশিংদা ফৌ খরগা পিননবা হোৎনরম্মী। লৌ পরি অনিদগী হেন্না লৈবা ইমুংদগী লৌ লৌথোক্লগা লৌ উনিংঙাই লৈজদবা য়ুমগী মী অদুদা লৌ পিরগা লৌ উহল্লম্মী। মী পুম্নমক নিংবা থুংহনবদি ঈশ্বরনসু ওমদে হায়নরিবনি। অদুবু কুমপুবা অহলনদি ইরায় লায়না ওস্লম্মী।

চহি কয়া ইকং থোক্তুনা শা- ষন কয়া শিগ্রবা, মীওই কয়া শিগ্রবগী তুংদা, চহি কয়া কুম অফবা ওইদুনা খুন্মীশিং মবুক থন্না চাবা ফংনরম্মী। কুম পুবা অহলসু মখোয় খরনা লাইনি হায়রম্মী, খরনা সাধু সন্যাসিনি হায়নরম্মী।

নোংমা মহাক্না খুলগী প্রধান, মেম্বর, য়াইতোং খমতোংবা, মচিনতোংবা পুম্নমক কৌরগা মাগীদা চাক চারা অমা চামিন্নরম্মী। চাক চাবা লোয়রগা ময়ামদা মানা মখুৎ লোন্নরগা হায়রম্মী - ঐহাক য়াম্না লায়রবা, লায়রবা হায়বদুবু থবৎ তংখৈ লায়রবা ওইরম্মী। ময়াম্নসু খংবিরিদুনি। অদুক লায়ররিঙৈ মতম অদুদা চামনদবদগী ঐগী নুপী অঙাং নাশিল্লকখি। মাইবা কৌদনা য়েংগদবসু শেল খজিক্ত ফাউবা লৈজরমদে। নোংমা নিনি মীগীদা থবক মচা অমা শুজরুবগী শেন্না অনাবশিং মাইবা কৌদনা য়েংহনখি। অনাবশিং অদুবু পোৎশেম চংঙে, যাদু লৈরে থৌ তৌ হায়দুনা তৌখি। অনাবদি নোংম নোংমগী ফরকপদি লায়রদনা নোংম নোংমগী অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকখি। তাতোন কমলদগী লুপা ১০০ পুরগা হোসপিটালদা লায়োংনবা পুরে। ডাক্তরনা য়াম্না নুংঙায়তনা ঐঙোন্দা থৌ তৌদুনা, যাদু য়েংদুনা, অজর চংঙে হায়জিনবিরকপদগী লায়েংদুনা লৈবদা অনাবদি আ য়ৌশিনপ্রে ফবা

ওন্মরোম্ন হায়রকখি। মখোয় অনি অনিরুক পুখৎখি। ওস্থোকপা হায়বদুনি নুপীগা ইচা অহ্মগা লায়রমনবদগী শিখি। হৌজিক ঐনা মরাম্দা হায়জরিবদি লায়রবা হায়বা লায়না অদু ঐখোয় পুন্নমক্কগী লাপ্না তাস্থোকখিসি।

লায়রবা ঐখোয়গী লৌবুক হন্ন হন্ন খোয়দুনা নাপি মকা অমত্তা তাদ্রবা কান্দা সনা ফৌ হুল্লি, কনাগুম্বা খরনা পাম্বী মচাশিং লিংথোকই। পাম্বীগী মনাদা ঙৌবা অমা অনি উবদা নত্রগা খুইথরকপা নত্রগা খুইজিল্লকপা উবদা ঐখোয়না হিদাক তৌনে। অদুগুম্না ঐখোয়গী হকচাং খজিক্তং ঙমদে খৎবদা অখং অহেংগা তান্নসি নাদনা হকচাংবু লৌবুক্তা য়েংশিনবগুম য়েংশিনবিয়ু। কনাগুম্বা লৌমী অমা নারবদি নখোয় পুন্নমক্না মাগী ইমুংদা শেলগী মতেং পিদুনা হোসপিটালদা পুখৎপিয়ু। মাগীদমক শেল নত্রবসু ঙমজবা চিঞ্জাক পিয়ু। নখোয় অমগা অমগা নুংশিনৌ।

চাক হেঞ্জিন্না চাগনু। নুমিদাংদা চাক পুক থন্দনা চাউ। চাক মাংহনগনু। লৌমী ঐখোয়দি চাক ওইরক্লবা হোৎনবদা ৱাখিবা কাউগনু।

য়ুহার হাবা, ঈশিং চাউবা, ঈকং থোকপা মখোয় অসি প্রকৃতিনা থোকহনবনি। মসিদগী কনামতা নাস্থোকপা য়াদে। ঐখোয় অসিগুম্বা মতম অসিদা চাননবা ফৌ, চেং লিদুনা অঙম্বা থমগদবনি।

লৌ লোকপা লোয়রগা হঙ্গাম, কোবি, অলু থাউ। ষন, হামেং য়াউ থাদোক্ল গুমসি। অরেম্বদা খরচ তৌবিগনু, কুম্মে-ফিয়োং, চাকচা-হৈজানবা তোকসি। লূহোঙবদা ইনাকখুনবা শাগুমসি, শেল থাগুমসি। অচুম্বা ঙাংঙু, অচুম্বা তৌ, মিৎনা উদবা ৱা থাজগনু।

হৌজিক প্রধান ওইবিরিবা ইবুংঙো অদুগা মেম্বরশিং নখোয় মঙাগা খুল অসিগী অখণ্ড অহে মঙাগা পুল্লগা কমিটি অমা শেম্বীয়ু।

ঐগী য়ুম অসি শিদোক্লগা ইংখোলগী মতায়দা য়ুম মচা অমা শারগা ঐ লৈরগে। ঐগী নুপী অঙাংশিং নাবদা, সহড় তান্না পুবদা ঐনা কয়াম ৱাখিবা। হৌজিক খুঙ্গাশিংনা খরগী মখে শাফনবা ঐনা মফম অসিদা হোসপিটাল অমা শাজগনি। মদু শানবগী শেল মতিক চানা ঐঙোন্দা লৈজরে।

কমুং কুম থাবা য়াবা কা মণ্ডাগী শঙশাঙ অমা, নর্স অনিগী লৈফম অদুগা চেক্লা কজরবা লুপা লাক মণ্ডায়োম চংনা যুম অমা শাবিয়ু। সরকারনা নুমিৎ খুদিংগী রেডিওদা লাউরি "ভোটর শিশিং মণ্ডানা কোনবা লমদা হোসপিটাল অমমম শাদুনা লায়েংগনি। থবক অসি খুঙ্গংগী মীশিংনা লম পুথোকচদুনা হোসপিটাল শাদুনা থন্নবদি হয়েংদগী হেক্তা হৌবা য়ায়।

চেক্কী যুম শাবা হৈবা কাংবুনা ডাক্তরগী কার্টস শাগ্রে। খুলগী যুম শাবা হৈবা মীশিংনা অনাবা লৈফম অমসুং নর্স কার্টর্স শাগ্রে। থা ৬ লৈরগা প্রধান মেম্বরশিংনা হায়নখিবা মতুং ইন্না ডাক্তর অমসুং মাগী ষ্টাফ নর্স লাক্কুনা লৈররে।

খুঙ্গংগী মীশিংনা মহাকপু "লাইঙম্বা কুম পুবা" হায়না ব্যাবহার তৌরম্মী।

-ঃ(০)ঃ-

# নিংথৌ ওইবসি প্রজাগীনি

লৈবাক অমদা চহি অহুম নোং তারমদে। মীশিং হা হাকার লাউরম্মী। অহানবদা য়ুমদা য়োকপা শা-ষন শিনরক্লম্মী। অসুম অসুম থক্লিংঙাই চানিংঙায় লৈত্রবনিনা মীশিংসু মথং মথং শিনরম্মী।

অসিগুম্বা মতম অসিদা লৈবাক অদুদা শেল পায়বা মী খর লৈরম্মী। মখোয়গী কৈদা ফৌ লৈত্রে। লুপা খাউজাউ খাউজাউ পুথোক্লুনা ফৌ ব্বানগে খন্দুনা খুল খুল লৈবাক খরদা চৎলম্মী। য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংসু ইকং থোক্লুনা, ঈশিং চাউদুনা য়াম্না ব্বানা লৈনরম্মী। মতমসিদা ফৌ- চেং, গেহু, চুজাক লৈবা দেশ অমগী নিংথৌনা কনাগুম্বা ফৌ লৈবা মীশিংনা মাগী মাগী ফৌ, চুজাক, গেহু অরৈ অরৈবা অচাপোৎ পুম্নমক খুলগী কোত্তা হৈরেগদবনি, য়োনবা য়ারোয় হায়রম্মী। মরম অদুনা ইনাকখুনবা খরগী অরৈবা ফৌ, গেহু, চুজাক পুম্নমক কোনুংদা পুখৎলম্মী। নিংথৌনা খুলগী মীকোকশিংদা থৌদাদুনা ইমুং ইমুংগী মীশিংগী মতুং ইন্না অচা অথকশিং য়েলহল্লম্মী। অদুবু শেল পায়বা, ইনাক খুনবা মীশিংদদি ফৌ, চেং, গেহু, মরু- মরাং অমত্তা পিরমদে।

ইনাক খুনবশিং অদুনা নিংথৌদা য়াম্না শাউরম্মী। মহারাজ ঐখোয়গী শরুক পিবিদবা করিগীনো? ঐখোয় অসিবু চিরবা কানসিদা নহাক্কী প্রজা নত্রব্রা? ঐখোয় লৈবাক চারগা হিংবা য়াবা মীরা? ঐখোয়গী লৌ, ইংখোল ওইনা শেল ওইনা করম্না চাগদগে? মখোয়দি লৈবাক্লি, চেনি, সনা লুপানা শাবনি। মখোয় ওইনা চাবা য়াদে। নিংথৌনা ইনাক খুনবশিংদা হায়রম্মী- নখোয় শেঙাউ পায়বমখে লৈবাক অসি থাদোক্লুনা অতোপ্পা চেং, ফৌ, চুজাক চানবা ফংবা মফম অমদা নখোয় লৈরুখো। নত্রগা নখোয়গী লৈজবা সনা লুপা লন থুম্না চিঙ্গাকশিং শগোল গাড়িদা চিংউচো। লৈতবশিংগী মতেং খরা পাংবিয়ু।

শেঙ্গাউ পায়বা অমনা "মহারাজ নহাক্তা নিংথৌ ওইবা ফংজরিবসি ঐখোয়গী ইপান্ননি"। ঐখোয়না লাইরবশিংদা কিহনবা, লাই থাজহনবা, নুংশিবা শাশিন্নবা, জাৎ- বিজাৎ খায়দুনা অমগা অমগা লৌতুনদুনা খৎনহনবা, শেল- থুম পিজদুনা, অমগা অমগা নুংশিনদনবা শিন্দুনা, কয়া ব্বানা হোৎনদুনা নহাকপু নিংথৌ ওইহনখি। অদুগা অমরোমদা নহাক্কী লাম্লীশিংগী খুৎসু খুৎলায় লৈদুনা, মখোয়গী চেং- চাক হুন্দুনা নহাকপু নিংথৌ ওইহনখি। হৌজিক নহাক নিংথৌ ওইরে। ঐখোয়সু ঐখোয়না হোৎনবগী মহৈ ফংজরে হরাউজরি। অদুগা হায়বিরিসিনা করিনো' হায়রকখি।

নিংথৌনা হায়রম্মী- হায় নিংথৌ ঐগী ইথক্তা ঙাংলিবা নহাক কনানো? ঐনা তৌরিবা থবক অসি রাজনিতিনি। লৈবাক্কী চেং- চাক, হব্বায় পুম্নমক অসি হিসাব তৌবা কান্দা লায়রবা খক্তংনা চাবদা চহি অনিগী লৈ। নখোয় য়াউনা চাবদা লৌরোক পানথা য়ৌদদুনা ময়াম লায়রবসু ইনাক খুনবসু পুল্লপ শিমিন্নবা তায়।

নিংথৌ ওইবা হায়বসিদি চীংগী অঙম্বা লম্বীদা চেনবা পেসেঞ্জর হব্বা গাড়ি মী ৫০- ৬০ তোংবগী ড্রাইভর অমগুম্বনি। পেসেঞ্জর গাড়ি অদুনা অঙম্বা চীংগী লম্বীদা চেম্মরকপদা সড়ক্তা থবক শুবা নুপা মরি মঙা চৎলম্বা উবদা গাড়ি অদুনা মখোয় তক্লগা এক্সিদেন্ট থোক্লোয়দবা লৈরবদি মখোয় তক্কনি। মখোয়বু নুংশিদুনা গোলায় শুদবা অপিকপা চীংগী লম্বী অদুদা তক্তবা তারবদি গাড়ি অদু লোকখাদা ওন্থদুনা মীয়াম অমা শিদৌরি। মহাশয়, মী ৪- ৫ শিবনা ৫০- ৬০ শিবদগী হেন্নে ফৈ।

ঐসু খংঙি, নখোয়না ঐঙোন্দা পাংবিখিব্বা। নখোয়না নরল- নথুম ময়াম্ম পৈশিল্লগা নিংথৌ ওইগে হোৎনদবা করিগীনো? হে মরুপ, নিংথৌ ওইবা হায়বসে শেল থুম লৈবা ঙাক্লা ওইবা য়াদে। নিংথৌ ওইবদা পাঙ্গল, লৌশিং অমসুং লন- থুম চংঙি। নখোয়দা লন- থুম লৈজবতনি। নখোয়দা পাঙ্গল লৌশিং লৈতে।

হে মরুপশা! নখোয়না ঐগীদমক্তা পাংবিখিবা লন থুম অদু লায়রবশিংনা বানা তাঞ্জবা শেল- থুন্নি। মখোয় মখোয়গী অচৌবা মপান্নোম অদু হন্ন হন্ন থাঙ্গৎ থাংথা তৌদুনা বানা থবক শুহল্লগা অবামন্নি হায়দুনা, নুংশিবা শাশিন্নরগা শেল খর খর মখোয়দা পিরি। মদুগী দথা অদু নখোয়দা পক্লকলিবনি। মদুনা মখোয় নুপী অঙাংগা লোয়ননা হিংবা ঙমদে। য়াম্না থুনা চাদবদগী অহল ওইশিল্লকই অমসুং শি। শিম্মী য়াউদনা ঐখোয় হিংবা ঙমদে। শিম্মীশিংবু পুক থলহল্লগা ঐখোয় পুম্নমক নুংঙায়গদবনি।

হে মরুপশা! নখোয়না লায়রবশিংদগী মৎপা শেল খর নিংথৌ ঐঙোন্দা ঐবু নুংশিবা শাদুনা পিখি। করিগুম্বা ঐনা নিংথৌ ওইরগা নংনা হায়বা য়াবিনবগীদমক। হে মরুপ, হৌজিক্তি থবায়গা, চানবা চিঙাক্তা মরি লৈনবা পোৎনিনা নখোয়দগী ঐনা লাপথোক্কনি। মী খুজোক অমগী থবায় কনববুদি, মীয়াম অমগী থবায় কনবনা হেন্না ফৈ। মী পুম্নমক শিদনবা মহাত্মাশিংনা মশাবু বলিদান তৌজখি। দধীচি মুনিনা হায়খি- ঐ অমা শিরগা ময়াম হিংগদবনিনা ঐ শিরগে অসি হায়রগা লাইয়ামগীদমক মহাক শিবিখিবদুনি। "নিংথৌ ওইবা হায়বসিদি মীয়ামগীনি। মীয়াম্না য়ানবা চৎকদবনি মী খরগী নত্তে"।

-ঃ(০)ঃ-

# য়ুনা নাতোন কায়বা

নোংমা ঐ থবক অমা চৎকে খন্দুনা হৱাগাড়ি অমদা কাখৎলম্মী। ইমা ইবেল অনিসু ঐগা ফম্মিন্নদুনা হৌজিক কালগী মীশিংনা য়ু থকপগী ৱারি শান্নরম্মী। মখোয় অনিনা ঙাংথোক শক্তোরকপদা ময়েক শেংন শেংন পনবদুদা মখোয় লাইরিক হৈবা ঙাক্তনি খনখি।

১বা নুপী - ঐখোয় মৈরা পায়বীশিং অসিনা য়ু য়োনবা, য়ু ফাবা য়াম্না কন্না তৌরিসিবু করি কান্নরিগে, মতম্মা মাংঙিবা, ঐখোয় নুপানা থোক্লমদায়দা হেক হেক ফুগে তৌই। ঐদি থোক্লরোয় ইচে।

২বা নুপী - খন্বী য়াম্না কান্নে, ঐখোয়না সড়ক্তা লালটেন অমমম থাল্লগা লৈবদগী, য়াচঙবদগী লাউবা খোঙবা, নুমিদাং বারোফাউবা তৌবদু তোকপ্রেদনা। মখোয়না ঙাউনা লাকপনিনা ঐখোয়না মখোয়দগী শেল লোয়না লৌথোকপিরি। ঙাউবা ফরগা পিগে নত্রবদি মীনা লৌথোকপিখ্রনি হায়খি। মথংগী অয়ুক্তা নুপী থারক্লগা শেল লৌখিবা য়াউরি। থারক্তবসু য়াউরি। মদুগী শেলনা কেরোশিন লৈনে।ঐখোয়না লৌথোকপিবদি মাগী ইম্নুংদা পিশিনবসু শেল খর ককহৌরগা পিবিরি। নোংমৈ পাইবা থেংনরগা ফুসু ফুবিবা শেলসু লৌখিবা তৌবিরিদুদি।

১বা নুপী - য়ু থকপসিনা লায়না লাইচৎ অমা ওইরক্লে। করিনো মতা অমনি। চহি ১২দগী চহি ৮০ ফাউবা থক্তবা অমত্তা য়াউদ্রেকো।

নিপাশিংসিনা তৌরিসে 'ভায় ঙসিদি থৱায় নুংঙাইতে হিদাক থকসি', মথংগী নুমিত্তা 'ভায় থৱায় নুংঙায় হিদাক থকসি, ঙসিদি মীনা লাকচপ্রে', নোংমনা দাও য়ায় বন্ধু অসুম্না হিদাক থকপা পামজবনিনা মরম অমা পিরগা হিদাক হেক হেক থকই। শেল শিকি থোক্তবা নুপানা মাগী নুপীদগী নুংঙাইগী লুপা ৫-১০ হেক হেক লৌবিরি। মমা মপা শিবদা 'থৱায় নুংঙয়েত্তে'

হায়দুনা হিদাক তপ তাখে থক্লগা ঙাউরদুনা চোয়রোন পারোন লোপ্লে, মী শিবগী পোৎলোয়বদবু হকচাং তুম্বা ঙায়বা ৱাদনবনি হায়দুনা হিদাক ফজনা থক্লরে।

নুপী অঙাংগী শোরাত্তা, ফিরোয়দা য়ু থকচিল্লগা লাউবা খোংবা তৌবদগী কা অমদা ছো লোল্লগা থম্বিবা য়াউরি। ঙম্মিদকো য়ুনা ঙম্বসে। মীমাঙ পুমাঙ ইকায় ইকি করিমত্তা খংদে। মী খরদি অফিস কাবগী চাক মমাঙদা নুংত্তিগী থকই। মী খরনা অফিসতগী হল্লকপদা নুংত্তিগী থকই। মখোয় মপাখোয়না উসব, চাকচা- হৈজানবদা হেক হেক থকই।

২বা নুপী - মীনা সহি তৌবিনবা হোৎনবদা য়ু য়াউরি। মীনা সহি তৌবিনবা য়ু পিথকপদা তোম্বা, কাহায়, মংলেমশিং মাংলে। বৃন্দাবন্দদি য়োঙ ফাউবা য়ু পিথকই।

১বা নুপীঃ- য়ু থকপদগী শেল মুনবীহৌরে। য়ু য়োনবিদগী য়ু হৈদোকপিখ্রে। মাগী মাগী নুপীনা মৈরা পায়বীনেনা থোকখ্রে। য়ু য়োনবা ইমুংগী লুপীসু মবাদা য়ু য়োন্নবা শিন্নরল্লগা মৈরা পায়বী শাদুনা থোকখ্রে। মাই মাই নুপানা য়ু থ্কতুনা ইমুংদা থোঙ লোনশিল্লগা মমান্নবা অনি অহুমগা পুল্লপ ঙাউমিন্নরম্মী। খরনা শেল তানবা চৎকদৌরি হায়রল্লগা ইনম্মা তোতো মৈরা পায়রগা থোকখি। য়ু য়োনবী ফানবা ওম্থোক্লা ৱানা হোৎনরকইদা, য়ু য়োনবিনা ঐখোয়গী ইরক্তা য়াউশিন্দুনা য়োন্দবা শাবনিনা করিসু কান্নখিদে।

নোংমা ভদ্রলোক অমনা প্রোঃ জি,বি, সোদা করম্বা ৱাখলদগী য়ু থকপিখিদবনো হংলম্মী। জি, বি, সোনা খুল্লম্মী- 'ঐগী ইপানা য়ুমদা হিদাক থক্লগা হঞ্জিল্লক্লগা ইমাবু হেক হেক ফুবি। য়ুদা মী ফুনিংবা য়াউমাল্লে অদুনা ঐ পুন্সি অসিদা য়ু থক্লোয় খনখি' হায়রম্মী। জি,বি, সোনা অসিমসু হায়রম্মী- পাক চাউরবা সমুদ্রগী মহাসাগর ৬- ৭ অসিদা ঈরাক্লদুনা শিবা মীগী মশিংদগী য়ুগী গ্লাসতা ঈরাক্লদুনা শিবা মীগী মশিংনা হেল্লি।

২বা নুপীঃ- মখোয় মশেনমক্তা পংফুদা ফুনবা, করিসু লৈতবা ব্রা অমগীসু অঙম হেক তাম্নবা, অঙম তাম্নবদা কয়া অমা ফুনবদা শোকপ্রবা, শিপ্রবা য়াওপ্রবনি। হুনিনা থিবোং থিরিন তত্তুনা শিবসু কোন্নায়নি। মী পুম্নমক্কী ইহৌ লাকত্রবদি মসিবু থিংবা ঙমফম থোক্তে। মসিদা মৈরা পায়বীনা কৈদৌনি, মপুরোইবনা থকপনিদো।

১বা নুপীঃ- হেক থকপগা খঙসি শিদবা মা থক্লগা অপঙ থৌনা য়াম্না লৈবা, লান চংলমদাইদা শিবা কিদনবা থক্লে। উহৈ ব্রাহৈবু ঈশিংদা পুমহল্লগা থকপদা হাউরি অমসুং ঙাউরি হায়বসে মীনা মী ওইরকপদগী অদুম খংলক্লমাল্লে। মা থক্লগা মোন্দ্রং চুদুনা নুংঙায়বা, থক্লগা থবক মথক মখা ওন্নে। অকোন অহান খংদবা, ব্রাখল খম্বা ঙমদবা, হেক থকপগা খনাউ য়ৌবদা খনাউ পঙশিনবা, মিং মশেন মরাঙ উবা, মীনা ঙাঙবদা তাবা ব্রাংপা পুম্নমক অসি অহানবা হেক থকচিনবদা লৈরবনি। মসিবু ফজনা থকপদা অশি- অনা, অব্রা- অনা লোয়না কাউরি হায়। অসুম্না অসুম থকচিনখ্রগা য়ুনা তপ্ল- তপ্লা চাকখাউ, পুক্লিন, ফিরাক, কিডনি, পৈনচিংবা নারকই, ঈ ওবা, বি,পি, ব্রাঙবা, গ্যান মাংবনচিংবা মথং মথং কয়া তৌরকই।

নমথিখ্রবা অদুবু মখোয় অহুম কোয়শিল্লগা গ্লাসতা খর খর হৈদুনা থকমিন্নে। হেক পোকমিন্নবা মচিন- মনাও য়াউনা থকপা য়াউরি। হান্নগী লিক্লি লোয়রগা অনৌবা লিক্লি অমা লৈরুই, খর খর হৈদুনা থক্ল- থক্লা মাগী মাগী ইমুংগী মতু মচাগী ফত্ত- হাওথি ময়াম পুথোক্তুনা ঙাংনৈ। অদুদগী খোন অদু ব্রাংখৎনরকই। অদুদগী অমনা অমদা পৈশা খর পিথি। পৈশা অদু পায়রগা একাগাড়ি তোংদুনা অমমুক লৌরুই। মশা নোমদুনা খোঞ্জেল

ব্রাঙনা ব্রাঙনা ঙাংনবসিনা পুংমুক লৈরগা অমা থোকখিবদগী হল্লকত্রে। মা হল্লকত্রবদুদা অমনা মা হেক্তা চংপা য়াত্রা চংকে হায়রমদনা। ফৈ হয়েংদি হিদাক কোংহনগে। কোংশু য়াদ্রগা মথব্রায় লৌথোক্কনি হায়।

২বা নুপীঃ- য়ু গ্লাস অমনা ব্রেনগী ঈ শেল অমা শি হায়। য়ু গ্লাস অমনা ব্রেন শেল অমা শিরবদি নোংমদা মখোয় অমমমদগী ব্রেন শেল ১০-১০ শি হায়না পাবা য়ারে। মতৌ অসুম্না থক্লবা মতুং চহি য়ামশিল্লক্লবদি ব্রেন শেল য়াম্না শিবা মশানা তায়। অদুদগী চোয়ত্রং পাত্রং ঙাংবা, পেং চোয়বা মখল, খজিক্তং থক্লগা ঙাউবা মখল, নুপী অঙাং ফুবা, মমা মপা ফুবা হাৎপা করিসু নত্রে। মরমদি ব্রেনগী শেল অসি ১০০গী অমা য়ুনা হাৎখ্রবদি মীরোন থুংদবগী থবক ময়াম অসি মথং মথং উৎলকফম থোকই।

ব্রেনগী শেলদি শিখিবদুনা লোয়রে। অমুক হিদাক লাংথক তৌদুনা পোকহনবা ঙমদে। অদুগুম্বা মী অদু চোয়রোন- পারোন পঙঙাংদা ঙাংবদগী ফাদুনা পুন্দুনা থল্লম্বদু নোর্মেল ঝা ঙাংনরমদাইদা হিদাক (য়ু) খজিক্তং পিথকপা নত্রগা সেডেটিব গুলি পিজবা তৌনৈ। মশা থক- থক নিকপা নত্রগা খুৎ শা নিকপা তৌরকপদসু ইমুংগী মীনা য়ু খর হেক পিথকই। ঙায়হাক লৈরগা নিকপা তোকখি।

য়ু থকপা হায়বসিমক্তবু অফবদি শুকওই ওইদ্রে। মী কয়া কয়া কোলেষ্টেরোল ঝাংখৎলক্তনা হার্ট ফেল ওই হায়রিবা, বি,পি, ঝাংখৎলে হায়রিবা, পুম্নমক অসি য়ুদগী, শা, ঙাদগী ঙাক্তনি হায়বা য়ায় ইবেম্মা। নচা- ইচা ঝারকপতনা য়ারোই মীগী মচা ফরগা ইচা ফগদবনিকো ইবেম্মা।

ইচে চীঙ্গোয় কৌবা খুল অদুদা ঐগী ইনাওনুপী ইতোন তোলবীদো ওংলি। মখোয় খুন্দদি নুপামখৈ য়ু থকই হায়। মখোয় নুপাশিং অদুনা মচা থাক্তে, নুপীশিংনা চীংদগী শীং য়াল্লগা শীংশিং অদু থাগায় থাগায়মুক শাংনা কক্লগা ৫-৬, ৫-৬ পুনশিল্লগা কৈথেলদা য়োল্লগা মচাশিং ঝানা থাকই। মখোয় মখোয়গী নুপানা নোংমগী ঝানা তানবা শেল অদু নুমিৎ তারমদাইদাময়ুমদা হল্লকপদা শেল অমত্তা য়াউদনা ঙাউরগা হল্লকই হায়। চাক ইনশাং হাউতে হায়দুনা নুংত্তিগী নুমিদাংদা ফুবি। মানা হঞ্জিল্লকত্রিঙৈ তুমদুনা লৈববু হৌদোক্লগা মৈহুম্না চুই হায়।

অদুক ফক্তবা নুপাদুদা লৈবা হৌনদে। নংবু শিবা তারে। নচা অনিদুগা লোয়ননা হল্লকও হায়রুরে। অদুবু মানা য়াদে। ঐখোয়না হায়- অঙাউবা হায়বদু ওইরকপা মতমদা নংবু থাংনা খিনবিরকপসু য়াই। মানা হায়- ইচে মানা ঐবু হাংকদৌবগুম তৌরবদি ঐনা হেক্তা চোংশিন্দুনা মাবু ঐনা হান্না হাংহৌগনি। ইচা লৈনরবনিনা করম্না হেক থাদোক্কদগে থেমদুনা য়েংখিনি। য়াদ্রগা ইচাশিং অসিনা খর চাউরকপদা খায়নবা হায়বদুনি। হু চারগা পুল্লপ শিমিন্নরা খংপোং নংত্রি।

ইচিন- ইনাও নুপী ঐখোয়খৈনা ফনা হায়রে য়াদ্রে হৌজিক্তি নং থোক তৌরো লৈথোকএ।

পুংখায়মুক গাড়ি তোংমিন্নরবা মতুংদা হৱাগাড়ি অদু লেপ্লম্মী। ঐগা থংননা ফমমিন্নবা ইমা অনিসু কুমথগ্রে। খর অহল ওইবী ইমা অসিনা ঙাংবা তাবা নুংঙায়। অনৌবা মী কয়া কাখৎনরকখি। ঐগী ইনাক্তসু হান্নগী শিং অহাংবা অনি অদুদা য়ুনম নম্বা নহা অনিখক্লা মহুৎ শিনবিগ্রে। নুংশানা শাবনে গাড়ি শক্তাদুদা মীনা কৃক কৃক ইন্ননা ফম্বগা লেপ্লগা তৌরম্মী। মখোয় অনিগী মনম ফংমাল্লে নক্লবা নুপী খরদি উম- উম হায়রগা মচিন মেল্লম্মী। তাঙ্গাদুদা ওক- ওক তৌদুনা য়াম্না শাথিনা হন্দোকপগী মখোল তাখি। গাড়ি লেপগ্রে। ফুরিৎ খোঙগ্রাউ অঙৌবা শেৎ চাবা নুপা অদুনা মাগী মনমগন্দগী রিবোলবর অদু খুৎ ওইনা পায়রগা য়ু ঙাউবা পাখং অনি গাড়িদগী চিংথরগা হন্ন হন্না মমায় মমিত্তা, মনাতোন্দা নাহি তাবমখৈ কিন্না খিল্লগা হায়রম্মী- য়ু থকপা, য়ুনম নম্বা নংনা করিগী ঐগী নুপীদা ঙাথবনো? নথিবোং য়ু থকচিল্লগা করিগী মীয়ামদা ডির্স্তব তৌবনো? কাপ্পুরা?

ময়াম্না খাম্বীরম্মী - তোকপিরো, তোকপিরো।

য়ু ঙাউবা ফগ্রে। মখোয় গাড়ি কাখৎলু য়াদ্রে। অনিমক নাতোন্দগী তারকপা ঈনা মমায় ইতে তৈখে লৈহৌরি।

ঐসু ওন্থোকপনি! ঐ মখোয়দা মাই ওনশিনবা ঙমদদুনা ঙক্লি নাবখৈ গাড়ি থোঙনাওদতা ওন্দুনা লৈরে।

নুমিৎ অদুদা ঐনা খনখি- হৱাগাড়ি মনুংদা মৈখু থকপিগনু হায়বগুম য়ু থকপা, য়ুনম নম্বা মী গাড়ি ভোংবা য়ারোই হায়নসু যেংহন্নিংঙি ।

-ঃ(০)ঃ-

# মীনা খংদ্রিবা

ঙসিদগী চহি ৪০গী মমাংগী ৱারিনি।

ইমুং অমা লৈরম্মী। মখোয়গী মচা নুপা মরি মথং মথং পোক্লগা অরোয়বদা নুপী অমা পোক্লম্মী। মপাদো ৱাজাউ ঙাংবা খর পামজবা মী ওইরম্মী। মানা ৱাজাউ ঙাংবনা ওইরব্রা তায়, নোংমা মচানুপী ঙাক্তা মঙা পোকপা নুপা অমনা মাবু থিরকখি। মচানুপা পোকপা চাউবদা মচানুপী ঙাক্তা পোকপা চাউভন্না - 'অদোমবু নিপা পোক্লবা মন্ত্রগা খংবিব্রা' হংলম্মী। মতমদুদা চাউবদি তুংগী য়েংদুনা খুমখিবা নত্তে। মশক ফজবা মচা নুপা মরি লৈবদুদা মীনা ব্যাবহার তৌবিরিবনি হায়বগী ভাবতা ইরায় লায়না খুমদোকখি- 'ইচা নুপা পোক্কে ইনিং, নুপী পোক্কে ইনিং'।

শুৎ- তাই তৌবা কার তোংদুনা লাকপা চাউভন্না চাউবদা য়েংলগা য়াম্ন া চেকশিন্না ব্যাবহার লৈনা হায়রম্মী - হৌজিক ঐ ইচানুপী ঙাক্তা মঙা লৈরে। ঐগী ধার মুত্তনবা নুপা অমত্তা ওইরবসু পোকহনবিবা ঙমগদ্রা? চানবিদুনা নুপা পোক্লবা ঐবু করি তৌজৌগে তাকপিয়ু।

চাউবনা মখোন খর চাউরপ তৌনা 'অরায়বা ৱানি, ঐদি মদু ঙম্লবা তৌজগে। অদুবু হয়েং নুপা পোক্লক্লবদি ঐঙোন্দা করি পিবিবা ঙমগদগে'?

চাউভন্না নোকমি নোকমি তৌনা খুন্নম্মী - 'অদুবু ঙম্বিনি হায়রবদি শেলদি হৌজিক পায়বিরগে হায়বা য়াগনি। লুপা লাক্ষ অহুম পিজৌরা মরি পিজৌরা? অদুবু কন্দিশন খরদি থমজগে। অরোনবা কাদা নুপীতগা লাই খুরুমদবা, উমঙ- ৱামঙদা লাই খুরুমগনি হায়রবসু ঐখোয় য়াউবা অদুগা অসিমসু য়ানসি- নুপা পোক্লবদি নংনা ঐঙোন্দগী লুপা লাক্ষ অহুম নত্রগা মরি লৌরো করিগুম্বা নুপী পোক্লবদি নুপী মঙা লৈবসিগী মথক্তা নুপী অমমুক হেনগৎলকপগী অৱাবা লৈদৌরিবনি। অদুনা চিন থিবা ওইদবা ঙাংবগী ঐনা নংবু চহি অমা ঐগীদা মীনায় ওইনা লৈবা তাই'।

নুপা পোকপা চাউবনা ৱা অদু তাবদা কয়া নুংঙাইয়রমদে। পুক্লিংদা অকিবা পোক্লম্মী। মানা ৱাখল তৌরম্মী-' চিন পংথি থিরুবা য়াত্রি। লাই খুরুম্নি হায়না লৈথোক্লগা নুপা পোক্লকবদি লুপা লাক্ক মরি ফংবা, অদুদা নুপী হেক পোক্লকও, ঐ কমদৌবা, ফরে অদুমগুায় মাইবা থিগে। ঐগী ইচাশিং অসি মাইবনা তাকপিবদগী পোক্লকপদি অমত্তা নত্তে। লাইবক্তা তন্নকপনি। অদুবু মাগী শেল অসিদি য়ামগ্রেদা! মদুগী তংখায় ফংবদা ঐ নুংঙাইবা হায়বদো ওইরনিকো। অহল লমনশিংনা নুপা পোকহনবা নত্রগা নুপী পোকহনবা ঙম্মী হায়না ৱারি তৌনৈ। সংসঙ্গা তৌরগা নুপা ফংই হায়নৈ। মসিগী অঙাং নুপা পোক্লবগী মন্ত্র ওইরবসু থিরুগে, মন্ত্রদি পিরোয় 'ঐনা পোকহনগে হায়রবসু' অঙাংবু নুপা ওইরবদি ঐনা পুশিনবিরকপগী মাইবদুনা ঐঙোন্দা পৈশা খরদা ওইরবসু খায়বিরক্কনি। অদুনদি মসি ঐ য়ারগে। অসি খন্দুনা মানা নুপাদুদা হায়রম্মী- অদোম্মা ইচা নুপা পাম্বদগী ঐঙোন্দা ইচানুপা পোক্লনবা মন্ত্র হংবা লাকপিরে। ঐনা য়াম্মা ৱানা মাইবদুগী মনাক্তা চংলগা ঐবু ইচানুপা পোকহনবিবগুম মরুপ অসিগী মচাসু পোকহনবিয়ু হায়জগদৌরিবনি। মসিদা ঐগী অৱামন ফংবা নত্তনা নুপা পোকপা ঙমদ্রগা ঐবু করি দন্দি ফংফম থোকপগে'?

চাউবম্মী ৱা তাবদা চাউভন শাওনিংবা অমা পোক্লম্মী। অদুবু মানা অশাওবা পুম্নমক ফাথরগা হায়রম্মী- অদোম্মা ঙসায় ঐঙোন্দা মাইবা অহেবা শাদুনা 'অরায়বা ৱানি ঐ মদু ঙম্নবা তৌজগে' হায়খিবদায় অদুগা শিমসু হায়খি- 'নিপা পোক্কে ইনিং, নুপী পোক্কে ইনিং' হায়খিবদায়, নুপী পোক্লবদি অদোম করিগী দন্দি ফংলোয়দৌরিবনো? ইচানুপী মঙা লৈবগী মথক্তা অমুক্কা ইচানুপী অমা পোকহল্লবদি মাইবা শাবা নিপা অদু ঐগীদা চহি অমত্তং মীনায় ওইবা করি কায়? ঐনা ধারা মুংকে তৌবদগী কনবিনবনি। শেলগী ৱাদি খনবিরুনু অদোম্মা পাম্বা শেল লৌবিয়ু। অসি হায়রগা চাউভন্না ফুরিংখাউদগী লুপা লিশিং ৫ লৌথোক্লগা চাউবদা পিরগা 'অসি পায়শিল্লগা ঐ কৈদৌঙে ঐগী নুপীগা লোয়ননা লাকচৌগে হায়বিরো'।

চাউবা লেগ্ল লেগ্ল বাখল খর মাংবগুম তৌরম্মী। মখোঞ্জেল খরা ফায়রম্মী অদুগা মশা খর নিকপগুম তৌরম্মী। মখুৎ অনি অদু নিক্লি নিক্লি তৌদুনা তিংখোরক্লগা শেল অদু লৌশিল্লম্মী অদুগা হায়রম্মী - 'ঙসিদগী থাখায়মুক লৈরগা লাকপিয়ু'।

ঝা অদু তাবদা চাউভন্না হায়রম্মী- ঐদি থবক য়াম্না চিনবা মীনি। অদোম্না হায়বা তারিখ, নুমিৎ, পুং অদুদা ঐ য়ৌজরক্কে। হয়েং লাকপিয়ু, হংচিং লাকপিয়ু, নুমিৎ ১০ নিরোম লৈরগা লকপিয়ু হায়বা ঐ য়াজ্জদে ঝারৌবিনু। অশেংবা অদুতা পিবিয়ু। থা অমা ঙায়য়ু হায়বসু য়াই। নুমিৎ, তারিখ, পুংদা শোয়বিদ্রগা লোয়রে।

চাউবনা চাউভন্দা খোঞ্জেন নিক্লপ তৌরগা লাক্লিবা মার্চ থাগী তাং ১৭, ১৯৭৭কী অয়ুক্কী পুং তরা তাবদা উনসি হায়রে। চৎলমদাইদা চাউভন্না চাউবদা য়েংলগা 'ঐনা হায়খিবা কন্দিশনশিং কাউগনু, নখোয় মাইবা অনি ওইরবসু অহুম ওইরবসু তান্নরগা ঙম্নবা তৌবিয়ু।

চাউবা লৈহৌরে। চাউভন্না গাড়ি কাখৎলমদাইদা রিভোলবর রাউন্দ অমা ব্লেঙ্ক ফয়ার তৌরম্মী।

চাউবা য়াম্না কিরম্মী। হৌজিক্কি নোংমৈ অদু মঙোন্দা কাপ্পা ওইনা লৌরম্মী। মা মশাগী কদায়দা নোংমৈ মরুনা পাল্লবগে য়েংজরম্মী। মাগী মশাদা নোংমৈ পাল্লমদ্রে অদুগা চাউভনসু মশক উখিদ্রে। কোকচাউবি কারম্বা অদু খর খর হুম্বুরক্লবা কান্দা মানা খল্লম্মী - নিপা অসি য়াম্না অচৌ- অশাং নত্রগা শেল পায়বা মী ওইরম্বা তাই। করিগুম্বা নিপা পোকত্রবদি মাগী চহি অমা মীনায় ওইবা তাই। মীনায় ওইবদা য়াদ্রবদি হাংকনি অসিনি।

ঐ পঙ্থবা য়াদ্রে। চাকচা হেক তোকপগা ঐ অখণ্ড- অহৈশিং লিবা চৎলগে। মাগী অসি ধারা মুত্তনবা তৌজবনি। ঐ অখণ্ড - অহৈ শাদোকখ্রবনিনা ঙম্নবা হোৎনবা তাই। মীতৈ লৈবাক চাউই। মীনা হায়নবা ঝাবু লৈরমদবা হৌনব্রা? ঙসিদগী ঐ মাইবা ফংদ্রিফাওবা থিরুরগে।

ওজা অভিরাম্ন পাঞ্জি তৌবা কুঠি ইবা গনিত্ত ফল পুথোকপা নিশানি। মচা নুপাঙাক্তা ৭ পোকই। মীনা মহাক নুপা পোকহনবা নত্রগা নুপি পোকহনবা ঙম্মি হায়নে। চাউবনা অভিরাম উনরগা ৱারি তৌরম্মী- ওজা শেলগীদি করিমত্তা চিংনবিগনু। নুপাবু পোক্রবদি ঐথোয়না পাম্বা শেল শোয়দনা ফংগনি।

ওজা অভিরাম্না খজিত্তং নোক্লগা চাউবা য়েংদুনা নুপা লিশিং ৪০-৫০ পিরবদি ঙম্মি হায়দুনু হায়রম্মী।

চাউবা- 'নুপা লাক্ক অমরা, অনিরা, মঙারা ওজানা পাম্বা শেল অদু হেক্তা লৌবিবা য়াগনি। নুপা লিশিংগী ৱা নত্তে, লাক্ক- লাক্কী ৱানি। থারা মুত্তনবনি হায়জগ্রে। করিগুম্বা নুপি পোক্রবদি চহি অমা মাগী মীনায় ওইবা অসিনিকো। মসিদা ওজানা অমুক্তং তিন য়োংথবিরগা ঐঙোন্দা হয়েং হায়বিয়ু, হয়েংসু লাকচগে। ঙসি 'ঙম্মি' হায়না হেক্তা হায়বিগনু। ঐ ঙসিদি চৎচন্নগে। হয়েং লাকচগে'।

অভিরাম- ঙায়খো ঙায়খো, করিগুম্বা নুপা পোক্রবদি ঐথোয়দা অদুক য়াম্বা শেল মানা পিথোক্লিংলোইদা।

চাউবা- উকিল অমনা শাক্ষি ওইহল্লদবনি। মদুগীদমক ৱাবিগনু। ঐ চৎচনা য়াগ্রেখো।

ওজা অভিরাম্না মচা নিপা ঙাক্তা পোক্লিংদুনা পোকখিবা নত্তে। অঙাং উনবদা নিপা ওইরকপদগী মাগী নুপী থেংনাং কয়ারক কপল্লবনি। মতম অদুদা নিপা পোকপসে শাগে জাং চাউবা, খুৎকন পাঙনবা ইমুংনি হায়দুনা ব্যাবহার তৌনরম্মী। মনিপুরদা চাউখৎপগী মঙাল ফংবা ৱাংপনা খৎন-চৈনবা, ফুনবা, মিচং-মীথায় নায়নবা মতম অমা ওইরম্মী। হৌজিক্তি মখোয় পুম্নমক খৎন-চৈনবগী মতম লৈত্রবদা, লাইরিক হৈবগী মতম ওইরকপদদি খৎন-চৈনবা পাম্নশিং অদু লোয়না অরেম্বা তারে। ওজা অভিরামগী মচাশিংসু অরেম্বা তারম্মী।

ওজা অভিরামগীদা ইচানুপা পোক্লবা লাইখুরুম্বিমু, ইচা নুপী পোক্লবা লাই খুরুম্বিমু, চংগদবা পোৎচং হায়বিরো ঐখোয় খোঁরাং তৌজরগে হায়বা নুপা নুপী কয়া লাকখি। মহাক্না চংগদবা পোৎ-চৈ চেদা নুমিৎ থা-গা কোয়না ইখিরম্মী। মহাক মশামক্না লাইখুরুম্বসু য়াউখি। অদুবু লোয়নমক মানা মানা পাম্বশিং অদু ওইখিদে। অদুগা নুপা পোক্লবা খুরুম্বদা নুপী পোক্লকপদা করিসু হায়নখিবা লৈতে 'ঐগীদি খুরুম্বিরে নদাও য়াদদনা নুপী পোকচবনি' হায়রগা অদুম তোক্লরম্মী।

অদুবু হন্দক্কিসিদি অদু নত্তে। নুপা পোক্লগা শেল য়াম্না ফংবা, নুপী পোক্লগা মীনায় ওইবা অসিনি। থার মুত্তনবনি হায়রি। নুপী ঙাক্তা মঙা লৈরবনি। মখোয়বু লুহোংবদা বড় বার্ত্তন তৌবিনবা মৌপ্পা অমা দরকার লৈ। নিংঙোল চাক্কৌবিনবা মবুং মৌপ্পা লৈত্রবদি কনানা মখোয়বু চাক্কৌবিনি। মমা মপানা অহল মতম ওইশিল্লক্লগা হেক হকথেংননা সেবা তৌবিগদবসি কনানো? অদুনা হন্দক্কিসিদি নরায়বক্কিনি হায়বা য়ারোই মরি তৎতনবনি। চৎলমদাইদা নুপা অদুনা নোংমৈ পুখোরক্লগা ব্রেক ফয়ার তৌরম্মী হায়রি। অদুগী অর্থনা করিনো? অচুম্বা তৌদ্রবদি হাৎকনি হায়বনি। অদুননি চাউবনা ঐঙোন্দা মুন্না খঙ্গনবা মতম পিরিবসি। ঐনা ঙম্মি হায়বা বা অদু মানা লৌদ্রি। করিগুম্বা নুপী পোক্লবদি মাসু শিনি, ঐসু শিগনি হায়বনি। অদুনদি পুক্তা লৈবা, পুক্তা শাবা পোৎপু ঐনা শেমদোকপা য়াবা নত্তে। ঐ ঙম্লোয় হায়হৌবনা ফরে। ঈশ্বরনা তম্বনি মীনা তম্বা ঙম্বা নত্তে। শেল পাম্মনবদগী থবায় মাংদনা তোক্কনি। মচা নুপা অমা ফংজনবগীদমক শেলয়াম অদু পাম্মুদবমখৈ থিরি। মসিদি কিগদবনি।

মথংগী নুমিত্তা চাউবা উবদা ওজা অভিরাম্না হায়রম্মী- ইবুংঙো চাউবা, ঐনা ইমুং অদুগী নুপা নুপীগী নক্ষত্র লগন য়েংলগা লাই খুরুমগদবনিকো। অদুবু হন্দক থা অসি ঐ দথা লানফম লৈ। অদুনা মত্তিক্লবগী [illegible] অসি ওজাদি কয়া পামজদ্রে। মহাক অদুনা করিগুম্বা নুপা পোক্লবা লাই খুরুম্বিমু

হায়রবদি ইমুং অদুগী নুপা নুপিগী কুঠি পুথিরকউ। অদুওায়রে ঐনা হায়জগদবা হায়রবনু।

অভিরামনগী ব্রা তাবদা চাউবা মাইথোং মকশিল্লম্মী। 'অরেং তরা থোক্লা খল্লগা হায়বিরবনিকো ওজা, মীমীদি ওম্মী হায়না আজবি। মসিদংগী ওম্বিরবদি লুপা লাক্ষ ৫ ফংগদবা অদুদগী বৃন্দাবন হনগৎ-হন্দা লেপ্পা পুথিগদবা ইস! মীসে লাপলিঙেদা লাই ওইনা তাই। নকশল্লক্লগা মীচম ঐগুম্বা, ঐঙোন্দগী খর শিংবদমক ওইরম্মী। ওজাগী ব্রাসি ওম্বিরোই হায়বনিকো। অদুদি ননায় ঐ চৎচরগে'।

চৎলগে হায়রগা মহাক ওজা অভিরামনগী মুমদগী থোরক্লম্মী। মহাক্লা খল্লম্মী-মীনদি ওজা অভিরাম য়াম্না হৈবনি, য়াম্না ওম্বনি হায়। কদায়দা হৈবা, কদায়দা ওম্বা মচিন থিবা ওাক্তা ওইরম্লে। অওাং ইচাশিংনা লাইরিক পাবদা য়াওবা 'মিংনা উবনা অশেংবনি, নানা তাবনা শেংদবনি' হায়বদো চুমখ্রেদা।

মথংগী নুমিত্তা চাউবনা চাকওন চারগা একাগাড়ি অদু হন্নাগাড়ি মথক্তা হাপকৎলগা অরাপ্পা লম অমা পাংনা চৎলম্মী। মানা য়োনিংবা খুল অদু য়ৌরগা গাড়িগা কোন্ননা কুমথরম্মী। মহাক্লা খুলগী মীশিংদা মাইবা লৈত্রা হংলম্মী অদুগা মাইবদুনা করি করি ওম্বগে হংলম্মী। অওাং পোকহনবা ওম্লি হায়বা মাইবা অনি থেংনরম্মী। নুপা পোক্লবদি লাক্ষ ৫ পিনি, নুপী পোক্লবদি চহি অমা মীনায় ওইগদবনি হায়বদগী 'ঐ তম্লি, ঐ ওম্মরোই' হায়রক্লম্মী। খং-হৈবদি নত্তবা শেলদি য়াম্না পাম্বা মী অনিদু উনবদা চাউবগী নোংমগী থবক ওইরম্মী।

মাইকৈ অমদা, অদুদগী মাইকৈ অমদা, অদুদগী লম লাপ্লা, অদুদগী হেন্ন লাপ্লা চৎতুনা চাউবনা লৈতবা পোং থিরম্মী।

নোংম-নোংমা হৌথিবনা নুমিৎ মশিং শুরে। হয়েংনি মার্চকী তাং ১৭-৭৭ মীওইবগী খুৎশেম নত্তে, লাই-তিন খুরুম্বনা য়াদে। নুপী অঙাংদা পংহায় হায়র্জিনবা ওইরে। তিনপ্রোক চাবা য়োংগী লুথাক শিজয়গা অঙাং মশা কৈ হায়বদুনি। মসিগুম্বা থাজবদগী ঐ মাংজয়েদো। ঐ কদায়দা লোৎকনি।

-ঃ(০)ঃ-

# মমৌ তিন্নবা য়াদবা মনেম

নুপী অহল অমগী মমৌ মরি লৈরম্মী। ঐনা (দোরেন) অহল অসিগী মচানুপা অতোপ্পা বিরেনগা তিন্নে। ঐনা অহল অসিদা ইমাচৌ কৌরম্মী। লৈখিদবা চহি ৪০ শুখ্রে।

মহাক্কী মমৌ মবি লৈরবা মতুংদা ইপথৌ লৈখিদ্রে। মতম অদুগী মীতে ঐখোয় অয়াম্বগী শিনফমদি লৌ উবা ওইরম্মী। অদুবু মখোয় ইমুংগী ইয়াম্বশিংদি লৌ উদুনা চাবা পাল্লমদে। তাথন্না চেং লল্লোনবা, অনিনা ওজা ওইবা, অমনা দুকান ফম্বা অদুগা অতোনবনা কোলেজ তন্নি। শম্না হায়রবদা মখোয় লোয়না চাবা থকপা ব্বাত্তবা ইমুং ওইরম্মী।

মহৌশাদগী হৌনা, মৌ হেক লাকভেদগী ইমাচৌনা কোচি থাংদুনা ব্বা ঙাংবা হেক হেক তৌরম্মী। মাগা লৈমিন্ননিংদবদগী মৌ লাকপা কুইদ্রিভেদা তোঙান চানখিবা ঙাক্তনি। মাগী মৌদা কোচি-কোরোং তৌদুনা ঙাং শকপা অদু ইপথৌ লৈত্রগা ফগদবোয় খল্লম্মী। ইপথৌ লৈত্রগা হেল্লম্মী। মমৌশিংনা মাবু নুংশি হায়বা অমত্তা য়াউরমদে।

ইপথৌগা ইমাচৌগগী লৌ পবি ৪মুক লৈ। ইপথৌ লৈরিভেদগী তোঙান চাখিবা মচা অহুমদা লৌ পিবা, ফৌ পিবা অমত্তা তৌরমদে। হৌজিক মচা অমসু তোঙান চাখ্রে। ইমাচৌ মচা অতোনবগা চামিন্নরম্মী।

লৈকাইদা গৌরহরি কৌবা বৃন্দাবনগী মরমদা য়াম্না খংবা খ্বায়না বৃন্দবন লল্লোনবা হায়রগা খংনবা নিপা অসিনা ইমাচৌবুসু বৃন্দাবন চংননবা হৌরম্মী। ইমাচৌনা বৃন্দাবন চংনিংবগা মপা চানরম্মী। ইমাচৌ হরাউ হরাউ য়ারম্মী।

ইপথৌ হিংলিভেদগী বেঙ্কতা শেল থল্লম্মী। ইপথৌ লৈত্রবা তুংদা বেঙ্ক একাউন্ট অদু ইমাচৌগী মিংদা ওল্লম্মী। হৌজিক ইমাচৌগী

একাউন্টতা লুপা লাক অমগা লিশিং ৪৮পা শৈশা খরগা লৈরম্মী। চহিদা কৌবোং ৪০ মুক হাপ্পি অদুগা ওক্ত্রোবর থাদা অহিংখোক্লগা শেল অদু বেকত হাপচিল্লম্মী। থৌ শংগায় অমগী মমল লুপা ১৫ ওইরম্মী। বৃন্দাবন হনগং হন্দা চংপা অদুগা খরচকা ওয়মক্লা লুপা ৭০০-৮০০ দি পুদবা য়াদে।

ইমাচৌ হয়েং বৃন্দাবন চংকনি হায়রবা তাবদা অয়াঙদা অনকপদা লৈবা মীশিংনা শেল শিকি, অনা, মখায়, লুপা লাইদা কথশিন্নু হায়দুনা পিনরম্মী। মচিন মনাউ মখোয় মরিনা মমাদা লুপা ১০০ পিরম্মী। "হয়েং পাজিগী ফুল পুবা কাউনিকো" মচা অহনবা মমাদা নিংশিংলম্মী।

ইমাচৌ অমুক্তম্মী চাকজন চাদুনা বৃন্দান্দ চংপগী গাড়ি খুলগী মতায়দা লৈবা সড়ক অচৌবগী মপান্দা ঐসু য়াওনা ঙায়রম্মী। গাড়ি অদু মী থন্না য়াওরগা লাকখি। ঐনা গাড়িদা কাখৎলগা মী মশিং থিবদা ৫২ লৈরম্মী। সিং ৪৩গী কেপাসিতিনি। গাড়ি মনুংগী ময়ায়গী অহাংবা খজিঙং লৈবদুসু মোয়া থায়গা ফম্বা য়াওরম্মী। অতোংবশিংগী মখোঙ তিংখোকফম লৈরমদে।

চংখিবা নুমিত্তগী নুমিং ২৩ শুবদা গাড়ি অদু সড়ক অচৌবগী মপান্দা খামদুনা হেন্দিমেয়া ঐখোয়বু কৌথোক্লরে। ঐখোয় ময়াম চেহোরক্রে। ইমাচৌ হবাগাড়িদগী কুমথবা মকোক ঙাওবি হায়দুনা বিরেনগা ঐগনা শন্নগা থাংথরক্রে। মতম অদুদদি গাড়িদা অহল নুপা অনিগা নুপী অনিগা ফন্নম্মী। মখোয় মখোয়গী শেনগাউ অচোনবদগী লৌথোরকপা শেল মশিং খিনরম্মী।

হেন্দিমেনগা ড্রাইভরগনা সড়ক নলা মপান্দা ফন্নগা চুরুপ অমমম থকুম্মী। অঙাং ময়ায়া লাংলি, ঐগী কদায়, ঐগী লৈরকপ্রা, ঐগীদি। ঐনা মখোয়দা চৈহংলম্মী অদুগা চৈ অমা পায়দুনা য়ুমদা তানশিল্লম্মী।

ইমাচৌদি নুমিং ৪-৫নি লৈরগা শিরগদবা মায়া উরম্মী। ঐনা "ইমাচৌ মায়া বাবা মাগ্নি, ঐ পোগে" হায়রম্মী। মানা "ঐ শিরে ইবুংতো পোয়ো পোয়ো"। ঐনা শিরোই, ময়াং মনম নম্বা পোং চাবা হজোয়কপী চান্দদুনা ঔবনি। চেংপাকা চিনিগা চানবা পুখিবদায়?

"লোয়েন চন্দন, ঐ লেংগাক পাম্বনু, ঐ নিংথৌরে, অইংবা চাকপু মরম বন্নু"।

"মেরন খঙ্গিদ" ঐনা হুরম্মী।

ইমাচৌনী চকপাউতল নগরে। মদা অসের মিরোম হুকোক পাটির পেকেট অমা লৈরগা অইংবা ইংলিং গ্লাস অমদা চমচ ৪-৫ হাপ্লগা পিখ্রম্মী। মতমদা ঐনা হায়রি- তপ্প- তপ্প চিংবিনু। অদুগনা তপ্প চিংলম্মী অদুগী তুংতা খুৎচিনরে অদুবু হায়রকপি- "অদুক শেরকঙ"।

মখংগী নুমিত্তা ইমাচৌনা লোইহনু ঐনা মিরেলগা অমুরক মইংবা অমা কৌদুনা লেংহল্লম্মী। মইংবা অদুনা ইমাচৌনা লাইরেং মতোন অমুক অহৌদা মন্ত্র লোইরগা অমুক নুংখিল অদুগা নুমিৎকো পিজরম্মী। মদা অতোপ্পা ঐগী মরুপ মিরোম হুকোক পাটির অমত্তুক লৈদুনা তোম্না পিখ্রম্মী। হন্না ওবা নুমিত্তা চাক থরা চারে। ১০নি ওবা নুমিত্তগী চক্কুক কানা চাবা ওত্রে। ইমাচৌ করে।

"ইমাচৌনা হৌদক বৃন্দাবন চৎলুবা অসিনা ইমাচৌদা অস্থেতবা অমা লৈখনি" ঐনা খল্লম্মী "ইমাচৌ মতৌ মিংগী তিরবা য়ারনি। উরেতৌনা মতুক মচিন পানবা কিটনি মানবা পাত্র অমদা গঙ্গা জল পুল্লকনি, চন্দনসু য়াওরকনি। লৈকাইদা কোন অমমম গঙ্গাজল হৈনবা পুরকউ হায়দুনা পাউ চেন্নম্মী। ইমুং কয়ানা গঙ্গাজলগা চন্দনগা লৌননি।

ইমাচৌনা রাধা কুণ্ড, শ্যামকুণ্ড, বৃন্দাবন, হৃষিকেশ, হরিদ্বার, কুরুক্ষেত্র অসিনচিংবা ময়ামগী মরমদা ঐখোয়গী বারি কয়া শিখিরম্মী। "কজরেদা, নিংখিজরেদা রাধাকুণ্ড, শ্যামকুণ্ড হায়বদো। ইকুরো ইকেন্বা অনিনা মর্ত্যদা তাইহকপী ওইরগা লিনা পাম্বকনি" ইমাচৌনা বারি নিকদা হেক হেক হায়রি।

থবক মনা অমত্তা শুদবমখে মহৌশাদি মচা মমৌ চৈবদা ওইরম্বনি। হৌজিক্তি লঙ্গী চৎপা মী কৌশিল্লগা মানা বৃন্দাবন্দ চৎপগী য়ারি তৌবনা মাগী মখৌ ওইরম্মী।

"নখোয়দি গুহ্য মনুংদা লৈবা হৌওয়গুম্বনি" "ইমাচৌনা ইতৎ তত্তনা হায় "ঐদি জিলা ১২গী ঈশিং থক্লবনি"।

ইংখোলদা শা-ষন চংলকপদদি লমশাগা হায়দুনা অচৌবা য়াকোক্লা কল্লি। করিগুম্বদা ষনদা থাংজৌ মচানা লংবা উখ্রে। ইপস্থৌ লৈরিওৈদগী হৌদোংদা চেগপ্না হেক-হেক কল্লি।

অঙাংশিং মশুশিংদা কবোক-হৈরোক পিজরগা বৃন্দাবন্দ চৎলুবগী নুংঙায় নুংঙায়রবা য়ারি তল্লম্মী। অয়াবগী য়ারিদি ঐখোয়দা তমদবগুম অঙাংশিংদসু তল্লমদে। "কুরুক্ষেত্রদা অচৌবা পুখ্রি অমা লৈ। পুখ্রি অদুদা চাউর-চাউরবা ঙা কয়া বৃন্দাবন্দা লাকপা মীশিংনা চেং, হয়ায়, কবোক পিজদুনা মখোয়গী মতৌ য়েংঙি। মখোয়না লৈরায় ময়াদা লৈরগা জগোয় শায়, মদুদা ঐখোয়না নুংশিদুনা চেং য়াল্লগা পুখ্রিদুদা চায়শিল্লি'। অসিগুম্বা কয়ানি মানা লিরিবা।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা ঐনা মরুপ বিরেন উনবা মখোয়দা চৎলম্মী। ইমাচৌনা ঐ উবদা কৌশিল্লকই "লাউনে দোরেন, নংগীদমক ঐনা কিসমীস থল্লি"।

"চানিংদে ইমাচৌ" ঐনা খুমখি।

"করিগী চানিংদ্রিবা" মানা হংলকখি।

"ইমাচৌ ঈশ্বরনা হায়বদি অমগা অমগা নুংশিনৌ। নুংশিনবতনা পৃথীবি অসি কায়রোইদবনি। নুংবু নুংশিনদ্রবদি ইমুং কায়নি, পৃথিবি কায়নি। ইমাচৌনা বৃন্দাবন্দ চৎলুবগী ইমুং অসিদা করি অহোংবা লৈরবগে করিমত্তা অহোংবা লৈতে। শা-ষনদা য়োখোক্লা থোক্লি। হুইদা চৈনা লঙলি। হৌদোংদা চেগপ্না তোয়না কল্লি। মীচে লাকচে ফজদে। খোন্দা থীবা ওইরি। হৌজিক

হৌজিক মৌ ময়রি নৈ। মৌ মরিমক ইমাচৌগা খৎনৈ। অনিগা খৎনরবসু অনিগা চান্নৌ। অহুমগা খৎনরবসু অমদি চানৌদনা। অদুসু নত্তে, ইমাচৌদি লোয়নমক তিন্নবা য়াদে, খৎনথোকই। ইমাচৌদি তোঙানবা মী অমনি।

"হায় চন্দাল, মখোয় ফত্তবা অপঙবশিংসে ঐগা করম্না লৈমিন্নদৌরিনো"?

ইমাচৌগী য়ুমদা নুংশিদুনা তোঙান তোঙানবা লমদগী নমৌ ওইহিন্নু হায়না লাকচরি। মখোয়দি য়াম্না পুকচেল চাউরি। অমগা অমগা থকসি-খাসি নায়না চৎনৈ। মখোয়দি বৃন্দাবন্দ চত্তে। অদুবু ঈশ্বরনদি ইমাচৌবুদি মখোয়দনা হেন্না থৌজানবিখ্রে। মদুগী প্রমান্দি-

মখোয়দনা নোংমা নোংমগী নুংশিনবা হেল্লকই। অদুগা মখোয়খে পুল্লগা নোক-খেদুনা ৱারি শাবা তারগা ইমাচৌনা খোয়রাং খোয়শাউরি।

নচা অতোনবসু নুপী অমা পুশিল্লক্লে। অনৌবী অদু লাক্লবসু ইমাচৌ নতোমত্তমক চাক ঈশিং থোংলগা চাজখিগদ্রা?

ইচা ইশুনা সেবা তৌদুনা নুংঙাইনা হিংবা য়াবা অহল অমা মবুক ফত্তবদগী কয়া ৱানা হিংলিবা!

-ঃ(০)ঃ-

# নহাক ঐখোয়গী ঈশ্বরনি

গোপালগা চাউবীগা মখোয় অনি লুহোঙলবা মতুং চহি মঙারোম লৈরগা মচানিপা অমা ফংলম্মী। অঙাং অদুগী মমিং লাইঙম থোল্লম্মী। অঙাং মখা তানা পোকথরক্কবা অদুদা গোপালগা চাউবীগা মথক্বায় নুংঙাইরমদে। অঙাং অনি অহুম শুবা পাল্লম্বদগী মখোয়না অখণ্ড-অহৈ মাইবা তান্নদুনা লায়েংলম্মী। অদুবু করিমত্তা কান্নরমদে।

নোংমা গোপালনা চাউবীদা "ঐখোয়গী লৈরিবা ইচা লাইঙম অসিদং ফজনা শেম্বীবা ঙম্মবা হোৎনসি" হায়রম্মী অদুগা ব্বা মখা তাবম্মী। 'অমুক মাইবা মাইবী তৌদনা অতোপ্পা অঙাংগী খল্লগুমসি'। অঙাং য়াম্না পোক্লগা অঙাংশিং পিজনবা লৈতদুনা ব্বানরিবা ময়াম অসি তাদা থোইমু, তাদা অঙৌ ঐখোয় ইনাকমক্তদা নুংত্তিগী উরি। অঙাং অমতং পোকপা তাদা চাউতোন অদুগা তাথন থোইঙৌ শেল পায়রেদনা, লৌ-শিং লৈশিল্লদনা, ব্বাজাউ ঙাংলদনা লৈবা অসুম্না ঐখোয়সু তৌসি। অহল-লমন্না হায়নৈ 'লাইনা মচা ওইনা পিরে, লল ওইনা পিদ্রে'। হায়বদি চয়াম পোকপশিং অসি মচা ময়াম হোৎনরিঙৈদা থবক তৌবা ঙমদবা, চাউরগসু মহৈ-মশিং তম্বীবা হায়বনে থবক তৌহনবা হায়বনে, য়াম্না ব্বানৈ। অহলশিংনা অসিমসু হায়নৈ-'মাদি লাইনা মচা পিদ্রে, লল ওইনা পিরে'। মমা মপানা ব্বানা তানবা শেল, থিরুবা অচাপোৎ অদু চাবিনবা মচা য়ামদ্রবনিনা নোংম-নোংমগী শেল নত্রগা মরু-মরাং হেন্না পৈশিল্লক্তুনা নুংঙায়বা ওইরকপনা অয়াম্বনি। অদুনা চাবা ফংদদুনা ব্বানা লৈদে শরুকপুদি, ঐখোয় খিত্তমক লৈরগা, নাদ-য়েক্তনা নুংঙায়না লৈনবা হোৎনসি। অমদগী হেন্না পাল্লবদগী মাইবা, মাইবীগী ব্বা থাদোক্লো ঐসু তোক্লগে হায়রম্মী।

মতম অদুগী অঙাংশিংদ শাজবনা মখোয়গী মখৌ ওইরম্মী। চহি ৭-৮ মুক শুরক্কগা পুং ঈশৈ তম্বা চৎনরম্মী। মৌয়গিলা, মমশেনবা লিলা তম্বা চৎনরম্মী। লাইহরিক-লাইশুগী মাখল তৌবা ইমুং মশিং য়াম্রমদে। মুংজিগী মমান্নবশিংনা পুং ঈশৈ তম্বদা লাইঙমসু হেক হেক পুবিরম্মী। নোংমদি পুং তম্বীবা ওজানা পুং য়াউরক্তবগী লাইঙমবু মুবিরম্মী। মথংগী নুমিত্তগী লাইঙম পুং তম্বা চৎখিদ্রে।

নুমিৎ খরনি লৈরগা মপানা মাগী 'মপী লাইহরিক' কৌবা লাইহরিক অমা, স্নেব অমা কাংগ্র খরগা লৈবিরম্মী। মথংগী নুমিত্তগী মমানা মহাকপু মুলগী হেড পন্দিটতা শিন্নরম্মী।

মহাক্না মুল কাবা মতুং খর লৈরগা মনিপুরদা জপান্না বোম থাদরম্মী। খর লৈরগা অঙৌবা সাহেবশিংনা পিক থন্না লাক্রম্মী। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী অবাবা শরুক মনিপুরদসু থুংলম্মী। গোপালগা চাউবীগসু লাইঙম পুদুনা চীংনা পুমকোই কোইশিনবা থৌবাল তুরেল মপান্দা অবা খুল অমদা লাঞ্জেল্লম্মী।

গোপালনা নুপীগা অঙাংগা লবায়দা থম্লুরগা মহাক্না ইম্ফালদা অদুম্মক লৈরম্মী। গোপালনা মাগী মরুপ অহমগা লোয়ননা ঠিকা তৌমিন্নরম্মী। মখোয়না এরোড্রোম শেম্বা, লম্বী শেম্বা, ব্রিটিশ রেসিডেন্স শাবনচিংবা তৌদুনা শেল তাল্লম্মী। মহাক্না খুল অদুগী অকোয়বদা খুঞ্জাশিংদগী লৌ পরি ১৫ চহি অনিগী মনুংদা লৈশিল্লম্মী। লৌশিং অদু তোমাল কৌবা মাগী মরুপ অমনা পান্নরম্মী। গোপালগী ফৌ পুম্নমক তোমালগীদা কারম্মী। তোমালোনা ফৌশিং অদু ইম্ফালগী রাইচ মিলদা চহি খুদিংগী কৌবোৎ ১৬০ বু মন গাড়ি ১০না অনিরক থোক্না চিংলম্মী।

অমনা খুঙ্গংদা পোকপা লাইহরিক হৈজদবা তোমালোগা ইম্ফালদা পোকপা মহৈ মশিং খর মখৈ হৈহ্লৌবা গোপালগা য়াম্না নুংশিনা তিন্নরম্মী। মরম অদুনবু গোপালনা মাগী নুপীগা অঙাংগা লান্দা মাগী য়ুমদা থৈরিবনি

অমসুং লৌ পামবা য়াননরিবনি। মসি পুম্নমক গোপালনা খংবগী মতিক তোমাজসু অরাংপা লৈরমদে। চহি খুদিংগী গোপালনা তোমালদগী লৌ পরি ৪গী লৌশাল লৌবিরমদে।

লান লোয়ব্রে। মীশিংনা মাগী মাগী ময়ুমদা হন্নব্রে। খরনা অদুম্মক ইংখোল লৈরগা লৈনহৌরে। গোপালসু লাল লোয়রবনিনা নুপী অঙাং লৌবা লাক্রম্মী।

ইং ১৯৭১ দা ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা গোপাল লৈখিদ্রে। গোপাল লৈতবগী মথংগী নুমিত্তা গৌহাটিদা লৈবা লাইওমনা য়ুমদা থোরক্লম্মী। মথংগী খুমিংকী নুমিদাংবাইদা মমানা মঙোন্দা হায়রম্মী - ইমাগী ইবুংঙো ঐ বা হায়গে- নং অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয় লবাইদা লাঞ্জেনবদো নং নিংশিংলিব্রা? মকম অদুদা ঐখোয়গী লৌ পরি ১৫ লৈ। লৈখিদ্রবা নপা ইবুংঙোনা মীগী মমিং চাউনি হায়দুনা ঐখোয়গী ফৌ কৈ শাদে। ঐখোয়না লাঞ্জেনবদা লৈবা ইমুং, নংনা খুরা কৌবদো নিংশিংলিব্রা? মখোয়দা কৈ অনি শাদুনা থম্মি। ঐখোয়গী লৌ অদু নংগী খুরানা পান্নে। ফৌ লোক্লগা রাইচ মিল খরদা খুরানা ফৌশিং অদু মন মশিং খংনা থনম্মী। মদুগী শেলশিং অদু নপানা লৌশিল্লগা বেঙ্কতা চহি খুদিংগী হেক হেক থমজিল্লি। হৌজিক বাবা লৈখিদ্রে। নং নপানা চংলম্বা থবক অদুদা নখুরাবু অদুম তৌহল্লু। মা অমুক লৈতবা তারবদি খম্ববু হায়নদুনা তৌহনগদবা। নং খম্ববু কাওরব্রা? নবাম্নি লোজ্জানি। মখোয় হৌজিক ফাওবা লাক্সিনদি মখোয় পাউ তাদ্রি। পাউ থুনা পিরম্ফম থোকই। চংলু হয়েং নোংঙানবগা। কার তোংদুনা চংকনু। চীজোন অদুদা হয়ানবা লৈ হায়বনি।

লাইওম্না মমাদা খুন্নম্মী- "ঐ পাউ পিরুগে। খম্বগসু খংনরুগে"।

মমা- নখুরা নন্দোমচা হেক উবদা খুরুম্মু। অদুগা খম্ববুনা হেক উবদা কোনশিল্লু, কাওগনুকো। খম্বদা নত্তনা লবায়গী মী লুনা তৌগাদবনি। মখোয়না শু নোমদুনা চেং, হবাই, মনা-মশিং ঐখোয়না চাবা কংলিহনি।

ইমাগী ইমুংডো ইশকালদা মখোয়শিং অসি থাজকপা ইশকোল মচানা মসি চায়গা হিংশিনবনি। হিরম খুদিংদা ঐখোয়গী পোৎখোক লৈরবদি তিমাপুর লম্বী, মোরে লম্বী খীংগ্রকপু কায়দে। মরম অসিনা মখোয় পুম্নমক ঐখোয়গা নুংশিনগদবনি।

নুমিৎ অদুগী অহিং অদু লাইঙম বায়ো মতুং পুং অমা কাউবা তুরা য়ায়মদে। চহি ২৫গী মমাংদা খোকখিবা খুজংগী মরুপ মপাংশিংগা শায়মিন্নবা, মদুদা নুংঙাইখিবা পুম্নমক মঙোন্দা য়াগী মমিত্তা মথং মথং লাক্লম্মী। খুজং অদুগী খোংদা কুমথরগা শায়মিন্নবা, টীং কাদুনা উহৈ-বাহৈ থিদুনা চামিন্নবা, থৌবাল তুরেল মপান্দা নাহুবী শান্নবা, হিদাক মনা মৈ থাদুনা খোহি লোক্লগা য়াইহৌং মনানা য়োমদুনা মৈদা লৌরগা চামিন্নখিবা, হরা গাড়ি চৎখিবগী ইকুন অদু তান্ন তান্নদুনা মনম নম্বা, কুরাক মন্নাম পায়রকপদা কুরাক তান্নবা, মদুদা তুশিনবা, খেবাংগা, উচেক মচা কয়া হাত্তোকপিবা, অপিকপা ঈশিংগী খোংলমদা লৈখোম তৈনবা, ঐখোয় বাবা লাক্লগা লাল লোয়রে য়ুমদা হল্লসি হায়বদা ঐনা চৎনিংদদুনা লোৎপা, ইমানা ঐবু কোংখাদগী চিংখোরকপা, ঐনা যনগাড়ি কাবদা খক্লনা লেপ্পুনা ঐবু য়েংহৌবা........। মহাক তুল্লম্মী। মমানা অমুক অঙনবদা হৌদোরকখি "নং চৎনবা থৌরাং তৌরো"। অঙাং অনি লৈবনি অচাপোৎ ঐনা লৈবিরে নংনা পুবিখিগদবনি। চাক চায়গা হল্লকউ। ইংনা নুমিদাংবায়দা সিদা থুংলনবা তৌ।

চহি ২৫গী মমাঙদা উখিবা খুজংশিংগী অহোংবা থোইনা লৈরমদে। লম্বী খোঙগী ফত্তবা অদুম্মক উবা ফংলি। সড়ক ময়াদা অদুগা য়ুল্লক খুল্লত্তা হৌবা উ-বাশিং লোয়না য়াম্বুৎনখিবনা খজিত্তং বাংবা লৈতোং অমদা লেপ্লবদি খুলগী য়ুম পুম্নমক উবা ফংলম্মী। অয়াম্বা য়ুমশিং ই-না নক্রগা চরুনা কুপলি।

মঙ্খুলবা খুদৈ অমা শেৎলগা, মঙ্খুলবা খুদৈ অমনা কোয়েৎ য়েৎলগা খম্বা পন্না শিদুনা লৈরম্মী। লাইঙম্না খোজাল থিংলিবা অদু হাংদোকপগী

খোক্লেল তাবদা য়েংখোয়রক্লম্মী। পম্না শিবা তোক্লগা খম্বা হৌগংলক্লম্মী। লাইওম্মা খম্বগী শওং শাদা অদু কাওরমদে। মাগী অঙাং ওইরিঙেগী শওং শাদা হোংদবগুম তৌরম্মী। অদুদগী লাইওম্মা মাগী মনাক্তা চংশিল্লগা খম্ববু কোল্লম্মী। মখোয় অনিগী মিত্তগী পি তানরম্মী।

"নহাক অঙাং অনি শুরে হায়্রনা"?

"নুপামচা অনি লৈরে"।

"অঙাংশিংদি"?

"স্কুল কাখি"।

"অঙাং অনিগী মমাদি"

"চাক ঈশিং হোংনরি"।

"খুরাগা ইন্দোনগদি উদেনা"?

"ঐখোয় বাবাগা ইমাগা লৌবুক্তা কুমখি। কারক্লগনি"। ইমুংগী থোঙ মনাক্তা লৈবা ফক অদু পায়রগা খম্বনা মাঙ্গোল উখোক্তেন ময়াদা থারগা নোকমি নোকমি তৌরগা লাইওমদা ইতাও ফম্মু হায়রম্মী। লাইওম ফক্তা ফমথগে তৌবদা খম্বগী নুপী নন্দিনীনা 'তাদা ঙায়বিখো' হায়রগা খুদে অহনবা অরাংবা অমা লাইওমদা ষি হোংদোক্লবা পিরম্মী। লাইওমসু খুদে অদু পায়নবা মখুৎ তিংখোরক্লগা ইবেম্মা অঙাং অনিগী মমারা হংলম্মী। খম্বদি লাইওম্মা পুরকপা গাড়ি তোংদুনা চংলমদাইদা ঙায়হাক্তা ফম্বিরম্মু, থৌবাল তুরেলগী ঙা হাওবনি, চরা অমত্তা চামিন্নখিসি। নংদি অঙাং ওইরিঙেদা চাখিবনি, মহাও কাওরম্লনি। ঙা শোয়দনা ফংগনি হায়রম্মী।

নন্দিনীনা 'তাদা ঙা য়োনফম য়াম্না নকই থুনা হল্লকনি' হায়রম্মী। লাইওম্মা নন্দিনীদা 'ইবেম্মা নহাক্কী নমিং করি কৌবগে' হংলম্মী। য়াম্না থুনা নন্দিনীনা পাউখুম পিরকখি। ঐগী ইমিং নন্দিনী কৌজে।

লাইওম্মা মপুক্লিং নুংশিনা নন্দিনীদা য্বারি তৌরম্মী-"নন্দিনী ঐখোয অরাপ্পা লম অমদগী লাক্লগা মনিপুরদা লৈরকপনি। মফম অসিদা ঐখোয়গী

শাগে-নাত্তে, ইশা ইন্তোন, ইচল ইচে অমত্তা লৈতে। ওসিক্নগী ইরেন্মা নহাক ঐগী ইচল ওইবিয়ু। ফুম শুদিং চাক্কৌজলে। ইতাওু খল্লদি লোয়রম্না য়ারক্কনি। নংগী নপাম্মা য়ারকওইহ্রা অদুদি থংম্রে। নহাক্কী নপামদা হায়খো-লাক্কদবা নিংঙোল চাক্কৌবা অসিগী নোংমা নিনি য়াংলিঙৈদা ইতাওগা নংগা ঐ গাড়িনা লৌবা লাক্কে"।

অসুম্মা য়ারি তৌনরিঙৈদা খম্বা ঙাগা লোয়ননা হল্লকখি। খম্বনা নন্দিনীদা 'চাক ইনশাং নিংথিনা থোংউ' হায়রগা মখোয় অনি য়ুমগী কা অমদা ফক অহুম থারগা মদুদা হিপথরগা খম্বনা লাইঙমদা হায়রম্মী-ইতাও ঐ নোংমা বাবাগা ইতাওখোয়দা লাক্লম্মী। ঐ কা খুদিং চং চংদুনা নং থিরম্মী। ইমাবোক্না খংদুনা ঐঙোন্দা হায়খি-মাদি, খম্বা, নংগী নতাওদি বি,এ, বি,এল, লোয়ম্লিখে থোরকওই হায়না থোরক্লি। নংদি নতাও উদবদা নুংঙায়রম্মোয়। নখোয় কুইরৈনি উনদবা। হন্দক থোরক্লনি হায়। হেক থোরকপগা ঐ মাবু নখোয়দা লাকহল্লগে। হৌজিক বি,এ, বি,এল, হায়বদো নং লোয়রব্রা? লাইঙম্মা 'ইতাও উচিন নাচিন্না লোয়জম্রে' খুল্লম্মী।

অদুদগী মখোয়না অঙাং ওইরিঙৈগী য়ারি কয়া মথং মথং তৌনরম্মী। খম্বনা অমুক ঙাঙ লাইঙম্মা অমুক ঙাঙ তৌরম্মী। খোই লোকপদা খোইনা চিকখিবা, তুরেল ইরুম্লদা খম্বগী ঙক্তা শিবা লুপা লিক মাংখিবগী য়াখোক, চীংদগী ওম্বুবদা ঙাবোংনা উচুক্তা পনবদগী লোকখাদা তাদবা অসিনচিংবা য়ারি কয়া শান্নরিঙৈদা খম্বগী মমাগা মপাগসু য়ুমদা থুংলরে। লাইঙম্মা মখোয় অনিবু খুরুমজরগা শক তাকচরম্মী। মন্দোমচানা মমিত্তগী পিগী ইরা চেল্লগা লাইঙমদা 'নহাক্তি ঐনা য়ুম্ফালদা লাকপদা অমুক্তসু লৈরমদে, স্কুল কাখি, আদা লৈখি। নং নহে তন্না লোয়রব্রা হংলম্মী। লাইঙম্মা মপি তৈথোক্লগা হায়রম্মী-লোয়জরে ইন্দোমচা অমুক চংলরোই। হৌজিক মফম অসিদা তোয়না লাক্লনি।

অসুম্মা য়ারি তৌনরিঙৈদা অঙাং অনিসু স্কুল কুম্ললম্মী। লাইঙম্মা অঙাং অনিদা পিজনবা পুরকপা অচাপোৎ পিরগম অমমমতা ওইনা কোল্লগা চুপ্লম্মী। "নখোয় ইম্ফালদা লৈরক্সি" অদুগা মখা তারম্মী - পামম্রনে

ইম্ফালদা লৈবা" অমসুং অহানবা "ইম্ফালদা লৈনিংঙৈ অদু থাবলগা ইমাগসু পুসি" হায়রম্মী। অঙাংগী বা অদুদা মখোয় লোইনমক নোক্লম্মী।

মখোয় লোয়নমক কপ্পিন্নদুনা চাক চারবা তুংদা লাইহুম্না লৈরকপা হৈ মহি থকমিন্নরম্মী। লাইহুম্না খুরাগা ইন্দোনগদা য়েংলগা 'খুরা ইন্দোন ঐসু থাবৌবিগনু' ঐনা গৌহাটিদা পরিক্ষা লোয়রগা য়ুমদগী টেলিগ্রাম অমা থাকই। ঐসু পুবা থাবা পোৎ-চৈ থরা পায়রগা ট্রেন তোংদুনা অদুম্মক লাকচরে।

ইমানা ঐঙোন্দা মহৌশা হায়খিবা অমা লৈখি। মীগী অৱা অনা অরিঙৈদা পাউ শিরনু। মীগী থবক মতা য়েংলগা নংগী বা ওাংঙু হায়বদো নিংশিংবদগী লৈতবা য়াউবা ইমুংনা চারোয়দবা ওা চাখি।

ঐনা হেক য়ৌরকপগা ইতাউ খম্বনা খৌবাল তুরেলগী ওা চামিন্নদবা কুইরে হায়দুনা ওা লৈবা চেনখি। মদুবু ঐনা চহি ৩০মুক উনরক্রগা চামিন্নদবা তারবদি করিগীনো হংলক্কনি। চাক মমাংদা লৈতবগী পাউ শিরবদি চাক চাদবা মীসু য়াউরিবনি। অদুনা ঐ হেক হায়দোকচখিদে। ইপা লৈতবগী পাউ চাক চারগা শিরগে খঞ্জখি।

'খুরা ইন্দোন, খম্বা, নন্দিনী, ঐ পুম্নগ কপমিন্নরম্মী। খুরানা দষ ওইদনা' হায়রম্মী।

খুরানা ঐঙোন্দা ওহ্নোকপনিদা মরুপতো। মহাক্কী চে-চাং কনাদা শিন্নরম্মী হায়গে। চেক্কোন অমা ইম্ফালদা থাঙ্গাল (মেম্বরেল) বজারদা অচৌবা দুকান অমা, ডিমাপুরদা অমা, গৌহাটিদা অমা লৈবনি। মফম অসিদা লৌ পরি ১৭ লৈ, ঐনা পান্নরি।

খম্বা-ওসি নহাক লাকপসি অৱাবা নুংঙায়বা অনিমক য়াউই।

লাইহুম-নখোয় লোয়নমকপু লৌরনবা ঐনা গাড়ি অমা থারক্কনি। নন্দিনী মমা মচাসু য়াউহল্লকউ। থবক খরা তৌজসনু।

খম্বা-ইতাউ বা অমত্তা হংজহৌগে। লৈখিদবগীদি ঐখোয় হোৎনমিন্নরনি। অদুবু ইতাউগী থারিদা য়ুমগী মৌগী থারি য়াউদে।

লাইহুম-মৌ ওইবিগদবা অদু ডাক্তরনি। বা পুম্নমক লোয়নজরে। থিরোয় ওায়রৱোই শোয়াৎ লোয়রগা হোৎনবা তৌসি। ঐ য়ৌজরগে ইতাউ অঙাংশিংদা নুংশিনা নানবিরে, খুরা ইন্দোন খুরুম্লগা কায়নরে।

মথংগী নুমিত্তা উকিল রাজেস লাক্লম্মী। মহাক্না লাইঙমদা মপাগী উইল পুন্নমক মঙোন্দা লৈ। উইল অদু রাজেসনা পায়শিন্নবা হায়রম্মী। লাইঙম্না উইল অদু চাউরাক্লা পারগা কর্ম্ম লোয়রগা রাজেসকিদা লাকচগে হায়খি। খম্বগী মপানা মাগী মপাগী প্রোপর্টিগী মরমদা হায়বদুগা উইলগা খেন্নবা করিসু লৈরমদে। মরম অদুনা কর্ম্ম লোয়রগা মানা পায়জগে হায়জবনি।

লুপা লিশিং ৩০ মুক চংনা লাইঙম্না মপাগী শোরাং শোনখি। মী কয়ামরুম অঙাং ময়ামরুম অথুম অহাউ চাবদা মপুক নানখি অদুক চাউবা শোরাং উদ্রি হায়নরম্মী।

মপা ইবুংঙো গোপালগী শোরাং লোয়রবা মতুং থা অনি লৈরগা লাইঙম্না ডাক্তর মাধবীগা লোয়ননা লুহোঙলম্মী।

খম্বনা কার থৌবসু হৈতবনিনা একাগাড়ি তোংদুনা মনিপুরগী কাচিন কোয়া য়ৌনা গোপালগা তিন্নরম্বা, লাইঙমগা তিন্নবা মীদা বার্ত্তন তৌবা, মান্দব খনবা পুন্নমক শিন লাংজরম্মী। নন্দিনীগা মমাগনা ইমুংগী থবক ইনখাংদা ওহাক্তা পোখাবা শংলমদে। মীশিংনা হংঙরবগী চা লোনবা, চাক ঈশিং থোংবা থাকপা তৌদুনা শোরাং মমাংদগী লুহোঙবা মতুং ৫নি চাক্তৌবা ফাউবা লৈরক্লা খম্বগী ইমুং-মনুং ময়ুমদা হনখি।

লুহোংবা মতুং থা অমারোম লৈরগা নোংমা লাইঙম্না খম্বগী য়ুমদা লাক্লম্মী। মানা খুলগী অহল লমন খরা কৌহল্লম্মী। অহলশিং অদু খম্বগী য়ুমদা লাক্লম্মী। লাইঙম্না অহলশিং অদুদা হায়জরম্মী - খুলগী মীশিংনা তুরেল লৈরায় অঙম্বদা ব্রানা কাথোক কাশিন তৌই। মসি কোক্লনথা ঐনা খুলগী ইচিন-ইনাওশিংগী লমদা পুপ্রি অমা তৌজনিংই। মীশিংনা তুরেন্দা শা-উচেক শিরগা থাদনৈ, কোল-লিক চামশিল্লি, অঙাং অমসুং অহলশিংনা অমাং অশোয় চামশিল্লি। ফত্তবনা পিক থন্না লৈরবা তুরেনগী ঈশিং অসিব্রু ঐখোয়না চাক থোংবদা শিজিন্নৈ, ইরুজনৈ অদুগা মহিক্লা ওহেনা ঈশিং অসিমু কালেন্দা পুক থম্না থকচিল্লি। মীওইবা ঐখোয়না নারিবা

অসি মহিক য়াউবা ঈশিং থকপদগী নাবনি হায়বসি খুঙ্গংগী ইচিন-ইনাওশিংনা খংবিব্রি, খংবিয়ু। খংদবা মীদসু তাকপিয়ু। খুলগী ময়ায়দা লৈবা লৈরক অচৌবগী নাকন্দা লৈবা লমহাং অসিদা পুম্প্রি অমা তৌজগে। মদুগী ঈশিং শোক্কংলগা থকপা-চাবা তৌবিয়ু। ইরুজবা, কোল-লিক ফেংবা, ফিসু-ফিজাম্বা তৌবনা তুরেলদগী শোক্কংলগা তৌবিবনসু হেন্না ফনি। অদুগা অহলশিংগী পোত্থাশঙ অমা অদুগা লোয়ননা ইমা ইবেল ৫-৬ কি পোৎ য়োনফম অমসু শাজগে। ঐনা খুল অসিবু নুংশিজে। অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা ঐ খুল অসিদা লাঞ্জেল্লকখি।

খুলগী মশা ফরবা পাখং কয়ানা য়াউশঙগী ফিরোল, খোঙউপ, খোঙগ্রাও লৈনবা পুম্প্রি তৌবা য়াউজগে, শঙ ঐখোয় শাজগে হায়জরম্মী।

লাইঙম্মা হন্দক লুহোঙবা ডাঃ মাধবীগা লোয়ননা কার তোংদুনা খম্বগী য়ুমদা লাক্লম্মী। খুলগী অঙাংশিংনা কার অদু মখুৎনা নান্দুনা শান্নরম্মী। মীয়ায় চল্লবা নুপা নুপী কয়া মখোয়গী মনাক্তা চংশিন্দুনা লৈররি। লৈশাবী কয়ানা লৈপলগী মরুমদা মখোয় অনিবু য়েংলি। লাইঙম্মা কারদগী হৈ মহি পুথোরক্লগা খম্বদা ওন্নশিন্দুনা হৈশিং অদু শিথক্লবা ঈঙ্গিৎ তৌরম্মী। খম্বনা ইঙ্গিৎ অদু খংশিন্নরমদে। খম্বনা- ইতাউ চাক ঈশিং থোংহল্লুরগে হায়বদা লাইঙম্মা চাক চারগা লাক্লবনি হায়রম্মী।

টাটা গাড়ি অচৌবা অমা মফম অদুদা লাক্লগা লাইঙমগী কার উবদগী লেপ্লম্মী। গাড়ি অদুদগী চেক বিলামাটি, য়োং ময়াম চংদুনা লৌথমিন্নরম্মী। চেক্কী মিস্ত্রি ২-৩সু গাড়ি অদুদা য়াওরকখি।

মী কয়ামরুম্মা য়োংপাক পায় পায়দুনা থোক্লরকখি। পুম্প্রি তৌপ্রে। চেক্লা মপান চন্দুনা পুম্প্রিগী লৈমায়দগী হেনগৎহনপ্রে। অমুক মপানগী ঈশিং পুম্প্রিদা তাদনবা তৌপ্রে।

মখাদা চেক চন্দুনা য়োংনা মখোঙ ওইদুনা কৈথেল শঙ মচা অমগা, অহলশিংগী পোত্থাশঙগা নুমিৎ খরনিগী মনুংদা শাবা লোয়শিল্লম্মী।

অহলসু, অঙাংশিংসু, লৈশাবীসু, পাখংসু লোয়নমক লৈবাক লংখৎপা, লৈবাক পুখৎপা য়াওরম্মী।

লাইঙম্না মখোয়দা করম্না মওংদা শেল পিগদগে খন্নিভেদা অহল খরনা মঙোন্দা হায়রম্মী-খুঙ্গংদা পোকপা লায়রবা, লাইরিক হৈত্তবা ঐখোয়গী পুথ্রি তৌবিবা, অহল পোখাকম শেম্বিবা অদুগা কৈথেল শঙ শাবিবা ঐখোয় ইবুংঙোদগী শেল লৌকম থোক্তবনি। ঐখোয় ইবুংঙোদগী শেল লৌবা ইকায়রেদা। খুলগী মী লোয়নমক থবক অসি য়াউরি। ঐখোয়গী থবক ঐখোয়না তৌজবনি খঞ্জরগে।

লাইঙম্না মীয়ামদা হায়রম্মী-অঙাং অহল খায়দনা থবক অসিদা য়াউবিবা পুম্নমক্তা ঐনা নোংমগী লুপা তরা-তরা পিজবা য়াগদ্রা কম্নদৌবগে য়াম্মন্দ্রব্রা হায়রম্মী।

লৌমীশিং, অঙাং, লৈশাবীশিংনা য়ামল্লে য়ামল্লে হায়রম্মী। অদুগা মখোয়না 'ঐখোয়গী থবক শুজবদবু শেল ফংঙি' হায়দুনা নোক্লম্মী।

মতমগী মতুং ইন্না নোং তারম্মী। পুথ্রি, খোংবান, লৌবুক, তুরেল ঈশিংনা পিক থল্লম্মী। মহৌশাদি কৈথেল ফম্বী ইমা-ইবেলশিং নোং চুবকপদা মাগী মাগী ময়ুমদা চংনখিবনি। হৌজিক্তি নোং চুরবসু নিংঙায়দনা অদুম লৈথোক্লরে।

থা কয়া হৌখিদুনা গোপাল লৈখিদবগী ফিরোই য়ৌরক্লম্মী। নোংমা নুংথিল অমা স্কুটর তোংদুনা পাখং মচা অনিনা খম্বগী ইমুংদা 'হয়েং লাইঙমগী গাড়ি লাক্লুনা নখোয় লৌরগনি' হায়রম্মী।

কুমওন ফিরোই লোইখ্রে।

চহি অমরোম লৈরগা খম্বা লেংবা থিনবা তৌই হায়দুনা খুরা লাক্লুনা লাইঙমদা পাউ পিরম্মী। লাইঙমগী অনিশুবা থবায় ওইবা খম্বা নাবগী পাউ হেক ফংবগা মাগী নুপী ডাঃ মাধবী অমসুং ডাঃ লাহিরিগা লোয়ননা অবাগ্না খুঙ্গং অদুদা চৎলম্মী। ডাঃ লাহিরিনা এক্যুইট এপেন্দিসাইটিসনি অদুনা ইম্ফালদা থুনা পুরগা ওপরেসন তৌগদবনি হায়রম্মী। ওপরেসন তৌববা মতুং হোসপিটালদা মহাক নুমিৎ ২১নি লেংদনা লৈহল্লগা দিসচার্জ তৌবম্মী। লাইঙম্না লবায়দদি চৎখিগনু মতম খরা ঐগীদা লৈখো হায়দুনা নন্দিনীগা খম্বগা থা অনি লৈরম্লগা মশা তিক তিক লাউনা ফদুনা মখোয় ময়ুমদা হনখি।

নোংমা এপ্রিল তাং ২৮দা খঙ্গগা নন্দিনীগা ওা অকংবা, ওা অয়াইবা অদুগা ঙসি থোংনবা ওা অতেকপা খরা পুরগা লাইওমগীদা লাক্লম্মী। 'চাক চাখিসি' হায়দুনা মমা হনুবীনা চাকখুমদা চংগ্রে। খানসানা ওা শেমগ্রে। মতম অদুদা কা অমদা মখোয় অহম ফমিন্নরম্মী। লাইওম্না ম্না হৌদোক্লম্মী-ইতাউ, ওপরেসন মতুং চহি অনি থবক শুবিগনু। ইতাউগী করি ব্বাংকে। মীবু থবক শুহল্লু। থবক শুজগে হায়বা মী য়াম্না লৈ। ঐসু মখোয়শিং অসিগী থবক শুহন্নবা থবক থিরিবনি। মখোয়গী অব্বাং-অপা লৈতনবা, মীনা পিনবা অশুমন্দগী খর খর হেনগৎনা পিবিয়ু। ইতাওনা খজিক খজিক্তং তোংউ। য়াম্না তোংবা পামগনু।

নন্দিনী-তাদনদি থবক শুবিগনু হায়বিরি। অঙাংশিংদি নোংমা নোংমগী চউখৎলকই। মখোয়গীদমক ঐখোয় শেল করিমতা তুংশিনবা ঙমদ্রি। নোংম নোংমগী অহল সুম ওইশিল্লকই। তাদা নচন ব্বা অমত্তা হায়জগে-ঐখোয় ইংখোলগা হেক তায়নবা মনিংগী লৌবুক্তো মপুনা য়োল্লগে হায়রে। অদুগা অসিমসু হায়-"নখোয়দি ইম্ফালগী মীগা তিন্নবনিনা খর থুনা লৈনবা তৌহল্লু। ঐ ইচা থবক তৌবদা ব্বানোমন্নবা শেলনি। মসিনা নখোয়দা লৌ পম্বাদা লৌ, লৌ মতুংদা নিংথম মহে-মরোংগী পোথোক কয়াসু ফংবা ঙমগনি। চহি খুদিংগী ফৌথোক য়াম্না লৈ"। মানা হায়রিবশিং অদু অচুম্বা ঙাক্তনি।

লাইওম্না-নন্দিনী ইংখোল অদু লৈশিল্লনি। অদুবু নখোয়দি থবক শুদ্রবদি লৈবা হৈতে। মদুনা নখোয়বু থবক কন্না শুনিংহনগনি। চাবনা ব্বাংপা শুবনা হেনবা য়াম্না তৌই। মদুনা নখোয়বু য়াম্না থুনা অহল ওইশিলহনগনি। নখোয়না মীনা শুবদং য়েংলগে, থবক শুবা য়াউজররোই হায়রবদি ঐ নখোয়গী ইংখোল অদু লৈগে।

ব্বা অদু তাবদা মখোয় অনি চঙক্লরম্মী। অদুবু নন্দিনীনা অসুম্না হায়রম্মী-তাদা লৈদ লৈবিয়ু। ঐখোয় করিমত্তা শুজরোয়।

'কয়াম চাউবা লৌফম্রো, লুপা কয়া লৌনি হায়রি'?

লৌ পরি অমনি, লুপা লিশিং য়াখ্রে হায়, অদুবু লিশিং তরাল্লি তাবিয়ু ম্নানি। 'হোয় হোয়' মদুম্না লৌশিল্লসি। নখোয়গীনি ঐগী নভে। অকুগা ইতাউ

ব্রা অমা হায়রজগে, নন্দিনী নংসু তাউ। লম অদুগী তুরেলগী লৈঙোয় য়াম্না কৈ। অতৈ লমগী লৈঙোয়গা মান্নদে। নখোয়না থবক লৈজলবা থবক শুনিংবা নুপা ওইরবসু নুপী ওইরবসু লৈঙোয় অফবা তুরেন্দগী পেকহল্লু। মখোয়বু নোংমগী খুৎশুমল ফজনা পিয়ু। নবান্নিগী লৈঙোয় চিংনবা টাটা গাড়ি অমা ঐনা লৈদুনা লৈরে। ঐখোয়দগী চেক লৈরবা মীশিং অসি ময়ুম শাবদা লৈঙোয় য়াওদবা য়াদবনিনা ঐনা লৈঙোয় অফবা লৈফম তাকখিগনি। ইম্ফাল মনুংদা লৈঙোয় গাড়ি অমা থাবদা লুপা ২৫০ লৌনৈ। নখোয়সু লৌ। লৈঙোয় অপেকমন অদুগা থাওগী মমল খায়দোকপ্রগা নখোয়গী শেল দাং য়াম্না ফংগনি। তৌবতদি লৈঙোয় শেংহল্লু। মীগী শেল চংনা শাবা য়ুম লৈঙোয় ফত্তবদগী নিংখায়হনগুমসি। নন্দীনা লাইওমদা মকোক নোল্লুক্লা খুরম্মী অদুগা হায়রম্মী- "তাদা, নহাক ঐখোয়গী ঈশ্বরনী"।

-ঃ(০)ঃ-

# কিজৈ বি, পি হায়বদো

তোমাল, বিরশিং অমসুং কোন্দুম মখোয় অহুম্না বাউসিংগী অনাবা হওবা চৎলম্মী। মখোয় অহুম্না শেল খর খব খায়গৎনরগা হোর্লিক্স অমসুং গ্লুকোজ অমমম লৈরগা পুশিল্লম্মী।

বাউসিংগী নুপীনা অনাবগী ফমুং ময়াদা মখোয়গী ফিদা থারম্মী। তোমান্না হৌগৎলগা বাউসিংগী মখোঙ মখুৎ পায়দুনা মেত্তুনা য়েংলগা বাউসিংগী নুপী মেলৈদা "নাকল সোমদনা খর হেন্ন পঙথবা শিথবা তৌব্রা" হংলম্মী।

বাউসিংগী নুপী মেলৈ লৈসনানা 'অচুম্বনি' হায়বম্মী।

"নাবা কয়াম কুইরবগে?"

"থা ৬ মুক শুরে"

মিকুপ খরগী তোমান্না মরু লুখথদুনা লৈকুবগা পেন্দবা মওংদা হংলকখি-মসি থোক্ত্রিঙৈদা মঙোন্দা সক্ষিনা খর পিবক্লমগনিদা। অচৌবা অনাবগীদি মঙদনি খঙদে, তাইবঙদনি খঙদে সক্ষিনা হেক হেক পিবনিদা।

"পিরকই, পিরকই, ঐখোয়না থৌ-ব্রা শারুদবননি পাংথোকচামদবা হাযগদ্রা থওইহৌদবনিনে" লৈসনানা হায় "নাদ্রিঙৈ নুমিৎ ৬-৭ মমাংদগী মকোক ঙাউবি হাযদুনা লাকপনি। নহান নোংমদি থবক অমা চৎকনি থোকপ্রগা লম্বীদা মকোক ঙাউদুনা মী অমা অনিনা য়ুম অমদা পুশিনবিবম্মী। হন্দকসে মহাক দষা পাংদে পাঞ্জি অমুক্তা য়েংঙুগে খনবনি, য়েংহৌদে ফত্ত নুংদা থোকপনা হাল্লি।

নারবা মতুংদা পাঞ্জি য়েংলুই। পাঞ্জিনা হায়বকখি দষা লাংফম লৈ, শুমাঙদা লা তাও হায়বা লৈ। অদুদগী পাঞ্জি মশামকপু লাই খব খুকম্বীয়ু হায়জদনা লাই খুরুমহল্লিবনি। পাঞ্জিনা ঐঙোন্দা অসিমসু হায়খি, দষা তাদ্রিঙৈদা প্রতিকার অমত্তং তৌরম্মদি ফগদবা। হৌজিকসু নখোয় চেকশিল্লুকো।

কোন্দুম্না বা লোয়শিনবগী মওংদা হায়রম্মী- তংখায় শিথবা, পঙথবা তৌবসি মী অমদা বি, পি, লৈক্ষম থোকপা চাংদা লৈতবদগী থোকখিবনি হায়। অসুম্না তৌরম্বদগী ঐখোয়গী ইবায় অমা একাগাড়ি অমা ইল্লগা কোয়চং চৎলি। য়াম্না ক্ষরকএ। ডাক্তরনা ভিটামিন গুলি অমগা বি,পিগী অমগা নুংতিগী হেক হেক চাহল্লি হায়।

ঐসু ডাক্তরনা বি, পি, ৱাংগদৌরে চাক-চা হৈজানবা য়াউগনু হায়বদি অমুক্তা য়াম্না চাগনু। ঈশিংমক্তা থক্লবসু পুক পিক থন্না থক্কনু। কুইনা ক্ষমজনগনু, স্বার শান্নগনু, য়ু থক্কনু, নিশা চাগনু হায়রে। অদুনা ঐ স্বার শান্নবদো উপায় লৈত্রে, পামজ-পামজনা তোকএ।

বিরসিংনা খজিক্তং নোক্লগা হায়রম্মী-ঐসুনে নঙোন্দা চাগনু হায়বা অদুগী মথক্তা অয়াকপা পোৎ-চৈ চাগনু, লিলোং খামেন, বাঁমাশিকা, হাৱায়জার, উংতি, শগোলহৱায় অদুগা অথুব্বা পোৎ য়াম্না চানু, ঙা খজিক্তং য়াই, শিংজু-বোড়া, ইরোনবা, অমেৎপা, থুম নমদুনা চাবা, থুম কোংলগা চাবা য়াদ্রে। শম্না হায়রবদা থুম থোংদনা চাবা ক্ষত্তে। অয়াকপা চিঞাক অদুগা থাও-থুম্না কিদনি শোকহল্লি। কিদনি শোক্লবদি হকচাংগী পার্ট খুদিংমক লোয়না শোক্লকই হায়রি। অদুনা লোয়নমক চমতক চাউ হায়। ঐনা শাউনিংৱদি য়েরুম চানু হায়বসি ওইরে।

য়ু থকপা বি, পি, লৈবা নিপা অমগী ৱারি তৌজগে। ডাক্তরনা হায়বগী মতুং ইন্না নুংতিগী বি, পি,গী গুলি অমমম চাক্ষম থোকই হায়দুনা গুলি চারকই। মহাক মরক মরক্তা বি,পি, চ্যেক তৌ হায়না ডাক্তরনা হায়রকপনি। অদুবু মহাক বি,পি, চ্যেক তৌবা অমুক্তা চৎলমদে। গুলি শুম লেপ্তুনা চাবদগী মহাক বি,পি, লো ওইথবা হৌরক্লম্মী।

নোংমদি মহাক য়ু য়াম্না খৌরাংলম্মী। মানা খল্লি-'য়ু থক্লগা বি,পি, ৱাংখৎলি, ডাক্তরনসু থক্কনু হায়। ঐগী নুংতিগী চাক্ষম থোকপা বি,পি, গুলি চারগা থক্লিংবা য়ু গ্লাস ৩ থকচিনগে'। মসি খন্দুনা মহাক্লা অয়ুক্তা বি,পি, গুলি চাত্রগা অয়ুক্কী পুং ১০দা য়ু থকপদা গুলি অমসু য়াওনা চাশিল্লগা তুমখ্রে।

নুংথিল পুং ৪দা মচানিপানা হৌদোক্লবদা কমুংদা শিদুনা লৈরম্লে। হোসপিটালগী ডাক্তরনা মহাক বি,পি, লো ওইহনদগী শিবনি হায়রকখি।

নং ঐনা চারিবা থকইবা পুন্নমক অসিনা খুদক্তা ঈ ওনবা নত্তে, কোন্না তপ্না তপ্না ওল্লকদবনি। অদুদি নত্তে বি, পি, গী গুলি অদু য়ু থকপদা য়াউশিনখ্রে। বি,পি, গী গুলিনা থবক হান্না তৌরক্লে।

বি, পি, হেনগৎত্রিঙেদা হিদাক হেঞ্জিন্না চাবদগী, য়োং অথৎপনা অহেংপা শাবদা মমৈ চপ্তুনা শিখিবগুম মাগী থবায় মাংবনি, ডাক্তরনা হায়।

ঐখোয়দি মখোয় মমানা বি,পি, লো লৈ হায়। অদুনা মাগীদি চারিখে য়ামাল্লে। নুংতিগী পংচাদা চায়। নুংতিগী ব্রায়দা হায়। ঐখোয় ইম্নুংগী ইনশাংদি তোঙান তোঙাল্লে। মমা মচা মখোয়খৈগী অমা ঐগী অমা।

আ মহৌশা চিনি থুম্না থাক্লগা চা থকপদো হাওবনিদা! হৌজিক্তি লালগোলা, জিলিবী অমত্তা চাদ্রে।

তোমাল-ঐসু মসিগী ফিভমসি তাগদবা খিত্তা ঙায়রুরবনি। নোংমা অযুক অমা কোক ঙাওবনা লেংবা ওল্লমদে। ইনাওশিংনা ঐবু গাড়ি অমদা হাপকৎলগা হোস্পিটালদা পুবিদুনা য়েংলম্মী। ঈ-উতোং পোকখায়গদবগী ঙায়দুনা লৈরম্মী হায়। ডাক্তরদা নুমিৎ নিনি লৈরম্মী। অদুদগী হৌজিক নোংমগী গুলি অমমম চাহল্লি। ১০নি মরক্তা অমুক অমুক চ্যেক লাকউ হায়। ঐ হৌজিক মরক মরক্তা চ্যেক চৎলিবনি।

বি, পি, লৈবা হায়বসিদা ডাক্তরনা লো লৈবা, হায় লৈবা হায়না অনি থোক্লা হায়রি। মী খরদা ডাক্তরনা বি, পি, লো লৈ হায়। বি, পি, লো লৈরিবসি চাবা ব্রাৎপা অদুগা থবক্তি য়াম্না শুবা মীনা ওইগল্লি। লায়রবদগী চাবা ফংদবদগী বি, পি, লোদা লাক্লনি। অদুগা ডাক্তরনা মখোয়দা অফবা চিঞ্চাক য়াম্না চাউ। ভিটামিন কাপ্পু, চাউ হায়। অদুগা থবক্লা খর ব্রাৎনা শু। য়ারিবমখৈ চাকথাউ শোকপা চিঞ্চাক নংত্রগা হিদাক চাগনু হায়।

বি,পি, দি মশক ফজবা, মশক থিবা মী অদুত্তনা নাগনি হায়বদি লৈতে। মখোয় খুদিংদা ঈ-না চেল্লগা হিংবনিনা চপ মান্নে। মী খুদিংদা বি,পি, লৈ। অনেম-অবাং মান্নদবগী ব্রাতনি।

ডাক্তর খরনা হায়বদি অয়ুক্কী পুং ৭-৮ দা চাক চাখোকপা, নুমিৎ খুংবা অদুবাইদা ঈশিং অমসুং মহিংগী শরুক খর থকপা অদুগা নুমিৎ তাবা মতুং পুং ৭-৮ দা নুমিদাংগী চাক ঈশিং চাবা অসিনা হকচাং অসি অহিং-অশাদগী ঙাকথোকপা ঙম্মী। মসিনা ঈ শেংঙি অমসুং তপ্প-তপ্প হকচাং ফরকই হায়।

অয়ুক্তা চাক থেংনা চারবদি নুমিদাংদা চন্না হেন্দোকউ নৎত্রগা অয়ুক্তা চাবা চাক্কী তংখায় অমা নুমিদাংদা চাউ হায়। নুংথিল তুম্বা, নুমিদাং চাকচা তোকপগা তুম্বা তৌগনু হায়।

ঐখোয়না কিরিবদি বি,পি, লো লৈরবসু ঙাউবি, বি,পি, হায় লৈরবসু ঙাউবি। অদুগা মখোয় অনিগী খুৎঙাউসু পংখেন খেন্নদে হায়রি। কনাগুম্বা খরদি মশাগী বি,পি, চপচানা লৈজরবসু কোক ঙাউবি। মী খরদদি লোক থুংবদসু কোক ঙাউবি। মী খরনা মমিৎ শোকপদগী কোক ঙাউবি হায়। অদুনা ডাক্তরনা য়েংলগতা করিগী ঙাউরিবনো হায়বা অশেংবা খংগনি।

ডাক্তরনা হায়- মীওইবা ঐখোয় অসি চিঙাক্না শেম্বনি। ঐখোয়গী ঈ উতোংশিংদা ঈ নংশিনবগী চাংনা থাংবদগী ঈ চেনবদা অকায়বা পি। মখোয়না মসিবু কোলেষ্টেরোল থাংবা কৌই। হকচাংদা অনাবা অমা লৈবদগী ঈ পুম্নমক ফত্তবা ওল্লকই। ফত্তবা চিঙাক চাবদগীসু ঈ ফত্তবা ওইরকই। ঈ ফনবা থবক ঐখোয়না তৌজগদবনি হায়। তোমান্না মখা তারম্মী "হৌজিক্তি ইবেম্মা কনানা য়েংলি"?

"ইংখোল মতোন্দা লৈবা লাইশঙগী ময়াদা মপাল থোক্লবদগী তৌবনি। মাইবা অহেবা কয়ানা লাই খুরুম্বীরে। মখোয়না হায়বা লোয়না তৌরে। হৌজিক ফাওবগীদি কান্নফম ইখং খংদে"।

"থাইনগী বা খরসু লৌসি। হৌজিকালগী বাসু খরা লৌবিয়ুকো। থাইনা ডাক্তর লৈত্রিঙৈদা লাইয়ে হায়নরম্মী। লবাই' য়েন্দেম খোম্বা, তোবেবাৎ খোম্বা, মচিন্দা চমপ্রা মকু মনম নমহনবদা ঙায়হাক ঙয়হাক ফরম্মী। অদুনা সুম কবিয়ু হায়বদি য়াদে। মতমদুদা লাইয়ে হায়বদো হৌজিক্তা বি, পি, হায়রিবসিনি। মসিনা মী অমদা হন্না হন্না তৌবা য়াই। অসুম্না মতুংদা অমুক তৌদনবা ডাক্তর তান্নসি।

-ঃ(০)ঃ-

# অরিকপগী মরল ওম্মা চাবা

চহি ৫০-৬০গী মমাংদা মীওই অহল অমনবি মমিং কৌনরমলে। মচা নুপা অহল নত্রগা মচানুপী অহলগী মমিং হৃনতুনা মমা কৌনরমগী।

মী তিনবা হারবসিনতনু কয়িওম্বা থরদা মাতনুনা তিনরিবনি অমনা অমদগী লৌখোক চখোয়রবগী তিনবসু লৈতবা নত্তে। শিনবগী তিনবা য়াদবগী তিনবসু লৈ। অদুমক্তি ওইরগা অরিকপা অমসা অশৌবা অমনা তিনবনি থেংনরে।

শিকপনু পামজবা, শিকপনু হৈনজবা নিপা অনিথকী কারি মতেক অমা তমজগে।

কবি মপা- মীশিং অসি লৌ অমতা পানবা ঙমগ্রেকে ঐখোয় অনিগী লৌনা তুরেন মপান্দা লৈবসি ঐখোয়গী ওহোঙ্গ লাইবক কবা হুরকনুনি। তুরেন্দগী ঈশিং শিকত্তুনা লৌ পরি অমমমদি পানহৌবিদনা। অদুগু নাংবন লেরাদা ঈশিং থজিতং মখোংদা শিকপিরবনি লৌ মরু চংশনবা। ঈশিং থজিতং নিরাপুক কাউবা ফত্রবদি কৌহাম শাংপনা হেল্লনি। অদুগু মরু চত্রবসু থরদি লোকনিদা।

মনি মপা- মীশিংনা লৌ বানগে থর হায়, পুগে থর হায়, ইরু কপহৌরে থর হায় তৌদনা লৌ লৌনবসে কমা হোংনরকত্রে। ঐনা কেতগী লৌ লোয়না থায়দোক্রগা নুমিদাং অমহদা শিনীং মথক্তা লোয়না থমত্রগা কোং অদুবুনা শো য়াউদনা থত্রে।

ঐনা মীতোন্দা হায়রি- হৌবিবা চহিদা কৌগী মমল য়াংথোকপদুনা অসুম তৌরকনি থংদকগী লোয়না অমথোকত্রে। ঐখোয়সু চানীঙবা লৈত্রে। কোত্তা লৌ লৈত্রবনিনা কোং শো লোক্তুবগী কারবা লৈত্রে। তুপানপীসে লেংবীয়ু অসি হায়রগা ঐনা কোত্তা খুদোনবীনা থিল্লগী।

অসুম্না লোংম নোংমগী খর খর খাউদুনা চারিঙে নুমিৎ ৪-৫ শুবগী অয়ুক অমদা মখোয় অনিনা মাগী মাগী লৌবুক্তা লৌ খাউবা চংলম্মী। অদুবু ওস্থোকপনি মীনা লোয়না হুবিগ্রে। মখোয়না য়াম্না ওক্লা শাউনিংনা লৌগী অকোয়বদা চংলম্মী। অদুদগী ভুরেল খোঙনুংদা লৈত্রা হায়নসু য়েংলম্মী। অদুবু অরেম্বা তারম্মী। মখোয় অনিনা য়াম্না শাউনিংনা চৈরে চৈরদুনা থাজোলগা থৌরিগা পুরগা হল্লক্লখি।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদা য়োকখোক-তেনখোক পায়দুনা নুপা খর লাক্লগা মখোয়বু ফুবা চৈবা তৌরগা ইমুংদা পুন্দুনা থল্লম্মী। মখোয়না শিলিংদা লৈবা ফৌ খোড়া পুম্নমক লোয়না লৌগ্রে। মনি মপাদা অসুম্ন তৌবিবগুম কবি মপাদসু তৌবিখি।

হুরানবশিং অদুনা মখোয়দা অসুম্না হায়রম্মী- নখোয় নহানমখৈ ফৌ শংবদা য়াম্না ৱাবদায়, হৌজিক্তি ৱাররোই। মীনা মুনখিনি ৱাবা, মীনা উখিনি ৱাবা, নুপী-অঙাংনা চাক য়াম্না চাখিনি ৱাবা, নংনা চানিং চানিংনা পাম্মুবগী ৱাবা, মী পিজনিংদবগী ৱাবা, পুম্নমক হৌজিক্তি অমত্তা লৈররোই।

ঐখোয় লোয়না চাদদুনা শিরগা নখোয় ইমুং অনিনা পৃথীবিদা করি তৌগে খনবগে'? অসি হায়রল্লগা হুরানবশিং অদু চংখিরম্মী।

-ঃ(০)ঃ-

# মতমগী হৢরানবা

সনাগী মচা ইবোহলনা নুপী অতোপ্পী অমা পুরকপবু য়ুমগী অহলশিংনা হায়দোকপা চৎলুগে 'নমিংনা করি কৌহি, করি লৈকাইদা লৈবা, নমা নপাগী মমিংনা করি কৌবগে হায়য়ু' হায়বদা মানা শুকহায় হায়দোক্কে। মচানুপাদা হংবদসু মুরুম মুরুম শোন্দুনা অশেংবা খংদবদগী মওংদা হায়। অসুম্না হায়দোকক্ষম খংদদুনা লৈবা নুমিৎ ১০নিরোম শুরগা নোংমা অহিংদা মখোং মরি পানবা গাড়ি অমা মখোয়গী য়ুমদগী লাপতক্লা খান্নগা ইমুংগী সনা মোহোর মরিফু, বক্ষোপ লৌশিনবা দাইমন য়াওবা লিক ময়াম, দাইমন য়াওদবা সনাগী লিক পরেং কয়া, খুদোপ, নাইন, নুপী অহলগী লিক কোলসু অদুদগী হেন্দোক্লুনা নিপা নহা য়াওদ্রবদি থাংবা ওমদবা পোৎ-চৈ রেডিও, দিভিদি, টিভি, লেপতোপ কম্প্যুটর অচৌবা অনি, ৱাশিং মেচিন অনি অমত্তা চিংথদনা পুবিখ্রে। মৌ অতোপ্পী শকখণ্ডবী অদুসু লৈরমদ্রে।

সনানা পুলিসতা কেশ তৌরে। পুলিসনা ইবোহল ফারে। নুপীদো কদায়দগীনো? মমিং করি কৌবগে? ইবোহল করিমত্তা খুমদ্রে। ইবোহল পুলিসনা ফংফুদা ফুবিরে। সনানা পুলিসতা হায়রি-'নুপীদুগা মাগা মান্নরগা হৢবানবনি। মসিগুম্বা হৢরানবা মখল অসি ঐগী ইচাতনা হৌদোকপনি। মতৈ-মনাওনা হুখিবা লন-থুম .না পুল্সিদা অমুক তানবা ফংওরোই। হায়দোকত্রিফাওবা ফুবিয়ু, ফুবদা শিরবসু শিজখিসনু'।

**ইবোহন্না পুলিসতা ষ্টেটমেন্ট পিরম্মীঃ**

ঐহাক পি, দল্লিয়ু, দি, গী কেরানি মচা অমা ওইরম্মী। মতম অদুগী চিফ ইঞ্জিনিয়ার অদু ময়াংনি। মানা ঐবু য়াম্না নুংশিবী। মানা ঐবু থবক তোকও মীতৈ মচা ঠিকা তৌবা লৈতে। হৌজিক নহাক্লা চহি অমদা তানবা

শেল অসি থা অমদা ইরায় লায়না তানগনি। কেরানি ওইদুনা লৈরবদি মী ওইররোই হায়দুনা ঐবু থবক তোকহল্লে। অদুদগী মানা ঐঙোন্দা থবক মনম মনম পিশিল্লকখি। এ,ই, অমগা ঐগা তিন্নহল্লি। সাহেবনা চানবা মী ওইবদগী এ,ই, মাসু ঐঙোন্দা থবক্কী পোরম তাকখি। অহানবদা আর্থ ব্বার্কতা শেল য়াম্না ফংলম্মী। অদুদগী অফিস বিলডিংনচিংবা শাহন্দুনা ঐবু শেল পায়বা মীশক অমা ওইহল্লে। অদুগী মতুং চহি ৩ রোম লৈরগা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা চিফ ইঞ্জিনিয়ার অদু অতোপ্পা লম অমদা চৎলগনি হায়না ঐঙোন্দা নুংশিনা হায়বিরকখি। মা চৎথ্রনি খনবদা ঐ য়াম্না ব্বাখি। চীংগী ফি-নচিংবা মীগী লমদা য়াম্না তাংবা ফিরোল খর ঐনা খুদোল তমখি। অদুগা সাহেব অদু ঐগা বিদায় তৌনখি। মহাক চৎথ্রবা তুংদা ঠিকা তান্নবা য়াম্না ব্বারে তোক্লগে খন্দুনা তোক্লে।

ঐনা আর্থ ব্বার্কতগী ফংলকপা লুপা লাক্ষ অমা শেলগী ভেল্যু য়াম্না লৈরিঙৈ মতমদুদা ঐখোয় বাবাদা পিবদা বাবানা "সিদি কদায়দা থম্মি" হায়বদা ঐনা মসিনা সনা লেপশিল্লু, করিমত্তা কিবিগনু হায়খি। মতুংদা লুপা লিশিং ৫০ পিবা, লাক্ষ অমা পিবা, লাক্ষ অনি অসুম্না হেক হেক মরক মরক্তা পিখি, মদুনা শেন্দোয়চাবা, বন্ধোপ লৌবা তৌদুনা বাবানা তানবা য়াবা শেল তানশিল্লে। অসুম তৌনা ঐখোয় ইমুংদা শেলগী অব্বাৎপা লৈরমদে। অদুমক্তি ওইরগা ঐ ইশা চহি ৫৩দা ঙায়রিবনিনা থবক অমদি শুম তৌশনগে খন্দুনা ময়াং মহাজন উত্তমগী কেসিয়ার ওইরি।

অকনবা য়ুহার হাবা অমদা ফুরা দলান কয়া নিংখায়বগুম ঐখোয়বু শুমহৎপা ঙম্বা মী নত্রগা পোৎ অমা লাক্লগা ঐখোয়গী পোৎশিং অদু লৌখিবতনি। ঐনা তাল্লুবা শেলনি, ঐনা মাংহনখ্রে। ঐনা ব্বানা তাল্লুই, পাম্মুই চৎহন্নিংদে। শেল অদুগীদমক ঐ শিগদ্রা, ঐখোয় হৌজিক হৌজিক চানিংঙায় লৈতব্রা? সনা, লুপা, মনি-মুক্তাগী লিক-কোল লৈরমদ্রবদি ঐ দম্বা তারোয়। শেল অদু লৈবনা ঐ দম্বা তাবনি। ঐ হিংলগা শেল লাকপা

য়াই। শিগ্রবদি শুক্লাক লাক্লরোই। শেল হায়বসি করিসু নত্তে। মসিনা ইমুংগী মীবু অৱাফম তাহনবা ফত্তে। ঐখোয় বাবানা কাওরে- শেল অসি ঐনা মঙোন্দা পিশিল্লকপনি হায়বা। ঐবু নুপী অদুগা মান্নরগা শেল হবনি হায়বিরি। ঐগী শেলবু ঐনা হুজগদ্রা?

ঐনা করিমত্তা হায়দোক্তবদি বাবানা ঐবু হাংতোকপ্রো হায়বা! অঙকপনি! মসিননি মী য়োল্লিবা, মী লৈনরিবা! মীগী মমল লৈত্তে, কনা অমনা নোংমদা শেল লুপা ১০ ফংদে, কনা অমনা নোংমদা ১০০-১০০০, কনা অমনা নোংমদা লিশিং ৫-১০ তাল্লি। খুদি থিবদা নোংমদা লাক্ষ ফংবা মী লৈ। ঐবু কান্নদ্রবা, শিজিন্নদ্রবা শা-ষন ওইনা লৌরবা!

ঐহাক হৌজিক হৌজিক ময়াং মহাজন উত্তমগী কেশিয়াৱনি। ঐহাক নুমিদাং পুং ১০-১১ দা হেক হেক য়ুমদা হল্লকই। নহান নুমিদাংদি য়ুমগী থোঙ্গাল চংলমদাইদা লৈবা ইলেক্ট্রিক পোষ্ট মখোংদা মথন্ত শুং শুং তৌদুনা নুপী অমা লৈরম্মী। ঐনা স্কুটর খান্নগা নহাক কনানো হংলম্মী। মানা ঐঙোন্দা খুন্নকখি- ঐ নিপা অমখক্লা চেনসি পুথোকপিরক্লগা ঐবু গাড়িদগী কুমথহল্লগদ্র মা হান্না য়ুমদা চংলুগে লৈরম্মু হায়রম্লগা হল্লক্লে। ঐ হৌজিক করি তৌগনি, মতৌ করম্না য়ুমদা চংগনি? য়ুমদা ইবুং য়ু ঙাওবা অদুগা ঐগদা লৈবনি। ঐগী ইশক উবদা অথেংবা অহিংদা কদায়দা চংলুই হায়দুনা ঐগী ইশম পায়দুনা থাংনা ঙক অসি ককখ্রগনি। য়ু ঙাওবনিনা মঙোন্দা অফ-ফত্তা খঙদে। ইমা ইপা লৈত্রবা তুংদা মানা নুংতিগী ঐঙোন্দা হায়- 'নুমিংনা ময়ুমদা চংদ্রিঙৈ সুমাংদা লাই থাওমৈ থান্দুনা সন্ধ্যা অরাতি কংকদবনি। মতমদুদগী হেন্দোক্লা কংলবদি নং নঙক কেনগনি'।

তামো নচনবু অমুক্তা নুংশিবীয়ু। খাবম লমখায় ফাওবদং অমুক্তা থিনবীয়ু।

'থিনবিনি' অসি হায়রগা ইবোহল তুমিন্না লৈরম্মী। মিনিট ২-৩ লৈরগা পুলিসনা মঙোন্দা 'অদুদগী মখা লিরো' হায়রম্মী।

ইবোহল্লনা মখা তারম্মীঃ-

ঐনা মাগী নিংখিজরবা শকফম অদুদগী থোরকপা খোঞ্জেল অদু তাবদা ঙাওরম্মী। ঐনা ঐগী অক-ফত্তগী বা কয়া খল্লবা তুংদা মাবু থিনবিরগে হায়রম্মী। মন্ত্রি পুন্ত্রিদা লৈবা ইপাগী মচন ইনে পিশক্কী য়ুমদগী হেন্দোক্লা গাড়ি থৌবা ঙন্নমদ্রে। ইনেদা ঐনা নুপি চেল্লকপনি ঙসি অহিং অসিদং ইনেগীদা লৈগে হায়রম্মী। ইনেনা হরাও-হরাও য়াবিরক্নুনা মখোয়দা লেক্লে। নোংঙানবগা ইমুংগী মীনা ঐগা মাগা য়ুমদা পুরম্মী। নুপী অহন্না মাবু ফুগদবগী য়াম্না কন্না হোংনৈ। অদুবু অরেম্বা তাখি। বাবাগা মাম্মগনা নুপী হায়দোকপা চংকে নপা নমাগী মমিং হায়য়ু, লৈফম হায়য়ু হায়বদা মানা য়াদে কোন্না তপ্না হায়জগে হায়খি। নুপী অহন্না ঐবু লম্বী সড়ক্তা তাবা নুপী লৌবা, লায়না লায়থুং পক্লনি হায়খি। অসুম্না নুমিৎ ১০নিমুক হেলোয় অদুগা ঐগা লৈমিন্নরগা য়ুমগী সনা লুপা পুম্নমক মাঙখ্রে।

ইবোহল মপা (সনা) পুলিসনা ফারম্মী। পুলিসনা হায়রকখি। নহাক্কী নচা ইবোহল শিগদৌরে। হৌজিক মহাক মদুগী মরমদা করিমত্তা খংদে হায়রি। ভুট নুপী অদুনা মাবু অহিং অদুদা ফারগা পুবনি হায়রি। অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু মানা হেক হায়দ্রিখে ফুনি। শিগ্রবসু য়ারে হায়বা নংত্রা?

অহন্দদি ইবোহলবুদি সনা লুপানা হেন্না মমল য়াম্মী সি নংত্রা? ভুৎ নুপী অদুনা নুমিৎ ১০নি লৈববু কদায়দৈনো, করি মিং কৌবগে হায়বা করিমত্তা থিগৎতবা করিগীনো? লব্বায় থব্বায়দা ওইরদি ইমুং অদুদা মা চংলকপদগী লোয়না কিদুনা চেন্নখ্রদবনি। নখোয়দি কিবিদে।

ফরে ঐ বা হায়গে। অদুক লায়ররম্বা নংনা লুপা করোর অমগী সনা লুপা মাংখ্রে হায়বসে কদায়দগী শেলনো? মদুগী নহানমখে ইনকম টেক্স থিখিবগী চে-চাং লৈব্রা? কদায়দগী হুবনো?

ইবোহলগী মপানা পুলিসতা ঋারি তৌরম্মী। ইচানুপা ইবোহলনা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকা খংনবদগী ঠিকা তৌদুনা শেল তানশিল্লি। মানা বিল হেক ফংবগা ঐঙোন্দা শেলশিং অদু পিশিল্লি। ইস! নুমিৎ অদুদা অমুক্তা উজদ্রিবা লুপা লাক্ক অমা উখি। মদু ঐনা মীঙোন্দা শান্দোক্তুনা শেন্দোয় চাবা হৌখি। শেন্দি পিরকপা লেপতে। ঐনা শেলশিং অদুনা সনা, লুপা, লিক কোল লেপশিল্লি। সনা মোহোরদা লুপা ১৫০০দগী ২০০০ ফাওবদা মোহোর ৫০মুক লেপ্লি। হৌজিক্তি মোহোর অমদা লুপা ৪০০০ য়ৌরে। ইচাবু কনানা হাৎহন্নিংগদগে অদুক পেন্দবা, নুংঙাইতবা লাকচবদুদা হায়খিবনি। মমল য়াম্না ইচানি। মাগী মপান্না ঐখোয় নুংঙায়রক্লিবনি 'অদুবু কদায়দগী নুপীনো অদুদি মপা ঐনা হংবদা খংদে খংদে হায়বদুদি মাগা মান্নবা নংত্রা? লম্বীদা চংলম্বী নুপীবু ঐগী ওইহ্নগে হেক্তা য়াত্রা? মা করিগী খংলোয়'।

পুলিস- অদুদি খুরা শেল অসি ইবোহলগী শেলনি। ঐখোয়না ইবোহল ফুমন্দুনা গ্যান মাংলিবা অসি লাল্লি। খুরানা লায়রবশিংদা শেল শান্দোক্লগা শেন্দোয় চাউনা চাউনা লৌবা অদু খংবা অদুগা লোয়ননা সনা-লুপা, লিক-কোল, থমফম লোয়না খংবা, তোয়না শম্লবা মী, সনা-লুপা, লিক-কোল পুম্নমক হাপ্লা অম্বারিগী শো থমফম খংবা মী, খুরানদি অফবা মীনি খনবা মী অদুনা খুরাহোয়দ ভুট থাজিল্লকপনি।

সনানা পুলিসকী ঋা অদুদা ঙাউদুনা লৈরিঙেদা পুলিসনা মথুন্দা চৈনা ২-৩ লক কল্লকখি। "নচানা ঋানা তাঞ্জরকপা পৈশাবু নুপী কনা কনাগা মান্নদুনা কদায়দা থৈদোকখ্রিবা" পুলিসনা হায়রকখি অদুগা মখা তারকখি "মখোয় অদু হায়দোকত্রবদি চৈ চাখিবা তারি"।

পুলিসনা মখুৎ অনিমক মাংলোমদা পুল্লম্মী অদুগা থৌরি লিশাং অমনা অহল অদুবু মখোঙ লৈবাক শোকপোয় শোক্তবোয় মথক্তা পুন্দুনা থম্লিরম্মী।

কা অদু থোঙ লোনশিল্লগা পুলিস অদু থোকখিরম্মী। মহাক ফম্বসু য়াদে, লেপ্পসু য়াদে, মহাক ঋাবনা শিগদৌরম্মী। মহাক্লা পুলিস অদুবু হুন্ন

হন্ন কৌরম্মী। অদুবু কনা অমত্তা মকম অদুদা লাকপিরমদে। মানা মচিন্না থোক্ল হায়রম্মী-সনা-লুপা, লন- থুম্না মীবু হাংলি অমরোমদা সনা-লুপা, লন-থুম লৈতনা হিংবা য়াদে। মখোয়গী অশেংবা মপু লৈতে। মতম মতম অদুগী অওম্বনা, অশিংবনা পায়বা পোৎনি। ঐগী ওইরম্বা পোৎ হৌজিক মীগী ওইরে।

"ঐগী তোয়না সনা লুপা লৌথোক লৌশিন তৌনরিবা নুপীশিং অসি পুলিসতা হায়দোক্লগে নৎত্রবদি ঐ শিবা তারে" সনানা অসি খন্দুনা লৈরিঙৈদা পুলিসনা থোঙ হাংদোরক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী- "কমদৌরে অহল হায়দোকখিরোয়ব্রো?"

"হায়দোকচরগে, হায়দোকচরগে ইবুংঙো সাহেব" ইবোহল মপা সনানা মশক ফজবী মীয়ায় চনবী নুপী অহুমখক্তী মমিং পিরে। পুলিসনা লোয়না চেদা ইশিল্লে।

তোঙান তোঙানবা লমদগী পুলিসনা মখোয় নুপী অহুম অদু ফাগৎখি। পুলিস ষ্টেসন্দা মখোয় অহুম তোঙান থোঙানবা কা অহুমদা থল্লে। মখোয় অমগা অমগা উনহন্দে।

পুলিসনা কা অমদা নুপী অমমম কৌশিন্দুনা ব্রা হংলে। মঙোন্দা ব্রা হঙলবা তুংদা মহাক হান্নগী কাদুদা থমল্লে। মতৌ অসুম্না অতোপ্পা নুপী অমসু কৌশিল্লে। মাগী ব্রারোল তারগা মাগী কাদুদা লৈহনল্লে। অসুম্না অরোয়বা নুপী অদুদসু তৌরম্মী।

নুপী অমা পুলিসনা ফাজিনল্লে। নুপী অনিদি থাদোকল্লে। ফাজিল্লিবা নুপী অসিনা সিবসাগরদগী অমগা মান্নরগা ব্লেক মেলিং ত্রৌবনি হায়বা খংলকখি। মনিপুর পুলিসনা অসাম পুলিসতা নুপী অদু ফাননবা খাউ পিল্লে।

-ঃ(০)ঃ-

# মীনা শওম ওনবা

চাউবা কৌবা অমগা তোম্বা কৌবা অমগা মমা মপা অমত্তগী মচাশিং ওইরম্মী। মতম অদুদদি লাইরিক তম্বা হায়বসি খুঙ্গংদা তৌনরমদে। লৌউ-শিংউবনা মখোয়গী মরু ওইবা শিনফম ওইরম্মী। মখোয়গী লৌচা শঙম মঙা লৈরম্মী।

মতমগী মতুং ইন্না মখোয় পাখং ফারম্মী। অয়াম্বা খুম্নীশিংনা লৌ লোক্লগা কোয়দুনা লংদুনা লৈথোক্লে। মখোয় মচিন মনাও অনিসু য়াম্না নুংশিননা কোয়মিন্নদুনা চামিন্নদুনা লৈরম্মী। মখোয়না মমাগী মতেংসু পাংলম্মী। ফৌ শুবা, ইনশাং থিবা, চাক থোংবা, কোল লিক ফেংবসু তৌরম্মী।

চাউবগী মমানা পামজদবা লৈকাইগী লৈশাবী অমা চাউবনা পুশিল্লম্মী। মশক ফজবী অদুমক্তি ওইরগা থবক শুনিংদবী নুপিনি হায়বসে চাউবগী মমানা হান্না শংখি। মতম খর লৈরগা চাউবগী মমাগা মাগী নুপীগা অকনবা খোন থানরক্লে। অসুম্না লৈমিন্নদে শরুক চাউবগী মতে মনাও লৌ লৌরাক অমগা লোয়ননা তোঙান পিজরম্মী। খর লৈরগা তোম্বসু লুহোঙলম্মী।

চাউবা মচানুপা ঙাক্তা মথং মথং মরি পোক্লম্মী। মখোয়গী মমিং মথংশিংনা রামো, শ্যামো, চীংখৈ অমসুং মঙাল কৌরম্মী। মীশিংনা চাউবগী মতে মনাওবু য়াম্না থাগৎনরম্মী। "য়াম্না খুৎকন পাঙ্গনবা ইমুং ওইদৌরি" মীশিংনা হায়বিরম্মী। সনা-লুপা, লন-থুম কয়া উন্নকপা মৌ মরি ফংদৌরিবনি, চৎখিগদবা অমত্তা য়াওদে। ঐখোয়গীদি সনা-লুপা থোংদোক্লগা চৎখিগদবা ঙাক্তা। নুপী পোকপা করিমত্তা কান্নদে।

অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি চাউবা মতে-মনাওনা য়াম্না হরাউনা হেক হেক তারম্মী।

তোম্বসু মচা নুপা অমা লৈরম্মী। মমিং লানঙম কৌরম্মী। মতম্না লেম্না লৈতনা অসুম অসুম হৌজিনখিবনা মখোয় অনিগী মপা মমাসু অহলগী মতম ওইরক্রম্মী।

মমা মপা অনিমক শীংলি-নাওরি শোনবদগী থবক ইনখাং কয়া শুবা নোম্বা ঙমদ্রে। থা খরগী মতুংদদি মখোয় অনিমক ফমুংদনা অয়াম্বা মতমদা লৈনিংলম্মী। অসুম অসুম শোচ্ছরক্রম্মী। শোচ্ছবগা লোয়ননা চিকপগী চাং হেনগৎলম্মী। অহল অনি অদু থা খুদিংগী হোস্পিটালদা নৎত্রগা লন্নায় ডাক্তর অমদা হেক হেক য়েংহল্লম্মী। অদুম ওইনমক চহি অহুম লিশাং শিংনা ফমুংদগী হৌগৎ-কাংখৎপা ঙম্লমদে। অদু ফাওবদসু মচা অহল চাউবগী মতে-মনাও অদুগা মচাশিং করি লৈগে হংবিরমদে। নোংমা মপানা তোম্বদা হায়রম্মী- "ঐগী ইচা অনিদং পোকচবদা অমদি শিনা ফংই, মীগী মচা ৪-৫ পোকপদি অশিবা অমত্তা য়াওদেদা। নখোয় নমাগী ব্রানা অরানবনি, মাগী নুপীগী ব্রানা অচুম্বনি হায়না কন্না খনগ্রে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু অহল ওইরবা মমা মপাবু হন্না য়েংদবা ঙম্বা অদুবু হয়েং মানা অহল ওইরগা মচা মশুশিংনা সেবা তৌবিদবগী অমাঙবদা ওন্দুনা মেত্তুনা চারগদবনি। মরমদি মানা মমা মপা ঐখোয়দা চৎলিবা ধর্ম্ম অসি মচাশিংনা উই। মহাক ঐখোয়গী অশিবা ইচানি। নংনা মমা মপা ঐখোয়দা চৎলিবা ধর্ম্ম অসি নচাশিংনা উই। মদুমক ঈশ্বরনসু উই। হয়েং নংনা অহল ওইরগা নংগী নচা নুপানা ননায় নশন তৌদুনা নংবু নুংঙায়না থম্বিগনি।

মতম্ব খর লৈরগা মপা লৈখিদ্রে। শোরাৎ শোনগ্রে। অদুগী মতুং থা ৬-৭ রোম লৈরগা মমাসু তাইবংপান থাদোকখ্রে। মমাগী শোরাৎম্ব ব্রানা শোনগ্রে। শোরাৎ অনি অসি শোনবা লোয়বা ফাউবগী মনুংদা মচা অহল চাউবা নোংমতা মনাও তোম্বগী য়ুমদা খোংগুন তাখিদে।

চাউবহোয়, তোম্বহোয়গী মতমদা লাইরিক-লাইশু শুক্তম তম্নরম্মদে হায়বা য়াই। খুঙ্গংগী ইনাকখুনবা ইমুংগী মচা অমা অনি ইম্ফালদা থমদুনা

তমহনবসু য়াওদবা নত্তে। মচানুপা য়ান্না পোকপা তান্নরম্মী। শাগে অমগা শাগে অমগা মরক মরত্তা থেংগায়নরম্মী। মতমদুদা মনিপুরগী মীশিংসু য়ামগ্রিবনিনা থবক খর শুরগা পংলে লৈনরম্মী। মচা ৭-৮-১১ গা পোকপা য়ান্না লৈরম্মী। মমা মপানা খর শু-নোম্লগা মচাশিংগী মবুক থলহনবা ওম্নরম্মী।

হৌজিক খুঙংশিংদা স্কুল ৩-৪, ৩-৪ লিংখৎনরক্লে। মীগী মশিংসু খংহেন হেনগৎলক্লি। চাননবা চিঞ্জাক পুম্নমক লুপা ১০ পিরম্বনা ২০ য়ৌগ্রে। হায়বদি পোৎকি মমল ১০০দা ১০০ হেনগৎখ্রে।

মতম অমদা মচানুপা য়ান্না পোকপগী হয়াওখিবা, মীনা মখোয়দা খুৎকন পাঙ্গনবা ইমুং অমা ওইরে হায়বদা মখোয়না চাউথোকখিবা কয়া অদু তলব চাজদবা, লৌ লৈজদবা ইমুংশিংদদি লাইরিক লাইশু তমখৎলকপা, পোৎকি মমল তাংখৎলকপা মতম অসিদদি মখোয় পুম্নমক দষা তানরে। মী ফুনবা হৈবনা কান্নগ্রে। লৌ মরাং কাইনা উগে খল্লবসু উনবা লৌ লৈতে। ওজা ওইবা, শেল পায়বা, অফিসকী থবক তৌবা, ত্রেক্টর লোয়বশিংনা লৌশান হেনগৎতুনা লৌ লোয়না পাইশিনখ্রে। মচা য়ান্না পোকপা মমা মপা পুম্নমক থবক শুবা বামন্দুনা শিদোকখ্রে। অঙাং য়োম্থোক্লরে। অঙাং য়ৈথনরে।

চাউবগী মপা মচানা লৌ লৌরাক অমা উরগা চাবদমক ওর্কই। লৈকাই পোৎয়েং পিনিংঙাই লৈতে। পোৎ-চৈ পুম্নমক তাংখিবনা অঙাংগী মফি-মরোল ফজনা লৈবা ওমদে। য়ুম্লোন কৈরোম্নবগী অঙাংশিং লোয়না স্কুলশিংদা মিং চন্নখ্রে। অঙাং অচৌবা অনি রামোগা শ্যামোগা মখোয়সু স্কুলদা মিং চনবিয়ু হায়রি। মখাগী অঙাং চীংখৈগা মঙালগা অনি অদু মিং চনবা মতম হেনখিদৌদনা মীঙোম্দগী শেল খর লারুগা মমিং চনশিনবিগ্রে। হায়স্কুলদা মিং চনবিয়ু হায়বা রামোগা শ্যামোগাদি মিং চনবিদ্রে। তোকহল্লে।

রামোগা শ্যামোগা পাখং ফারে। মী কিদ্রে। লৌউ-শীংউবগী থরত্তা মতেং খর পাংলম্লগা নুংত্তিগী হব্রাগাড়ি তোংদুনা বজার চৎপনা মখোয়গী

মখোঁ ওইরম্মী। মীনা হায়নবদি বজারগী দুকান খরদগী পোৎ চৈ লাকথোক লাকশিন তৌদুনা পোৎ য়োল্লি। করিগুম্বদসু অচেংবা তাঞ্জা য়েংলগা পোৎ চৈগসু য়েঙ্গি হায়। নুমিদাংদা য়ু থক্লগা য়ুমদা হেক হেক হুঞ্জিল্লকই।

স্কুল তল্লিবা চীংথৈগা মণ্ডালগদা দম্বাগী চৈথেং ফংলকখি। খটা লৈবিদ্রে, লাইব্রিক সুনা লৈবিদ্রে, স্কুলগী ইউনিফোর্ম অনি শুজবা ঙমদ্রে, থাগী ফি হুনবা চাং নায়বিদ্রে। মমা মপাদা মচাশিংনা শাউজিল্লে। মরক মরক্তা স্কুল কারমদবদগী হৌজিক্তি স্কুলদা শুকচঙ চঙদ্রে। মখোয় থবক সুম শুরক্লবনিনা ময়ুমদা ঙম্ন চংবসু অল্লে। অসুম অসুম অতনবনা ওক্লবা অঙাংশিংগা তিন্নবা হৌরকই। তশেংনমক ওক্লবা অঙাং ওনপ্রে, মখোয় দ্রগ চারক্লে।

তশেংনমক নুপী হেক লাকপদগী চাউবগী মকোক্তা তিন চংখ্রে। মমা মপাবু নুংশিদ্রে , মনাও নুংশিবা খংদ্রে। নোংমদা অঙাং অমা কুদ্রবদি লৈবা হৈনদ্রে।

মপা মমা শিবদফাওবা চংলকখিদ্রবা চাউবনা ঙসি মনাও তোম্বগী য়ুমদা লাক্লগা হায়ররে। ইমা ইপানা ঐখোয় অনিগী লৌ শঙম মঙা থম্বীরম্মী। ঐখোয় ইচিন-ইনাওগী থবক্তা মীবু বিচার তৌহন্দনা ঐখোয় অনিনা কোক লোয়শিন্নরগা লোইরে। ঐবু তোঙান পিজবা কুমদা লৌ লৌরাক অমা উনৌ হায়দুনা পিরকখি। মদু বাবাগা ইমাগনা ঐগীনি হায়খিবা লৈতে। হৌজিক ঐনা নংঙোন্দা হায়নিংঙি- ঐনা ব্বারগা নং নুংঙাইরোয়। অদুগা ঐসু নং ব ারগা নুংঙাইরোয়। ঐখোয়গী লৌচা শঙম মঙা অসি অঙাংগী মতুং ইন্না য়েন্নসি। নংদি অঙাং অমত্তনিদো অদুনা শঙম অমা পায়রো। তেরাখোং মপানগী লৌ শঙমদো উরো অদুগা অতৈদা চংঙুরনু।

ময়াম্বা চাউবগী ব্বা তাবদা তোম্বা শাওমনখিদুনা ঙায়হয়ক্তি ব্বা মচেৎ অমত্তা ঙাংলমদে। তুমিন্না মরু লুক্লনা লৈরম্মী।

ঙায়হাক তুমিন্না লৈরম্রবা তুংদা তপ্ন-তপ্ন মমায় হায়গৎলক্লম্মী।অদুগা হায়রকখি- নহাক কনানো, ঐগী ইয়াম্বা লৈতে। ইয়াম্বা লৈবা থোক্লবদি মনাওনা ইমা ইপা সেবা তৌবসি ব্বায়নপ্রে ঐ অমা সেবা তৌগে খনগদবনি।

অদুবু ইয়াম্নসু লৈতবননি কনাসু ঐগী ইুতেং পাংবিখিদে। শ্বায়দা বাকায় ঙাংবিনু। চহি ৩-৪ ফমুংদগী মাংগোম্দা থাংদোক থাংজিন তৌবদা য়াওখিদবা, নোংমতা খোঙগুন তারকখিদবা মীনা ঐঙোম্দা করি হায়বা?

মখোয় অনি লায়েংবদা লুপা লিশিং কয়া চংক্রবা! অদুক শেল তিংনা য়ানা হোৎনদুনসু অহলগী মতম ওইবনা লাইরেবাক্তা চংখি। মীঙোম্দগী শেল পুদুনা কর্ম্ম পাংথোকচখি। অহল অনিনা নারকপদগী শোরাৎ শোনবা ফাওবগী মনুংদা লৌ য়োল্লগা শিজিন্নবা তারবদি লৌ পরি অনিগী মমল ওইরগনি।

ঙশায়মখৈ ঙাংঙিবা অদো কদায়দা অরানবা য়াওবগে য়েংলিবা, তারবা চাউবনা "নংনা শোরাৎতা ঐবু বিনিত্তা হাপত্রিবা করিগীনো" হংলম্মী।

মখোয় অনিমক মখুত্তা খুৎলাই অমমম পায়নরম্মী। অদুবু খুৎলাই শিজিন্ননি হায়বদি খন্নরমদে। তোম্বনা চাউবদা "ঐগা করি থোক্রবগে" হংলম্মী, অদুগা ব্বা মখা তারম্মী। "ঐগী ইমা-ইপাগা করি মরি লৈনবগে? নংনদি ঐসু মচা অমনি হায়না হায়বিরি, ইমা-ইপানা শিরমদায়গী মিকুপতা অমুক্তা উনসি, পুন্সি নুংশাংনা, নাদ য়েক্তনা লৈনবা বড় পিরমগে হায়বদা লাকপিখিদবা ওম্বা থম্মোয়নি। থম্মোয় অদুনা ঐগী ইমাংদা লেপ্লগা হায়কম থোক্তবা ব্বা হায়বিরি। মফম অসিদগী চৎপিখিবনা ফগনি।

তোম্বগী অসিগুম্বা খোম্থী খোনচোপ অসিদি চাউবগী মনাদা হাপ্পিরমদে। অদুবু মানা তোম্বগা ব্বা ঙাংনবা তল্লম্মী। চৎলমদায়দা "তোম্বা, তেরাখোংগীদো নংগী ওইরো, অতৈ অমা পাল্লনু। অতৈ লৌফমদা চংলবদি নথবায় মাংজনি। হায়বিদে হায়নি" হায়রল্লগা চৎখি।

তোম্বগী অমত্তা পোকচবা লানঙম হৌখিবা চহিদা মেট্রিক পরিক্ষাদা মকোক ওইবা ছাত্র ১০গী মনুং চনখি। মফম কয়াদা অফবা ছাত্রগী মনা ফংগ্রবনি। নোংমাইজিং নুমিত্তা লানঙম্না যুমদা লৈরিঙৈদা মপানা য়াম্না শাউনা হল্লকপগী মরম হংলম্মী।

"নপম্বৌনা ঐবু হাৎকনি হায়"।

"করিগী পাজি" লানঙম্না হংলি।

"নপুনা নপষ্টোদা লৌ লৌরাক অমা পিগ্রে, মদুনা চাবা ওক্তে লৌ লৌরাক অমগা অমুক্সু পিখো হায়রি" মপানা হায়রম্মী। "লৌ লৌরাক অমা মঙোন্দা পিথোকপ্লগা ঐখোয়গী কয়া লৈরি" মচানা মপাদা হংখি।

মপা- 'অঙাংগী মতুং ইন্না লৌ য়েন্নসি। হায়া ঐঙোন্দা লৌরাক অমা পিবা অদুদি তোঙান চাবদা শিজিন্নৌ হায়না পিবনি। তশেংনা লৌদি য়েন্নখিগ্রি'।

ঐনা হায়- তাচৌগী লৌরাক অমা ঐগী লৌরাক অমা পিবনি অদুগা লৌ শঙম অমা ঐঙোন্দা হেল্লিবসিনা অহল অনি কোনবগীনি। লৌ পিনিংগায় লৈতে হায়বদা মানা ঐখোয় হিংলিঙৈদা চপ চাবা তৌনহৌরসি। ঐনা অঙাং মরিনিনা পরি অমা লৌরগে। লৌ শঙম অমা তেরাখোংদা লৈরিবা অদু নং লৌ। অদুদগী হেক্লিললকবদি নথবায় মাংগনি হায়রল্লগা চংখি।

লানঙম্না হায়- পাজি মখোয়দি য়াম্না কল্লকচাউবা, শানা চংকদবা লিচং চংলবনি। ইপু ইবেন নাবদা নোংমতা লাক্তবা ইপষ্টো ঙাউরবনি। ঐখোয়গী ইপষ্টো অসি ফনসু অহল ওইরে। অদুবু নুংতিগী ইম্নাহলগা খংনৈ মীগসু খংনরি। নহান নোংমা মাগী ষনগা মীগী ষনগা বায়নবদা মাগী ষন চেনবদগী ষন অদু মঙক্কা উচুক্কা ক্রক ক্রক লাকশিন্দুনা পুনশিল্লগা য়াম্না থিনা ফুবিগ্রে। নুমিত্তুদা তোল্লবা ষন অদুনা কয়াদা বানা খাংখিবা, মীদদা নত্তে মাদি শান্দসুনি।

তাদা য়ামোগা শ্যামোগা নুংতিগী নুমিদাংদাব্বু ঙাওর-ঙাওরগা হেক হেক হল্লকই। মপানা যু থক্কনু হায়। মপা মচাসু হেক হেক ফুনগে তৌই। নোংমদি শিনবা য়াওরক্কনি। চীংখৈগা মঙালগসু লাইরিক লৈনবা শেল, এক্সসাইজ বুক লৈনবা শেল পিয়ু হায়না মপা মমাদগী নুংতিগী লৌথোক্লগা দ্রগ লৈরগা কাপ্পা, চাবা তৌরে। মসিবু হৈক্লবা খংক্লবা মী অদুনা মসিবু থাদোক্তুনা চংপা ওমদে হায়নৈ। মখোয়সু কুইদ্রে দোজ হেন্দুনা শিগদবা।

মীনা ঐঙোন্দা ইয়াম্বা অনি অসিগা ইনাও অনি অসিগা করি থোক্লবগে হংজি। ঐনা করিসু থোক্লদে যুম লোন্নবদনি খুম্মী। মখোয়না ঐঙোন্দা মখোয়গা তিন্নগনুকো হায়।

পাজি ঐখোয় ৱাগুমসি। মখোয়না ঐখোয়দা করি তৌয়কপগে য়েংখিসি।

নুমিৎ খরনি লৈরগা ৱাখোং মপান্দা তোম্বনা মনপোৎ খোয়রিঙেদা রামোগা শ্যামোগনা য়োখোক অমমম পায়রগা মাগী মনাক্তা লাক্লম্মী। অদুগা মখুরা তোম্বদা হায়রম্মী- খুরাতোন তেরামখোংগী লৌ নত্তনা অতৈদি ঐখোয়গী ওইরবনি। খুরাতোম্না লৌ খোয়বা, হুনবা, লিংবা লোয়না তৌবিবা য়াই। অদুগা লৌ খাউবা য়ৈবদি ঐখোয়না তৌগদবনি।

ৱাশিং অসি হায়রল্লগা মচিন মনাও হুনগ্রে। তোম্বনা মখোয়দা করিগুম্বা ৱা অমত্তা হায়খিদে।

তোম্বা মথৱায় নুংঙায়তনা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী। মতম অদুদা লানঙমদি এম,ইউদগী হল্লক্লমবদা ঙায়রম্মী। মচানা চাক ঈশিং চাবা লোয়রগা মপঙ্খৌগী মচা অনিনা মঙোন্দা হায়রম্বা ৱা পুম্নমক তল্লম্মী।

ৱা অদু তারগা লানঙম্না মপাদা থেল্লম্মী- পাজি করিমতা অকি তুজুংবা য়াওদনা লৌ উবিয়ু। ঐখোয়গী লৌফমদা মখোয়না চংলক্নুনা ফুরবা ওইখোক্তে। মরমদি হান্না কেশ তৌনরকপা লৌফম নত্তে। চুম্না মখোয় মচিন-মনাও খর য়াম্বদুনা খুৎকন পাঙ্গনবনি খঞ্জদুনা ঐখোয়দা থপ তৌদুনা য়েংবনি। অমুক অনিরক মতৌ অসুম্না লাকপা য়াই। মতুংদা মখোয় পাজিগী নাক্তা লাক্লবদি লৌ থারগা লৌ শুবা নিপা অমগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ৱারি শাদুনা লৈথোকপিয়ু। মখোয়দা ৱারি শাবিরবসু করিসু কাইদে। চহি কয়া ঐখোয়না উদুনা লাকপা লৌফম্বু মখোয়নি হায়না মুনবা, লৌলোন্নবশিংনা ঐখোয়গী মীচং ওইগনি'। অদুগা মখা তারম্মী, 'মখোয়না খল্লিবদু লাল্লি অদুগা মখোয় হৌজিকমক্তি হিংচাবা ওইদ্রি। ঐখোয়না উরগা মখোয়না লোকপা হায়বদুদি কেশ তানরবা কান্দতা ওইগনি। ঐখোয় হৌজিক মসিদা খনগুমসি। খুঙ্গংগী লমদা লৌদা হার হাপ্লগা ফৌথোক হেল্লি হায়বসি কনাসু য়ানিংদ্রি। ঐখোয়দি পাজি হার ফজনা হাপসি। লৌওন ৪-৫ সুবদা হার হাপ্লগা লিংলবদি ফৌবোৎ ১০ থোকপা লৌফমদা ৩০-৪০ থোক্কনি। মদুগী মরমদা ঐ ফজনা তল্লে।

পাজিমা পুক্লিংদা নুংঙাইরভবা লৈরগা লৌ লোকপা নুমিত্তা পুলিস ঙাকহল্লসি। ঐখোয় অসুম তৌগনি হায়বসিদি কনাদসু তাক্তুমসি।

মীকভ্ভবা মপা মচা মখোয়সে কনানসু নুংশিদে। অদুবু অততায় ওইনা মখোয়গা য়েক্লবদি মী লোয়না তন্নগনি। ঐখোয়গীদমক্তা থৌনা ফনা ব্রা ঙাংনিংঙোয়, চোংখোকপিরক্রোই। নখোয় নখোয় য়ান-য়ানবা তৌনৌ হায়রমগনি। অদুদি ঐখোয়দা করিসু কান্নদে, হৌজিক্কি মতমদা মীফভ্ভবা মী অসিগী মায়োক্তা লৈবদা হোরেন নুমিদাং মখোয় লাক্লগা ফুরমগদ্রা খন্নরবনি। তৌবতদি ঐ প্রধান্দা, মেম্বরদা অদুগা পুলিসতা পাউ পিদুনা থমজিঙ্গে'।

লানঙম্মা হায়খিবদুনি। পুলিস অহুম ব্রায়খোংগী লৌ লৌরাক অমদা ঙাকহল্লে। তেরাখোংগা ব্রায়খোংগা পুল্লপ খাউরগা হব্রাগাড়িদা পুরকখি।

তোম্বগী লৌফমদা হার চাইবা চাউবগী লৌগা থংনরবসু চাউবনা খংলমদে। মাগী ফৌ চরোং তেনবা অদুগা তোম্বগী ফৌ চরোং শাংবা, য়াম্না পানবা উবদা ঙক্লম্মী। মদু উবদসু মহাক অমুক্কা হেন্না কল্লক্লম্মী।

চাউবগী মপা মচানা শুকব্রা ব্রাদনা তোম্বগী লৌসু লোক্লগদবনি খন্দুনা লৈজবনি। অদুবু অরেম্বা তাপ্রে। মখোয় মশেন তুক্কচবা ব্রা হায়নদুনা চৈনখি অদুদগী ফুনরকখি। শ্যামো মখোঙ তেক্লে অদুগা মপা চাউবনা শগন নামা শিথরে তৌদুনা ইম্ফালদা লায়েংলুরগা হল্লকখি।

থা খর লৈরগা রামো মখোয়গী পুম্ব্রিদা তাদুনা শিখি। মীনা হায়নবদি শঙম্নুংদা গাড়িদগী কুমথহৌব্রি, অদুদগী য়ুমদা হল্লকপদা পুম্ব্রিদা তাবনি হায়নখি।

চহি ওল্লক্লে কুমগী নোং লাক্লে। শ্যামোনা লুচিংদুনা মনাও অনিগা লোয়ননা লাক্লগা লৌ খোইরিবা তোম্বদা ফুগে তৌরকখি। নাক য়েত্তা লৌ খোইবশিংনা খংবদগী চৈতুপ পাইদুনা চাউবগী মচাশিং তান্নরম্মী। অদুগী মতুংদা মখোয় অমুক হন্না লাকখিদ্রে।

চহি ৫ রোম হৌপ্রে। চাউবগী মচা শ্যামোসু য়ু থকমিন্নবা মশেন নিংঙায় শংদানবদগী ফুনবদা পানফম চাদনা পানবদগী শিদোকপ্রে। রামো শিবা হাক্তক্তা কয়া নুংঙায়খিদবা, হৌজিক শ্যামো শিবদা মমা মপাগী থম্মোয কাইরে, মখোয়গী আশা মাংপ্রে।

চহি ওল্লিগুঙৈদা ছাত্র ১৫ দ্রগ চারম্বগী ফাদুনা জেল য়ৌপ্রে হায়না মীয়াম্মা খবরদা থেংনখি। ছাত্র ১৫দুগী মনুংদা চীংখৈগা মঙালগসু য়াওপ্রবনি।

চহি খরগী মমাং ফাওবদা ঐ মঙায়রে হায়দুনা লৈরম্বা চাউবগী থৌনা লোয়না মাংপ্রে। তোমৈগী মচা অমবু মাগী মচা অনি চংদুনা কুহনবা, খেলেনগী মচা মখুং থুদেকপিবা, মনাওনুপা তোম্বগী লৌ য়ুনগে তৌবা, মীগী ঙানু, য়েন হুদুনা চাবা, মীগী পোং-চৈ লৌথ্রগা শেল পিরমদবা হায়রুরগা ফুগে তৌবিরকপা ময়াম অদু চাউবনা কাওরবসু মীশিং অদুনদি কাওদ্রি। মাগী থোঙ্গাল মপাদা মতিন শিংচিল্লি।

চাউবগা মাগী নুপীগা থাখলগী লায়নানা নারম্মী। চাবা থকপা য়াদ্রে, তুম্বা য়াদ্রে, য়াম্না থুনা মখোয় অহল ওইশিল্লরুম্মী। মখোয় ইম্ফালদা চত্তুনা লায়েংলম্মী। মখোয় ঙাওরে, অদুবু মখোয় মশাদি খংজরমদে। অঙাওবগী শঙ অমদা লৈবা তারম্মী। মখোয়না লৌ-ইংখোল য়োনগে হায়রম্মী। অদুবু কনানসু লৈনিংঙমদে। লৌ ইংখোল শিংত্রে। মখোয় অশিবগী খয়াত্তা অসুম অসুম চংশিল্লম্মী।

তোম্বগী মচা লানঙম এম,পি,এস,সি গী ইকজাম য়াওরম্মী। হৌজিক মহাক এম, সি, এস ওইরে।

চীংখৈগা মঙালগা জেলদগী থাদোরক্লম্মী। অদুবু খুলগী মীশিংনদি মখোয় লৈরগা অঙাং অতৈসু দ্রগ চারক্কনি, খুলদা লৈহনগুমসি হায়না থারেপ্লখি। মখোয় ময়ুমদা চংহন্দ্রে অদুম্মক তাম্থোকপ্রে।

মপম্থৌগা মমাহনগা নারে হায়নৈ। মদু তাবদা লানঙম্না মখোয় অনিনা লৈরিবা নমথিপ্লবা কা অদুদা চংলগা অনাবা হংলম্মী। মখোয়না হায়রকখি- ইচা ইবুংঙো, ইকাইখ্রেদা চীংখৈগা মঙালগা ইচা অনি থাদোরক্লগা চাক ঈশিং থোংবিদুনা ঐখোয়গী সেবা তৌগনি খনখি। অদুবু মখোয়দা পকপা মহিক অদু অতৈ অঙাংদা শন্দোরক্কনি হায়দুনা য়ুমদা চংহল্লক্লে। নারে ঐগা নমাহলগা শিরনি। ইচাশিংসু ফত্রে, লৈকাই মীসু

ফত্রে। নখোয়গী লৌগা থংনবা হায়খোংগী লৌ লৌরাক্তো য়োক্লি, অদুবু মীশিং অসিনা লৈনিংদে। ঐখোয় শিদৌরে শিরগা মখোয়গী ওইগদবনি খল্লিমাল্লে। ঐখোয় শিবা ঙাইহিরি হায়বা তাই। ঐ ঙাওরে। চামন্দবদগী ফমুংদগী হৌগংপা ঙমদ্রে। হেক শিরগে হায়বসু করম্না শিগনি? ইপন্নদি লমচৎ শাজং ফজরক্তবনিনা মীনা কয়া নুংশিদে কনা অমত্তা ঐগী ইনাক্তা লাক্লিংদে। থবক অদুমতা তৌবিয়ু হায়বদা হোয় তৌবিগে হায়রগা অমত্তা তৌবিরক্তে।

লানঙম্না মখোয় অনিবু লায়েংবিরম্মী। অদুবু মখোয়দি শঙমগুম তৌরম্মী।

-ঃ(০)ঃ-

# উচিদা অমুক হজিনবা

ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙেদদি তাদা ভম্র য়াম্না নুংঙায়বা মী ওইয়রম্মী। হৌজিক্তি মামুক লাইরবা লৈকাই অনি অহমসিদা লৈতে। মী হায়রবসে মপান ফরিবা, নুংঙায় য়াইফবা মীদুতা মীনা নুংশি। মতম অদুদা মঙোন্দা মীনা নুংশিরম্বদো ঙসিদি মহাক লাইরবনিনা কনানসু মাবু নুংশিবিদ্রে।

নোংমা মানা ঐঙোন্দা নুং চক্রি অমা পুরক্লগা ঐগী ইনাক্তা ফম্লে অদুগা ঐঙোন্দা হায়রম্মী- 'ইবুংঙো ঐ মসি ইবুংঙোদা য়োনগে পুজরকপনি'।

ঐনা অহল অদুদা 'ঐগীসু লৈনে' হায়রম্মী। তাদা ভম্রনা খর নোক্লগা ঐঙোন্দা হায়খি- 'ইবুংঙো করিগী লৈরম্লোইদগে' অদুগা ম্বা মখা তারকখি- 'ইয়ুং খুদিংদা নুং চক্রি অমমম দরকার ওই। নোংমদা চাক অনিরক চায়দো। চাক হায়বসে ফৌ তক্লগা চেং ওল্লগা থোংবনি। ঐনা ইনাওদা হায়জবদি, ঐ লৈতে, লাইরে। পোৎ অসি লৈবিনবা কনাসু লৈত্রে। ইয়াম্বু চরা হেন্দুনা শিবা তারে'।

মাগী ম্বাদুদা ঐ ইকাইরম্মী। "মমল কয়ানো তাদা" ঐনা হংলম্মী। "লুপা ২৫দা পিয়ুদা"।

ঐনা মঙোন্দা লুপা ২৫ পিরম্মী অদুগা চা থকসি তাদা হায়রগা ঐনা তলগা চাগা হোটেলদগী লৌরুরগা মঙোন্দা পিরম্মী। মহাক য়াম্না হরাওবগী মতৌ অদু ঐঙোন্দা ফোংদোক্লম্মী। মানা চা থক্লা থক্লা ঐঙোন্দা হায়রম্মী- তাইবংপানদা ঐখোয় লিলা শান্নবা লাকপনি। নংনা পার্ট অমা পুবা, ঐনা পার্ট অমা পুবা তৌনবনি। লিলাসিদা ঐহাক লায়রবা অমা শারগা থোরকখি। অদুদগীদি খরা লৈরগা ঐঙোন্দা লাইনা শেল পংপিদা পিরকখি। চাবিনবদি য়াওদে। শেল লাকপদি লেপ্পমদে। শেল অদুনা লৌ লৈশিল্লি। লৈতবা লাইরবদা মতেং পি, কনাগীদনা লৈভবগী শোরাং

শোনবিবা, লায়েংবা ওমজলবদা মী কয়া লায়েংবিবা, বৃন্দাবন চৎনিংবা অহল লমন কয়া ঐনা শেন পিদুনা চৎহল্লম্মী। ইয়াম্বগী লৌ পরি ৫০ মুক লৈরম্মী।

ঐনা মানা ওাংলিবদুগী মরক থৎনা হংলম্মী- করম্বা কান্দা লাইরনা হৌরকখিবগে? করম্বা অমুক লাইরবদা হঞ্জিনবগে?

তাদা ভদ্রনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী- হোয় বারি তৌগে অনুবু চাদো অমগা থক্কেদনা।

ঐনা হোটেল তান্না চত্তুনা চা অমগা তল অমগা লৌরকগা মঙোন্দা পিরম্মী। মানা হরাও হরাও লৌশিল্লগা থক্লা তক্লা বারি লিরম্মী।

ইমা লুপ্লাবী ওইবদগী ইবুক থন্না চানিংঙায় লৈতদুনা নোংমা লুবাংশংবমদা টাটা গাড়ি অমগী দ্রাইভরদা "ঐসু নখোয়গী থবক খর য়াওজগে" হায়রম্মী। মখোয়না ঐখোয় নেফাদা চৎকনি নয়ুমদা পাউ পিরো চৎসি হায়রকখি। ঐনা হরাওমনগ্রদুনা লুবাংশংবমদা লৈবা ইনেদা "ঐ মতম খর থবক শুবা চৎশ্রে হায়বসি ইমাদা পাউ খর তাকপিয়ু" হায়রল্লগা অহলশিং অদুগা গাড়িদা য়াওরম্মী।

নেফা (অরুনাচল প্রদেশ) য়ৌরগা মী অমনা কোনবা থুংদবা চাওরবা, শাংলব উশিং অদু ফুট ১৮ শাংনা ককথৎলগা হৱাগাড়িদা হাপ্লগা জোর্হাটতা লৈবা উগী সো মিলদা থারম্মী।

নেফাদা মী কয়ামরুম্না চে মচেৎ অমমম পুরগা জঙ্গলদা চৎশিনখি। মখোয় মখোয়না পায়রিবা চে মচেৎশিং অদুদা উগী নম্বর ইরি। উগী নম্বর অদু ফংলগা মা মানা য়ানথৎচরম্মী। ঐনা উ অমা হেক্তো য়ানবা য়াদে। ঠিকাদার অদুনা পিবা নম্বর অদুতা য়ানগদবনি। উ অমা য়ানবগী মমল লুপা ১৫নি। অয়াম্বা মীশিংনা নোংমদা উ য়ানবগী চাংচৎ অসি ৫-৬ তগী হেন্না ইঙম ওন্নমদে। ঐসু মতম খর উ য়ানবা য়াওরম্মী। শামু লমশা কিবদগী ঐ উ য়ানবা তোক্লগা হৱাগাড়িগা য়াম্না লোয়নবা অমা ওইরক্লে। খর লৈরগা অসামী মীতে অমগী গাড়ি ঐবু পায়হল্লে। মফম অদুদা ঐ পাখং ফারে।

মহাজনগী মচানুপী লৈশাবী অমা লৈ। মানা ঐবু য়াম্না নুংশি হায়। অফুক খুদিংগী জঙ্গলদা চাক চায়। নুমিদাংদনা উগা চৌরমনা হেক হেক হল্লকই।

ঐনা গাড়ি য়াৎদুনা জঙ্গলদা লেক লৈথোকপা অসি মানা ঐগীদমক্তা য়াম্না কিবি। নুমিৎ খুদিংগী মানা ঐঙোন্দা মীতে লৈবাক্কী চাক ইনশাং থোংবা তাকপিন্নু হায়। ঐসু তাক্লিংবনি অদুবু তাকপা মতম ফংলমদে।

নোংমা খর ওন্না মহাজনগীদা থুংলম্মী। ঐনা ইন্নজরবা তুংদা মহাজনগী নুপীনা "নং ঐগী ইচানুপীনা নুংশি নংনদি নুংশিব্রা" হায়রকখি।

ঐনা "ঐসু নুংশি ইমা" হায়রম্মী।

"অদুনি ফরে ফরে" হায়রম্লগা অহনদুনা মাগী মথৌ তৌখি।

তেজিমল মমা মপাগী অমত্তা পোকচবি মচানুপীনি। তেজিমলগা ভদ্রগা লুহোংলম্মী। খর লৈরগা মচানুপা অমা ফংলম্মী। মহাক্কী মমিং মনি মুক্তা কৌবদগী খ্বায়না মুক্তা হায়না অদুমক খংনম্রে। মপু মবেন্না লুনা চান্না য়োকপদগী মুক্তা ওাংনবদা খরা ব্রানা থোকখি।

ঐহাক লুপা লিশিং কয়াগী মপু ওইরম্মী। মতম অদুদা অসামদা ঐখোয়না লৈবা মকমদা ঈশিং তোইনা চাউরম্মী। ইনেমবোক ইকুবোকসু লৈখিদ্রে। লৌ ইংখোল লোয়না য়োম্থোক্লগা ঐখোয় মনিপুরদা লাক্রে। মতম অদু শেল য়াম্না তাংগি। চা গ্লাস অমদা পৈশা ৪দা পিরম্মী। লৌ পরিদা লুপা ৮০০ দগী ১০০০ দা পিদুনা ঐনা অসামদগী তাল্লকপা শেলনা চহি অনিদা লৌ পরি ২০মুক লৈশিল্লম্মী। খর লৈরগা ঐবু পোকপা ইমাসু অদুগা নুপীসু কোলেরাদা লৈখিদ্রে। অসামদগী পুরকপা গাড়ি অদুগী মনুংদা ফাল অশাংবা ১০মুক থাজিল্লগা ককচিং হনগৎ হন্দা চেন্নরে। মদুদসু ঐঙোন্দা লৌ য়োনগে হায়না মী কয়া লাকখি। ঐনা অসামদা লৈহৌবা শেল খোমজিল্লুরগা লৌ-শিং পংলৈদা লৈশিল্লম্মী। মতম অদুদা অতে পোত্তি অসুম তাংখৎলগা লৌগী মমলদি হান্নগী মমলদা অদুম লৈরম্মী। লৌ পরি ৫০মুক ওইরে, ফোর গাড়ি অমসু অদুগা নিসান গাড়ি অমসু লৈদুনা ঐখোয় য়াম্না কেথোক মৌথোক্লা ঐখোয় মঙায়রে মতাগুম হিংলম্মী।

ভদ্রগী মচা মুক্তাসু গাড়িগী মরমদি খরদি খংলবনি করিগীসু খংলোয়। গাড়িগা অয়াম্বা মতমদা লৈরবনি। মী তোংদবা কান্দা থৌদোক থৌজিন খর শান্নরবনি।

নোংমদি চীং মচা অমা লাক্লগা লুহোংবা অমা চংলম্মী। ড্রাইভর মতুমদা গাড়ি মা থৌগে হায়রম্মী। ড্রাইভর মতুম্না য়ারমদে। চীংগী লম্বীদা হেন্দল (ষ্টারিং) পায়দনবা হায়জরম্মী। অদুবু মুক্তানা নমদুনা ড্রাইভরদগী হেন্দল মুন্নগা গাড়ি থৌরম্মী।

পেসেঞ্জর গাড়ি অসিনা থেক্লা খোয়না লৈবা চীংগী লম্বী অদুদা অসুম অসুম অওন্বা কাখৎলম্মী। গাড়ি ড্রাইভর মতুমদি ইঞ্জিন্দগী থোরকপা মৈশাগা মহাজনগী মচা মুক্তানা গাড়ি থৌবগী কিবগা অনিসিনা মশাদা হুমাং বৃ বৃ কাংলম্মী। চীংগী অওন্বা কাবা লোয়রকপদা ড্রাইভর মতুম্না মুক্তাদা 'ঐ অমুক থৌজরগে অওন্বা থৌদবা লুবনি' হায়রম্মী। অদুবু মুক্তানা হেন্দল শুকথা থাদোক্লমদে। মানদি গাড়ি কাখৎপবুদি কুমথবনা হেন্না লায়বনি খন্দুনা গাড়ি অদু চীংগী অওন্বা লম্বী অদুদা থেক্লা খোয়না থৌথরম্মী।

খওহৌদে গাড়ি অদু মিটর ১০০ লুবা লোকখাদা ওন্থখ্রে। অতোংবা মী ৪৯গী মনুংদা খুদক্তা ১১ শিখ্রে। কয়ানা অশোক অপনগী কপ্পা, লাউবা, নাহেবা, কনাগী মপুরোইবা, কনাগী মচা শিবা, মথোক কারকপা পাখং লৈশাবী য়াওনা শিখি। নুমিদাং পুং ৬তা এক্সিদেন্ট থোকপনি। পুলিসশিং ইকান কান্নদনা য়ৌরকখি। ডাক্তরশিং অমসুং নর্সশিং এম্বুলেন্স গাড়িগা লোয়ননা নুমিদাং পুং ৯দা য়ৌরকখি।

নুমিৎ অদুদা ড্রাইভর মতুম শিখিদে। অদুবু মহাক হৌজিক ফাওবদি মনিপুরদা কনানসু থেংনৈ হায়দ্রে। মহৌশা কনাগুম্বা অমা অনিনদি মহাক শিদে নেফাদা উরম্মী হায়খি।

মথৌ নত্তনা মথৌ শাবদগী মীয়াম অমগা লোয়ননা মহাক শিখি। মহাজন ভদ্রদা পুলিসনা হায়খিখি- নংগী নচা বারক্তবদগী, নংগী নচানা নমদুনা গাড়ি থৌবদগী এক্সিদেন্ট থোকপনি। মসি এক্সিদেন্টতা হিংহৌবশিংনা হায়বনি। পুলিসনা মখা তারম্মী- অশিবশিং অসিগী কম্মগী শেল অদুগা অশোকপশিং অসি লায়েংবদা চংবা শেল পুম্নমক নংনা পুথোক্কদবনি। ঐখোয় নহাকপু ফাবা পুনবা অমত্তা তৌরোই।

মরাইববক থিরবা গাড়ি মহাজন ভদ্রগী লৈজবা লৌ ইংখোল পুন্না হোঙনা য়োম্বোক্তুনা অশি অনাদা শেল লোয়না শিজিন্নখি। মচাবু কেথোক মৌথোক্লা য়োক্ন বদগী মহাক পুম্মুং মুংলম্মী। মানা শিরমদাইদা হায়রম্মী- লৌ-ইংখোল, লন-থুম, সনা-লুপা পুম্নমক অসি মতম খর খর পায়নবনি। মখোয়গী অশেংবা মপুদি প্রকৃতিনি, মী নত্তে। ইবুংঙো ঐদি ঐগী হান্নগী মফমদা অমুক হঞ্জল্লকপনি।

অমেরিকা পুথোক্লম্বা, নোংপোক্কা নোংচুপকা মরি লৈনহল্লম্বা কলম্বস কৌবা ভদ্রলোক অদুনা শিরমদায়দা ভিক্ষা নিদুনা চাখিবগুম, মহাজন ভদ্রসু শিরমদায়দা ভিক্ষা নিদুনা চাখি।

-ঃ(০)ঃ-

# মী মকোক

বিদুর কৌবা অহল অমা লৈরম্মী। মাগী মচানুপা গোপাল কৌবা অমা লৈরম্মী। মমা মপানা গোপালবু স্কুল কানবা ফনা য়াম্না হোৎনরম্মী। অদুবু মহাক্তি লাইরিক তম্বা শুকপাম পাম্লমদে। মখোয়না গোপালবু ক্লাস টু ফাওবদৎ তমহল্লগা তোকহল্লম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদগী মমা মপাগা চীংদা চৎমিন্নবা, পাত্তা কুম্বা য়াম্না পাম্লম্মী। মমান্নবশিংগা খৎন চৈনবা, ঙানু, য়েন হুরানবা অদুগা চামিন্নবা য়াম্না তৌরম্মী। মাগী খুঙ্গংগী অকোয়বদা লৈবা খুল খরগী লমহেনবা অঙাং ৬-৭ কসু তিন্নরম্মী।

পাখং মপুং ফারকপা মতমদদি গোপাল অকনবা তিনকি লাইকিদবা মী ওইরম্মী। অদুম ওইনমক মানা মী উশিত্তবা শুম শুম হেনগৎলকপদগী অশোনবা মীবু মানা নুংশিদ্রবদি মরম অমা পিশিল্লগা য়াম্না তমথি তমথিনা ফুবিরম্মী। মাগী অসিগুম্বা লমচৎ অসিদা অকোয়বদা তারিবা খুলশিংগী অহল লমন খরনা মচাদা ফুবিরকপগী শাওনরম্মী। মমান্নবা গোপালগী মপা মচা কিবদগী কনাদসু ৱাকৎলমদে।

গোপালগা অসুম মরুপ ওইদুনা তিন্নরগা লেম্বা, কাংলেন, মৈরাবা, নোঙালনচিংবা মখোয়শিংদসু য়াম্না থিনা থিনা ফুবিগ্রবনি। নোংমদি লেম্বনা গোপাল লৈতবা কান্দা মখোয় ৫-৬ তা হায়রম্মী - ঐখোয়না য়েন হুরে, ঙানু হুরে অদুগা মাসু য়াওনা চামিন্নবা ঙাক্তনি। মসিদা ঐখোয়খৈনা মা লৈতবা কান্দা হুরগা মা য়াওদনা চাথোকখি মাবু হৌরমদে হায়দুনা ঐখোয় তরুকপু মানা খজায়দা কিন্না অমুক অমুক থিনগ্রে, মহাক্কী মতৌসে ঐদি য়াম্না কিশল্লক্রে। ঐখোয় অমমম ওইনা হাৎখিগদ্রা খল্লে। ঐখোয় অমনা মাগা পাবা ওইথোক্তে। মহাক্কী মপাঙ্গল শাথিনা কল্লি। মাগী পাঙ্গল অদু মী ফুবদা শিজিন্নবা ঐখোয় করিসু হায়দে। তিন্নবা মরুপ মপাংদা মানা অসুম তৌবসে

করিগীনো ঐদি কত্তবা থবকসি থাদোক্লিংলেবসি অদুবু মানা মদু হেক খওখিবা মিকুপ্তা ঐবু লেম্না থাম্লোই। অদুনা ঐ কিদুনা লৈরি। ঐখোয় মক্তা তরুক্লা মহাক হাত্তোকপদি কমদোই? করিগুম্বা মাবু ঐখোয় ৫-৬ না ফুনবা, হাংনবা হোংনবদা মহাক্লা নাহ্লোকুনা চংখিবা থোক্লবদি ঐখোয় অমত্তা হিংলরোই। অদুনা য়াম্না চেকশিন্না লিংজেন মান্নবা মাবু ফাসি, পুনসি, অদুগা হাংসি। ঐখোয়না মা অমত্তবু য়াম্না কিফম থোক্তে। ককচেংশিংনা অচৌবা তিনপ্লোক কারগা পুই অদুগা চাথোকই। ঐখোয়সু মখোয়দৌনা লিংজেন মান্নরগা লোইরে।

কাংলেন্নচিংবা মখোয়শিংনসু মহাক 'হাত্তোক্লগা থিবা খংদনবা ফুমখিসি" হায়রম্মী।

"নত্তে মাদি হিংনা হিংনা লমহুইদা পিজসি। নহান মানা ঐগী অথিকমদা কাউবদগী ঐ ঙায়হাক গ্যান মাঙলূরবনি"। মৈরাবনা মথা অমুক তারকখি "খুলগী ষনজাবুঙ অসিদা নুমিৎ তাবগা চীংদগী লমহুই কুমথরকই। মহাক য়াম্না বানা শিবদো ঐখোয় য়েংসি। মসিদা মহাকপু মখোঙ মখুৎ পুনশিন্নগা কোম অমদা মঙকশম ফাওবা ফুমদুনা থম্লবদি ঐদি পেনগনি। লমহুই থোরক্লগা মঙোন্দা চাগে তৌবদা মানা তৌগদবা মতৌ অদু য়েংনিংঙি। অহানবদা লমহুইনা মাগী মমাংদা লেপ্তুনা লৈরগা য়েংদুনা ঙায়হাক লৈগনি অদুদগী মনা অমা থংলগা মাগী মমাংদা চাগনি অদুদগী অমা অমুক। মাদি পোং অমা উবগা পাক হেক্তা লাক্তে। পোং অদুগী মশক খংলগা লাকই, চায়। লমহুই থোরক্লমদাইদা মাগী মচিন্দা ফাবিবা প্লাষ্টর লৌথোকসি। মানা মনিং তম্না লাউজবগু অদু ঐখোয়সু হন্নাওনা তানবা।

মখোয়না ষনজাবুংগী মতাম্ন্দা ফুট মরি লুবা কোম অমা তৌরগা থম্লম্মী।

মখোয়গী কাংবুনা গোপালবু হাংসি হায়না লেপ্লবা নুমিৎ অদুদা মখোয়না লম্বী চংপা হুই অমা ফাননবা হোংনবদা মখোয় লোয়নমক হুইনা

খোংপা, চিকপা তৌরম্মী। মখোয়না হুই অদু অঙাওবনি হায়রবদি খজরবদে। হুইনা চিকপা খোংপা তৌরকসু মমল য়াম্বা শা অমা মখোয়না কাবা গুল্লগী চাউখোকচরম্মী। মখোয়না খুল্লক্তা খোংকম লৈতে হুন্নদুনা ঝনজাবুংগী নাকন্দা খোংবা চাবা য়ানরম্মী। গোপালসু য়ারম্মী। চাক-ইশিং চাবা-থকপা লোয়রগা মখোয় ভনা মমিংনা ইঙ্গিং তৌনরম্মী। অদুদগী মখোয় ভনা মাবু য়াম্না কন্না নমদুনা মখোঙ মখুং পুনশিল্লম্মী। মহাক্না য়াম্না কন্না মুকুনা খোঙনা নাম্ভোক্লবা হোংনরম্মী। চৈবা, থাংবা-লাউবা কন্না তৌরম্মী। অদুবু মচিনবান অনি নকশিন্ননা প্লাষ্টর নশশিনখিবদগীদি মহাক উপায় লৈরমদ্রে। মহাক্কী মখোঙ মখুং থূপচিল্লগা কোম অদুদা গুকশম ফাওবা লৈবাক শিজিল্লম্মী। অদুগা মখোয় অমনা লৈবাক অদু নেংশিল্লম্মী। মখোয় তরুক্তা গোপালনা ওংখিবা ফুখিবা কয়া অদুনা মহাকপু লমহুইগী চিঞ্জাক ওইহনগদৌরে হায়রম্মী। অদুদগী মখোয়না মাগী মচিন্দগী প্লাষ্টর লৌথোক্লগা "নং করি হায়নিংবা লৈবগে শিদ্রিঙৈদা হায়হৌরো" হায়রম্মী। মানা লেপ্পগী মমায়দা মতিন শিংচিল্লকখি অদুগা হায়রকখি- "নখোয়না ঐঙোন্দা তৌরিবা মওং অসি করম্বা মখলগী ফাগীনো? য়াম্না থুনা হন্দোকউ ঐ য়াম্না ৱারে"। মৈরাবনা খুল্লম্মী- "নংবু হাংপগী ফাগীনি" অসি হায়রগা মখোয় য়াম্না কন্না নোক্লম্মী। মতম অদুদা মখোয়না কনাগুম্বা অমা মাইকৈ অদোমদা লাকপা উবদগী অশোংবা মোংশোং অমগী মরুমদা লোংলম্মী।

মতম অমদা গোপালনা য়াম্না থিনা ফুবিবদগী মখুং ওই তেক্লবা ৱাংলেন কৌবা নিপা অমা খুলগী ষন শেনফম লম্পাক্কী মতাইদা শীং থিবা লাক্লম্মী। ষনথি অকংবা য়াওবা বোড়া চিং চিংদুনা লাকপদা গোপাল ফুম্বা মফম অদু য়ৌরক্লম্মী। ৱাংলেন্না গোপালগী মকোক উবদা গুক্লম্মী। মহাক্না অশিবা মীগী মকোক্লা অহিংবা মীগী মকোক্লা থংননবা কোক অদুগী মনাক্তা চংলম্মী। মঙক থর নোম্লগা মমিং তরু তরু পাংদুনা পিনা থুমহংনা ৱাংলেন্দা কনবিনবা য়েংলম্মী। মী অসি হিংলি হায়বা খংবদগী মহাক্না মচিন্দা নপ্পা প্লাষ্টর অদু লৌথোক্লগা মশক খংনবা য়েংলম্মী। প্লাষ্টর হেক লৌথোকপগা য়াম্না তমখিবা গোপাল, মতম অমগী মাগী অচৌবা য়েক্লবা নিপা অদু ওইরম্বদা ৱাংলেন গুক্লম্মী।

বাংলেন্না য়াম্না নুংশিদনা গোপালদা হংলম্মী। নংবু 'কৌনাপোকপীগী মুত্তুম গোপাল নংত্রা? নং ঐগী তমথিরবা য়েক্লবা, ঐগী ইখুং ওই থুদেকপা নিপাদুনিনে নংবু ঙম্বা মী লৈবোইহ্রে। কনানা নহাকপু ফুম্বীবগে? ঐ হন্দোক্কে হায়রবু থাং থাংজৌ য়াওদে'।

বাংলেন্না ঙাংলিঙেদা গোপালনা 'ঐবু অমুক্তদি কনবিরম্মু'। লৈবাক অসি খজিক্তং খেত্তোকপিবদা ঐ হেক্তা হৌগংচবা ঙমগনি। ঐ নখোয়দা য়াম্না লানম্রে। ঐবু অমুক্তদি পোকপিয়ু, ঐবু অমুক্তদি ঙাকপিয়ু।

বাংলেন্না হায়রম্মী- নংনা হায়রিদো হিংচবীনা শরি শোনবা হায়বদুনি। লিন খারৌ নংবু ঐনা তেহনবা ঙম্লোই। গোপাল নংনা নহানমখে অফবা মী ওইদুনা লৈরবদি কনানসু অসুম্না তৌবিরোই। নংগী ফত্তবা ময়াম অদুনা নংগী খ্বাং থুংঙেদো। নংনা ইখুং থুদেকপ্রবা ঐনা করম্না নংগী থবায় কনদৌরি ?

গোপাল- বাংলেন, করিগুম্বা ঐ অসি কনাগুম্বা অমনা হনদোকপিদুনা হিংবা থোক্লবদি নথবায় লৌথোক্কনি খংউ।

বাংলেন- ঙায়হাক্ত ঙায়রে লমহুই মফম অসিদা লাক্কদবা। শিরগদবা নংনসু ঐঙোন্দা ধপ তৌরি। অসি হায়রগা বাংলেন্না গোপালগী ময়াদা কিম্না থিন্দুনা ময়া অহুম থুদেকপিরগা হায়রম্মী- ঐগী খুং ওই থুদেকপগী লমন শিংঙে খঞ্জরগে। অসি হায়রগা ও খোংনা কপলিবা গোপলগী মচিন্দা অপাকপা প্লাষ্টর অদুনা ফাজিনবিরম্নগা চংম্রে।

মফম অদুদগী খজিক্তং চংথোরক্লগা অপিকপা মোংশোং অমগী মরুমদা গোপালগা তিম্নবা ফত্তবা পাথং তরুক লৈরম্মী। মখোয় উবদা বাংলেন শ্বায় লাওরম্মী। "মখোয়শিং অসিনা গোপালবু হাংকে তৌবনি" বাংলেন্না খল্লকখি "গোপালগা ঐগা বারি শাবগী মখোয় ময়াম্না ঐবু ফুগে হায়রক্দ্রা? হুম ঐ গোপালগী ফনবা করিসু তৌরমদে। মখোয়না ঐঙোন্দা করিসু তৌরকফম থোক্কে।"

মখোয়না অশোংবদগী বাংলেন কৌশিল্লগা হংলম্মী- গোপালগা বারি শারিবা করিগীনো? মানা করি হায়রকই? নংনা করি হায়রম্মী। শেংনা শেংনা হায়য়ু"।

ৱাংলেন্না মখোল নিক্লা মখোয়দা পাউখুম পিরম্মী। মরুপশা, মহাক ঐগী য়েক্লবনি। ঐগী ওইথংবা খুৎ নামা মানা চহি ৪-৫ গী মমাংদা থুদেকপিখি। ঐনা গুসি ষনখি অকংবা খুনষা শীং খিবা চৎপসিদা মা ফুল্লস্না উবদা ঐ য়াম্না হৱাওজে। ঐনা মঙোন্দা হায়জরম্মী- নংবু গুস্না মী লৈবোইরে। ঐনা মাগী মচিন্দগী প্লাষ্টর লৌথোক্লগা, ঐগী খুৎ থুদেকপগী, ঐনা কিন্না ময়া অহুম থুদেক্লগা, অমুক প্লাষ্টর নপশিল্লম্মী। মানা থাদোকপিনবা কন্না হায়জরকই। ঐনা মঙোন্দা 'লমহুই লাক্লগনি লমহুইদা হায়নৌ' হায়রম্মী।

মাগী ৱা অদু তাবদা মখোয় লোয়না হৱাউদুনা নোক্লম্মী। মৈরাবনা মঙোন্দা হায়রম্মী- ৱাংলেন, ঐখোয়না হৌজিক নুমিৎ তারগা লমহুই থোরকপা ঙায়রি। মহাক শিদ্রিকাওবা নহাক চৎপা য়ারোই। ঐখোয়না হৌজিক নংবু থাদোক্লোই। মরমদি নহাক্লা কনাগুম্বশিংদা তাকথোক্লবদি ঐখোয় অৱাকমদা তাগনি। নংগী ৱা অচুম্বনি অৱানবনি হায়বা ঐখোয় খংদে। করিগুম্বা মতুংদা ঐখোয়বু ফাবা পুনবা তৌনরক্লবদি ঐখোয় নংনা তাকথোকপনি হায়না লৌগনি।

ৱাংলেন- ঐনা মাবু কয়াম নুংশিদে হায়বদো মাগী ময়া থুদেক্লুনা ঈ ওৱো ওৱো থোকইবা অসিদগী নখোয় খংফম থোকই। হোয়, নখোয়ন ঐবু থাজদ্রগা গোপাল হাৎপা মীশিংগী মিংগী মকোক্তা ঐগী মিং ইয়ু। ঐনি মাবু হাৎনিংখিবদি। ঐবু মানা তমথিনা ফুরবা তুংদা ঐগী ইখুৎ থুদেকপনি। ঐনা মতম কয়াদা ৱানা খাৎপ্রবা। হৌজিকসু খুৎ ওই অসি করিসু তৌবা য়াদে। অদুবু নখোয়না হাৎপসিদা ঐনা কয়াদা হৱাওজবা, ঐগী খুৎ থুদেকপগী লমন খুম্বা গুল্লিবসি নখোয় ময়ামগী মপান্ননি। ঐদি মঙোন্দা করিসু তৌবা গুমদনা লাক্লবনি।

নুমিৎ তারমদাইদা ত্রাইবেল মরিখক নোংমৈ অনি পুরগা শা কাপ্পা মফম অদুদা লাক্লম্মী। মখোয়গা কাংলেনগী কাংবুগা মোংশোং অমগী মরুমদা থেংনদুনা ৱারি ৱাতায় শাদুনা লৈরিঙেদা ত্রাইবেল অমদি মপান থোকখিদুনা

অসুম চংখিল্লম্মী। কাংলেনগী কাংবুদি মতম অদুদা মিহুল শুরমগ্রে। ত্রাইবেল নিপা অদুনা মী মকোক অদু থেংনরম্মী। কোক অদু লেংবগুম তৌই খন্দুনা মনাক নক্লা চংশিল্লুবদা অহিংবা ওইরম্লগী লাকমিন্নবা মীশিংদা চেল্লকগা তাক্লম্মী।

মখোয়গী ত্রাইবেল লোম্না ঙাংনবা ওইরবসু মহাকপু কনবিননবা লৈবাক তৌথোক্কুনা হন্দোকপিগদৌরি হায়না লেপ্না, কাংলেনহোয়না লৌরম্মী।

কাংলেন্না য়াম্না নোল্লুক্লা মখোয় ৭কী মখুৎ মখোঙ থুদেকপা নিপা অসি ঐখোয়না ঙসি য়াম্না ৱানা ফারগা মাবু লমহুইদা মকোক অসি পিজগে থম্বনি, হন্দোকুমসি হায়রম্মী। মাগী মখোঙ মখুত্তি ঐখোয়না লোয়না ককথৎলে, মহাক হন্দোকপিরবসু হিংগদবা লৈত্রে। মাগী ফত্তবা মরমচৎ অদুনা ঐখোয়না মাবু লমহুইনা চাবা য়েংগদবগী থন্নিবনি। নখোয়সু তিন্না খোয়চাক ওইরগা ঙা ফাবগুম মাগী মকোক অসিনা লমহুইগী চিঙ্গাক ওইনা শিজিন্নরগা ঙসিদি লমহুই য়াম্না ফাবা, হাৎপা ঙম্লগনি। ঐখোয়দসু লমহুই অমত্তং চানবা পিবিরম্মু।

ত্রাইবেলশিং অদুনা হায়রম্মী- চুম্মী, ফত্তবা মীদি হাত্তোক্কদবনি। নখোয় ৭কী খুৎ মানা থুদেকপ্রবা! ও, নখোয়দি কৈদৌ লৈহৌই?

ৱাংলেন্না মাগী মখুৎ অতেকপা অদু ত্রাইবেলশিংদা উংপদা ত্রাইবেলশিংনা য়াম্না শাউনা হায়রম্মী- মকোক অসি প্রপ প্রপ শোয়দৎপা য়াদ্রা? লমহুইনা চাবা ঙায়রিবা করিগীনো?

নুমিৎ তারম্মী। অদুদগী অমম্বা হায়বদো চংলকপদা লমহুই খোংবা মখোয়না তারম্মী। লমহুইশিংনা গোপালগী মমাংদা লেপ্লরে। লমহুই অমনা মনা অমা, অমনা নামা থৎলে। মমিৎ কোংথোকলে। লমহুই অমনা গোপালগী মকোক চিকখায়নবা য়াম্না কন্না হোৎনরি। লমহুই অনি অহুমসু চংশিল্লক্কুনা গোপালগী মকোক মুন্নরি।

ত্রাইবেলশিংনা উপ্রাক্লা হিংবুনা মতম অমত্তদা মখায় অনিনা লমহুইদা নোংমৈনা কাপত্রে। নোংমৈনা পান্দুনা লমহুই অমখক্তমক শিরম্মী। লমহুই অমদি নোংমৈনা পাল্লবসু চেনখ্রে হায়রি।

লমহুইশিং মফম অদুদা অমুক লাকখিদ্রে। নুমিদাং পুং ৮দা মখোয়না গাড়ি অনিদা তোংদুনা লমহুই অদু খাউ অমদা হাপ্লগা পুখ্রে।

ত্রাইবেলশিংনা হনপ্লগা মখোয়না গোপালগী মনাক্তা চংশিল্লম্মী। গোপাল মমিং য়াওরমদ্রে, মখজায়, মনাতোন, মনা, চিনবান থক-খা অমত্তা য়াওরমদ্রে। মকোক্কী মহুক্তা ঈ মতুম ওইনা লৈরম্লে। মদু উবদা কাংলেনহোয়না খুবাক খুদুনা জগোয় শারম্মী।

থবায় য়াওরিবা, খজিক্তং হিংলিবা গোপালনা "ঐ শিবগুম নখোয়সু লোয়না শিরো" হায়রকখি।

মতম খর লৈরগা মখোয় মথং মথং লোয়না নারম্মী। নোঙালগী মমা মপানা নোঙালবু হোস্পিটালদা লায়েংবা পুরম্মী। ডাক্তরনা কুপ্না য়েংলবা তুংদা মহাক হায়দ্রোফোবিয়া (হুই অঙাওবনা চিকপদগী নাবা) না নারে হায়রকখি। ঐখোয়না লায়েংবা ওল্লরোই, লায়েংগদবগী মতম হেল্লে। মহাক্কী সেবা তৌবা মীসু মানা চিক্তনবা হোৎনৌ হায়রকখি। লমহেনবা মখোয় ৬মক হোস্পিটালদগী ময়ুমদা পুরক্লগা শিখি।

-ঃ(০)ঃ-

# সাহেবকী গাড়ি থৌরিঙে

নোংমা ইঞ্জিনিয়ার রাজেন্না কার তোংদুনা ওফিসতগী ময়ুমদা হঞ্জিল্লকলম্মী। মাগী শৌ শৌ লাওবী নুপীদুনা মা হেক উবগা পাউ তল্লকখি। মীদি কনা অমতা হৌজিক কালসে ওফিস কাদ্রে। নংদি থবক কখরেদকো, নুংতিগী ওন্না ওফিস কাখি, থেংনা হল্লকই। হৌজিকপু হুইনাও মচাদো মাংখ্রে, পুং অমরোম ফারে। নংনা খর খর ওন্না লাক্লবদি পোৎ মাংলবসু মাংদ্রবসু ঐখোয় বুদ্ধি লৌশিং থোকই, ঐনা য়ুম্লোম্লবখে চৎলুরে ফংদ্রে। নহাক অমুক্তা কদায় কদায়দনো য়েংবিরু। হুই অদুগী মওকশমদা পেটিতমক য়াওখি। চেন য়াওখিদে।

মা অদু তাবদা রাজেন্না "ফরে ফরে ঐ রাম শাদুনা শজি তান্নরুগে, হুই থিরুগে। ঐনা হল্লকপদা নং লৈদি লৈরম্মুকো। ঐনা ওফিস কাখ্রিঙৈদা হুইনাও মাংহনবগী ননম তংখে ফুগে' হায়রম্মী।

রাজেন সাহেবনা কার অদু গেরেজদা থমজিল্লগা একাগাড়ি তোংদুনা ঘিবনা খুদোং চাগনি খনবদগী একাগাড়ি পুথোক্তুনা লম্বীগী অবাং মাইকৈদা খর থৌরুরগা মখা মাইকৈ তম্না খর শাংনা থৌরগা শিংজমৈ কৈথেল্দগী খর হেন্দোকপদা মখারোমদগী লাকপা কার অমগা থৈনবদা কারদগী হুইনাও অমা চোংথরকপদা রাজেন সাহেবনা হুইনাও অদু তক্লম্মী অদুগা মাসু তুরম্মী। হুইনাও অদু কৌএং কৌএং তৌদুনা হৌগৎপা ঙমদ্রে। ইঞ্জিনিয়ার রাজেনসু মখোঙ লৈথেকপগুম তৌদুনা অকনবা চৈনাখোল ফংলম্মী।

কার থৌবা সাহেব অদুনা হুইনাও অদু পায়গে তৌবদা চিক্কে তৌরকখি অদুগা রাজেন সাহেবকী মনাক্তা চৎনিংঙম্মী। অদুবু মাগী মখোঙ অদু ফুকচবা ঙল্লমদ্রে। কার তোংবা নিপা অদুনা হুইনাও অদুবু নমদুনা থল্লগা

মখোঙদা হয়া হয়া নানবিরবা মতুংদা গাড়িদা হাপকৎলগা মিংশেল চিংখৎলম্মী। কার তোংবা সাহেব অদুনা রাজেন সাহেবতা হায়রম্মী- ঐগী হইনাও তকপগী নংবু য়াম্না থিনা ফু-চৈবা য়াবনি। অদুবু নংসু তুশনবগী চৈনাখোল খর কংলবনিনা ঐ নঙোন্দা করিসু হায়বিররোই। নং চৎচরো, ঐসু চৎলগে।

রাজেন সাহেবনা য়াম্না শাউনা নিপা অদুদা হায়রম্মী- করিনো হায়বিরিসিবো, অদোমগী হইনা ঐবু চিক্নবগী চোংথরকপদা তকপনি। মাদি লম্বীদা চৎলস্বসু নত্তে। অদোম্না শা-বু লুনা তৌবিবগীদমক থাগৎচরি। হইনাও অদুগী মখোঙ নাবদি নানবিরি অদুগা ঐঙোন্দনা কয়াম শোক্লগে কনায়দা নাবগে হায়বনচিংবা মী অমনা মী অমদা নুংশিকম থোকপা, য়েংবিবা অদুগুম্বগী য়াহে য়াজা শিজিন্নবিদে। অসুক থিনা শোক্লবা ঐ অসি হন্দোক্লনা হেক্তা চৎপিগনু। ঐসু নংগী হইগুম্না মমল লৈবা মীনি। ঐবু য়ুম ফাওবদা অমুক্তা নুংশিবিদুনা থিনবীয়ু। অদোমগী হই মখোঙ তেকপগী লায়েংনবা শেল, ঐকুসু য়ুম ভাম্না পেট্রোল তিংখৈ থৌবগী মমল পুম্নমক ঐ হঞ্জিগগে। ঐবু লংশেক্লনা থম্বীরমগে খনগনু। হৌজিক ঐনা 'মী তক্লে, গাড়িনা থোক্লে', হাউবদা অদোমগী গাড়ি পুম্নাং মাংগনি।

কার থৌবা নিপা অদুনা রাজেন সাহেবতা গাড়িদা কাখৎলক্লবা হায়জরম্মী। রাজেন সাহেবনা কার থৌবা নিপা অদুদা খজিক্তং শৌগৎপিনবা হায়জরম্মী। নিপা অদুনা শাউরংননা শৌগৎপিরগা মহাকপু গাড়িদা ইনখৎপিরম্মী।

গাড়ি মনুংদা কার থৌবদুনা 'ঐগী মমল য়াম্নবা ইউ,এস,এ দগী পুরকপা মনিপুর য়ৌরকপদা দোলার ৯৮০ চংগ্রবা হই অসি তকপগী নংবু অচৌবা পনিসমেন্ট পিবা য়াবনি। অদুবু ঐ অনুমতি তৌনিংদে। কাওগনু হোয়েন য়ুম য়ৌরবা লায়েংনবা শেল খর হঞ্জিনবিগদবনি' হায়রম্মী।

রাজেন সাহেবতি করিসু থোইনা নাবা নত্তে। মাদি তৌশিন্নবনি। হই হরানবা অসি ঐ য়ুমদা পুরকপা ওন্নেকো খম্নবদা নুংঙায়জরম্মী। অদুবু মহাক

মপাম্বোংদদি অদুম্মক নাহেরম্মী। অচৌ অচৌবা এম,পি,এস, আই, এসশিংগী ড্রাইভরশিং অসুম্না লোয়না জৌরমগদ্রা? হোয় ঐনা ড্রাইভর অমসু থেংনখ্রে। ওফিসার গাড়ি পুরগা নুপী কোয়বা। ফৈ, মসিগী নিপাসি ফজনা য়ুম য়ৌরগা থিংকে অদুগা পুলিসতা পিখিগে। "ক্লেগ পোষ্ট য়াওবা গাড়ি থৌরগা মানা ঐঙোন্দা কয়া লাক্লরবা।

য়ুম য়ৌরমদাইদা রাজেন সাহেবনা কার থৌবা নিপা অদুদা হায়রম্মী। সাহেব ঐনা সাহেবপু শক খংজরক্রে, বারৌবিনু ক্লেগ পোষ্ট য়ুংবা হৌজিক্তা উজরকই। য়ুম য়ৌরগা চা গ্লাস অমমমদং থকমিন্নখিসি হায়ববু করি হায়বগে?

গাড়ি থৌবা সাহেবনা খুল্লম্মী- চা থক্লবা মতম লৈতে। নহাক থনম্মগা ঐ হেক্তা চংখ্রগে। ঐঙ্গী মতম মাংহনগনু'।

গাড়ি অদু ইঞ্জিনিয়ার সহেবকী য়ুমদা থৌজিল্লম্মী। য়ুম হেক য়ৌবগা মচিন-মনাওশিং কৌথোক্লুনা নিপা অদুগী গাড়ি য়োমশিনখ্রে। সাহেবনা মাগী নুপীদা নোংমৈ পুরকউ লাউরম্মী। নোংমৈ পিষ্টোল অদু পায়রগা মনাওশিংদা লাউরম্মী- নখোয় কনা অমত্তা গাড়িদি শোক্লনু। গাড়ি অসিদি ওফিসার অমগীনি। মহাক গাড়ি ড্রাইভর অসিনা ওফিসার শারগা ঐবু য়াম্না থিনা লাক্লখ্রে। ঐখোয়গী হুইনাও মানা হরাল্লগা পুরকপদা হুইনাও অসিনা ঐ উরগা গাড়িদগী চোংথরকপদা ঐগী গাড়িনা মাগী মখোঙসু তকপিরে ঐসু তুশিল্লে। ঐখোয়গী হুইনাও অসিবু মানা ইউ,এস,এদগী লৈরগা পুরকপদা দোলার ৯৮০ চংখি হায়রি।

অঙাংশিংনা গাড়িগী মিংশেল থাদরম্মী। মখোয়না হুইনাও অদু উরম্মী। মাদি মখোঙ তেক্লবনিনা নাহেরি, লেংবসু ঙমদ্রে। হুইনাও অসি ঐখোয়না শঙ্জেনথোংদা পুদুনা লায়েংহৌসি।

রাজেন সাহেব- হুইনাও অসিনা ঐ উবদা হরাওদুনা গাড়িদগী চোংথরকপদা, ঐনা মাবু মখোঙ তেক্লা উরে। হরানবা নিপা অসি হাথকে। মানা ঐখোয়গী হুইবু মখোঙ থুদেক্ল' থম্মী। ইনাওশা নখোয় মাবু ফু লাক্লনু। ঐ ইথন্ত ফুগে। অসি হায়রগা অকনবা শাক্লু অমগা লোয়ননা মমায়দা কিন্না

থিল্লম্মী। হুই অসি কদায়দগী হুবনো? ঐ মশক খংদবা নং কনানো? ঐ শোকপদা হন্না য়েংদনা গাড়ি থৌগে তৌবা? হায়য়ু ঐগী হুই কদায়দগী হুবগে'? অসি হায়রগা সনা খুদোপ সিবা খুংশাশিং শেমজিল্লগা হন্না হন্না অনিরক কিন্না থিনবিগ্রে। সাহেব শাবা কার থৌবা নিপা অদুগী ময়া অনি তেকগ্রে, মনাতোন নাহি তারকগ্রে। ঈ-না মমায় মমিং অদু য়াওশঙদা অবের অঙাংবা তৈশিনবদু ঙায়গ্রে।

"নং কনাগী ড্রাইভরনো"?

ড্রাইভর- ঐ কমিসনর গোপালগী

"ইউ,এস,এ, দগী য়াম্না তাংনা পুরকপা হুই অসি তকপগী নংনা ঐবু য়াম্না শাউখি। ঐনা খোঙ শেকশিন্নদুনা তৌবা অদু ফাওবদা নং চংখিগদৌগুম তৌবদগী নংগী হুইগী মমলগা লায়েংমনগা য়ুমদা পিজগে হায়দুনা নং পুরকপনি। হৌজিক নং ঐবু মশক খংবিরব্রা'?

কার থৌবা নিপা অদুনা হায়রম্মী- 'ঐ লানখ্রে, ঐবু অমুক্তদি ঙাকবিয়ু। ঐ মতুংদা অমুক তৌজররোই' অসি হায়রম্লগা কপ্লম্মী।

মতম অদুদা রাজেন সাহেবকী ড্রাইভর লাক্লম্মী। রাজেন সাহেবকী ড্রাইভর রতন্না ঈ-না পুম্বতে তৈরবা কমিসন্নার গোপালগী ড্রাইভর মধুবু মশক খংলম্মী। মানা মধুদা 'ঐখোয়গী কমিসন্নার গোপাল সাহেবকী গাড়ি পায়বিবা মধু বাবু নংত্রনে'?

মধুনা খুম্লম্মী- মানি রতন বাবু, ঐ হৌজিক সাহেব লৌবা চংপা মতম ওইরে। রতন বাবুনা খরা হায়নবিদুনা ঐবু অমুক্তা থাদোকহনবীয়ু।

রতন্দি য়ৌরকপদা ঙায়রিবনি। ঈ-না পুমতে তৈরম্বা মধু উবদা মধুদা ওনশিল্লগা কৌনরম্বতনি।

হৌজিক রতন্না রাজেন সাহেবতগী বা পুন্নমক খংলে। অদুগা মহাক্না মধুদা হায়রম্মী- অদোমদি ড্রাইভর পুন্নমক চেক্কবা থবক তৌরম্মেনে। ঐবু য়াম্না ইকায়খ্রে। হাপ্তা অমদা গাড়িদগী পেট্রোল লিটর কয়া কয়া থায়দোকপা ফাওবা ঐঙোন্দা হায়রে। হয়েংদগী রাজেন সাহেব য়াওদনা ঐসু গাড়ি পুবা য়াররোই। মসি পুন্নমক অসি অদোম্না সাহেব শারগা গাড়ি পুরুবদগীনি।

" মখোয়না ইমুংদা লৈনগ্রিঙেদা ঐ নহাকপু থাদোকে। মতুংদা অসিগুম্বা থবক তৌবিনুকো'।

*কোংথ্রবা লাইরিকশিং:-*

১।　অচুম্বগী মমি

২।　নুংশিবগী শক্তম

৩।　মহেশকী মমা

(A struggle for existence)

৪।　থবক্কী মহৈ

- (A book of 18 short stories)

কোংলগদবা লাইরিক :-

থবক্কী মহৈ (২শুবা শরুক)